# মৈতৈ লৈরম্মা নুংজুম্বা কদাম্বা লৈরনুংশি


ইবা -

সরাংথেম বরমণি, সাহিত্য ভূষণ

চিংঙা; মখা; চনম পুথি মপাল, ইম্ফাল





ক: কমথোকপা।

পুররক: অহৈবগীনি

মমল লুপা ৩॰

থায়নগী লোন্দা পুদা পুয়াগী মতাং বয়া যৌশিংগী থিজিনবদা অমসুং কজনস্ত পুথোকপদা নহারোলগী লেথক অমা ওইনাবরমণি সিংহ অসি মণিপুরগী সাহিত্য প্রেমীশিংনা থংনরক্লবনি। চুংগী থিজিনবনস্ত চংনদে। পুথোরকপদা তাবা য়াবা অমসুং য়েংবা য়াবা অমসুং পুন্নমক্তী মথক্তা থাজবা পোকহন্না পুথোরকপা মরকানি। ঐথোয়গী পণ্ডিত খরদি থিজিনবদি কনি, অদুবু উংলকপদ হৈবা ঙমদে। শ্রীবরমণি সিংহদি অদু নত্তে। তথ কয়া থোক্ল হন্নবা অমসুং বারী কয়া লিনরিবা "মৈলৈ কৈস্না মুংজুমপাল কদাম্বদি লৈন্নংশি" হায়বা অদু খজিক্তং হোংদোক্লগা থায়নগী লাইরিকী



[illegible] কাব্যগী লাইরিক অসি পুথোরক্লি।
[illegible]গী নাকোংগা চুনরবা মাত্রা ১৪গী পয়ারগী শকফমদা [illegible] কাব্যগী ধারানি। থায়নগী লোন্দনা মপুংনি; অদুবু অমুক[illegible]মগী বাহে বাতা কয়া য়াওহন্দনা নহারোলনা মুংঙাইনা [illegible] য়াহল্লি। প্রমাণ পান্নেদা মহৌশাগী কজবা বর্ণন তৌবদা অপেনবা মতাং কয়াস্ত থেংনগনি। বারী মপুংদা খুমনগা মৈতৈগা লৈনরিবা মরী ওইনাপুখৎলক্লি। থায়নগী বারী মনুংদা লেথক্লা মুংশি মুংওনগী করুণরসকী মতাং খরদং হাপচিল্লকই—মসিমক্তস্ত লেথক্তী সৃজনশীল প্রতিভাগী মশক অমা শেংনা তাক্লকই। পীরিবা অসি ইতিহাস নত্তে, বারীনি। তশেংনা থোকখি থোকখিদবগী মায়কৈদগী বিচার তৌগদবা নত্তে। পুখৎলক্লিবা বারী মপুং অসিনা উৎলিবা মনিপুরগী থায়নগী সভ্যতাগী মশক অমসুং খুমন মৈতৈগী লৈমিন্নরম্বগী মশক উৎপা ওইনা অমসুং মৈতৈশিংনা থাজনরকপা ( ঐতিহ্য ) খর উৎপগী মতাংদদি কাবা অসি লেকশিন্না পারা য়াই।

নীলকান্ত

শ্রীযুক্ত সরাংথেম বরমণি সিংহনা ইব—"মৈতৈ লৈময়া লৈংজুম্বা কলাম্বা লৈনুংশি" লাইরিক অসি পারগা পোৎ পুম্নমক অসি ইতিহাসক মরী লৈনবা অদুগ মায়াম্ন পোৎকী মমিং থোনবগী ইতিহাসক মরী লৈমে হায়ব য়াম্না ফজন খঙবা ঊমই। লাইরিক অসি রাহুয় অহুমবা মাত্রা ৭ শারুগ রাহুয় ৬, মাত্রা ১৪ ম পারং অমা ওইনা অসি গৌরদগী লৈইব ফংওব ইরি। মসিন লেখক অসি মোম্ব কনব রাখল লৈব মীপানি হায়ব খঙব ঊমই। লাইরিক অসি পারগ ঐথোয়ন মুংঙাইজব অমন ইংলিস ইন্তুকেসনদ লুপপ্রব লেখকন মৈতৈলোলগি মরু থিরক্লুম লাইরিক অসিদ অরিব মৈতৈলোল শিজিন্নব অসিদগি "মৈতৈ ঈমা লাইরবী" হায়ব রাফম অদু থরগি মখোদি কোক্লগনি খঙব ঊমলে। মরম পুম্নমক অসি উজবদগি মমা খঙব লেখক অসিদগি মৈতৈ লৈমগি কুপান মৈতৈ সাহিত্য কম্মামকম থোরকথিগনি হায়ন আশা তৌরি। ইতি—

শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ
মোইরাং নিংথৌ, পণ্ডিত অচৌব,
প্রেসিডেন্ট মণিপুর সাহিত্য পরিষদ

তাং ২৫।১১।৫৮ ইং,

অইবা মশানা ফোংহনবা, ১৯৯৯ লোকা প্রেস, শিংজমৈ।

## য়াওফম তাকপা



---

খৃষ্টাব্দ ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওবা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইরম্বা মৈদিংগু থবাঙ্গাবগী হাক্তক্তা থোকখিবা মুংশি মুংওনগী বারীনি। মৈদিংগু থবাঙ্গাবনা চকপ্রম চমু তোইগাইঙম্বী পাম্রহুনা চিংথং লাম্বুবা অমদি শামৈসু মচাম্বুপা অনি পোকই। খুমন চমু শাকবীদি শোইনাইদনা নোঙ্গাখি।

খুমন নিংথৌ পুনশিবা খুরেনচনবনা বাঙমদোন পামবাকাবী লাক্‌ত্রা। ভাম্বুরোল য়াওশেম্বী, চাংথৈখাম্বী মরিমক পাইরে। পানবা কাবীনা চারানবা পোকই, লাইশ্রানা থোঙপুহনবা, চাংথৈখাম্বীনা লৈকোনবা পোকই।

# মৈলৈ লৈশ্না নুংজুম্বা কদাম্বা লৈনুংশি অহানবা মতাং

ম্লাকায়রোল

লোইবী চীংলোন মাপলনা থেক্লা খোয়না পনশ'বা
চীংদা হেংবা চীংমীনা চীংলোন কোয়না পনঙাকপা
তমদা লৈবা তমমীনা খুঙ্গং লৈকায় খুলশিংবা
মালেম খুন্দা অহানবা চিংঙু লাইয়াম পোক্লফম
খোয়ুম লাংওন লংদাইফম নুংশি লাইওন পোকদফম
সনানা ময়ুং কাবা লুপানা মফেল য়ৈবা
মণিনা য়েংকাপ লোনবা তমফানা য়াইরং চংবা
খৈনা য়াংকোক মওংশুম পুনা লুকমাই মতৌশুম
পুক্লিং হূনা ফজবা য়েংব' পেনবা নাইদবা
মিংফম হোংবা ঙমদবা লাইনা শেম্বা লৈবাক্কি
হায়নৈ লমদম ফজনী শোকনৈ মীপুম খুদিংমা
পোইরে সনা কংলৈপুং কোলোয় মাগী মৈত্রবাক।
লোইবী চাংগী চীংমায়দা মউ ফবা উপালনা
লেংদ' উরোং খিনবশুম নাপোম থম্না ঙাললিবা
চৌংনুং লোকনুং অসুকপা তলা পামেল নাচুম্বা
মাশা মরেং ফনহূনা মরেপ মউ তাল্লিবা

উরুম রারুম পাম্জবী উদা তাংবী উতাংবী
শজিবু মুংশিৎ কিবনা উরাং কোম্না খাংলিবী
ইঙা নোংলেন অকনবা ইচেল নোংখাং অকুংবা
রাকচিং উলালেন অথাবা রানা খাঙলি উরেন্দা
নারক মেৎশাং মরক্তা শাং মঙদনি হৈরংদা
শাবন য়াংবা থরক্ন হৌতমদবী শিংঙদা
মালং চৈথেং কিবনা মাংলেন শরনা খোংদারি
অরাং লাদি লাংতেনপোক চেংবী লাংতোন যবীম্ন
মালং চৈথেং ফংদবা লাংলেন নারক শেংলিবা
অশং’ চৈর ফিশাংনা নবুক লমহাং চুপলিবা
থেক্লা খোয়না লৈনা নারক মোংশাং ফাংদুনা
অহং অখম লৈতনা খুঙ্গং লৈকায় থুংলিবা
পুকচেল তপ্পি তুরেলনা তমপাক থংনা কোয়হুনা
লাইঙ্গ ঈশিং য়েংগা ঈপাক তমনা চেংলবা
ফজ’ খিবিক তুংনফম বাংত পাদ লনগৈংল
তমফা মণি য়াইথইবা পোইরে সনা কংলৈপুং
নোম্বা কনবা লৌমীনা শাবা লায়র থাংপোকশঙ
পুকচেল শেংনা তাঙ্গবা নলনা কৎচবা লাইশঙ
লিংজেল মান্ন’ খুজানা তেঙ্গবা লাইজ পুথি
উহৈ রাহৈ খোয়থুম্বা দাউজিং লৈরাং হৈকোলথন
লৈনম পুক্লিং মুংঙনবী শিঙেল লৈরাং লৈকোলচোল
লোইবী চীংমায় পকখুল্লি চীংদা শাংপী শিন্দমলৈ

মেন্দো নিংথৌ কুঙ্গাইথক হাণ্ডরো চীংমায় ঙাৎবলৈ
মালেম খিকলেন চাইতুনা শিঙেল মাবু নাউয়োকলৈ
চিংঙু মাগী থোন-নলৈ নমু তাইবং লৈতেংলৈ
চনু নিংথোল' চিংগা নুরা শাইনোল ঙান্নলৈ
মৌগী শীংদা লৈবীগী শৰ্জ ঙানবী শমজিলৈ
পালেম ওইবী পুরগা সনা কৈথেল হেননলৈ
মউ পাবু হেংলগা কোৰ চুগল মানবলৈ
লৈনা তাবু উরগা চনেল চম্পাল মানবলৈ
শঙেল মানা পোমলিলৈ লুপা কোম্দম মানবলৈ
লৈরাং কুগায়না শাংলগা ফিকোন থারক মানবলৈ
নিঙোল ওইবী' শিন্দমলৈ শিগেল কোলোয় নিংথিবী
শিমৌ লশিং লৈরাংনা চীংমায় থননা শাংলিবী
ইমা পোক্লফম লমদম কোলোয় মিংলেন ফজবী।
ইন্দ্রা ইঙেল নোংলেন্না মালেম শলনা চুবদা
চীংদোম পোক্তা পোকচবী চীংয়াং থাদা চাউজবী
লোকচপ লোকহুং ওংজবী সুচাই থক্তা য়াংবী
ঈচল কনবী মহৈশা লোক্কী লাইজ তুরেলনা
মপাম লমদম তুংঙইনা চীংনুং মানুং শাম্নগা
চীংনুং নীলবা ঈরাউথেল তমপাক তম্না চেনথবা
তমগী তুরেল পুকতপপী লাইজ ঈনোৎ ফংবদা
ঈথক ঈপোম মাংঙইনা চাংজৌ পানা চেক্লপা
মিপাই চাউবী লৈরাইনা রানা নিবনা থাংজরি

ঈনৌ পাম্বা লেমলৈনা ঈকা ভমনা চেনখংলি
মখুক হাপপি পাৎয়ামস্থ ঈমায় চোলগে লাইজবা
চাংজো মাপা ৮াকগুমদ মিৎকী পংখৈ তাখৎরে
ভান্নু কাংভা থগোংনা ঈমায় থক্লা তাউহুনা
ঈমু খোঙগাউনহুনা শানবা ঈরাই তানজরি
পাংপান চাংজো খ'জনা হুপনা নাতৈ থিজরি
কক্লা লৈরাং কয়াম্নু লুপক্লা য়েংনা শাংচরি
পাঙল শোনবী পাম্বীচা এনসম চরাং মখৈস্থ
অখেন লাইজ থিহুনা পান্দোং মপুং ফাজরি
পাম্বা ভাম্বা চেফানা লেমলৈ গুাবু লুমজার
উখুম তাউথ্রা ভারাকপী লেমলৈ পামবি চেক্লাচা
মিংয়েং কারন লাক্লুনা কোয়না লৈনা থিজরি
লেমলৈ ভাদি অচাবা অরাম খোরাং কোক্লবা
হরাং পামবি ভরোইনা হনৌ চাবা কারকপা
কন্নক চাউবা হভোইনা লৈরাং থক্লা চোংজবা
খোঙকাপ লাউনা থাংহুনা হভোই মতুং ইল্লিবা
য়েক্লা উরোক মহাকী অকি শক্তম উবদা
হভোই মিপাই খবাইনা ঈরোল নুংদা চোংথক্লা
হভোই মতৌ উবদা ভারোই মানা নোকচবা
ময়া কানা নোকপদা লাইজ ঈশিং ঈহানৈ ।
য়েংবা হৈবা মীওইগী নুশৈ বাৎপা লৈজেদো
ভাবা হৈবা কাংবুস্থ বারী লোইবা নাইদ্রেদো

নৈ লৈম্না মুংক্ষুম্বা

লমলেন লৈতাং ইমুংকোল লালোই পাউবী তেক্কীলম
কম্বোং তাকনাখা য়াম্নোই লৈরু কোক্তা ওংবলৈ
ঈরোল মুংদা পোম্নগা ঈপাল লাংনা শাৎপলৈ
লৈনা তাবু য়েংলগা কাওরেল খোঙ্গূল মানবলৈ
শিঙেল মানা পোমলিংগৈ তোম্নু লংহুম মানবলৈ
লৈরাং ফুয়না শাৎলগা লুপা পাথাপ মানবলৈ
পাৎয়াই কাদা শাৎচবী লময়াই কাইদা ঙানজবী
লোইদাম থাঙ চান-নবী থারো কৌবী লৈরাংদো
'শারি মুংশি মশুংলাং অহীং মীশেল থাঙহুনা
ইংল থাবল ঈপোমলাং থেক্কু! জগোয় শারমবা
মুংশি চেংলৌ চিংনয়েং হরাও মোমোন য়াকাতম
মায়থোং মকা লাম্নম্বা মুংঙাই ঈপাক ঙাউরগা
ইমুং মনৈ রায়রকপা থানা কেকু লোৎখিবা
শক্তিক মশোং কাংলকপা নোংপোক চীংখৈ হুল্লকপা
অমম অঙান শিননবা ইমুং লৈমা থুপখিবা
পোম্বী চেক্লা কয়ানা ইমুং ঙাললে য়াকায়বা
লাইবক চাউবী থরোদো রাখল পোৎলুম পুখরে
মুংঙাই মঙলান মাঙখরে অরা! লাঙ্গোয় চনখরে
মায়থোং নকা লামলম্বা অরা লৈচিল কুপলকলে
কায়না মৈনা ওমচাক্লা ইকায় ক্ষিরুক থুমখরে
থরো মতৌ উবদা মতা শিঙেল থারিকথা
অরা পিরাং পিরোইনা মায়থোং লৈদা লুকখরে।

নহাল মুক্কী মপোক্কা মুংশি থংলেন মকাদা
মুরা ওইবী ঐহাক্কা করি ইরাল লংঙ্বা
অপাম মুংশি থাংঙ্থক কায়না মৈচাক ফংলিবা
চিংঙ্ খোয়ুম নোংদম্বা মোমন্থ ঐগী লাইবক্কা
খোয়ুম নোংদম থিনবু তমগ্রবোইদো ঐহাক্কি
মণ্ডল মণ্ডল খরুকলে মুংশি পায়মা মুংশেল্লনা
থম্মোয় লায়ুম শেগায়না নরাই হুক্কা তেংথাইজে।
লোইনী চৌংনায় ওংজবী শিংজেল পামেল উথম্বাল
শিংজেল মউ চাউবনা মাশা মরেং ফল্লিবী
লৈশক হেনবী খোয়রাংবী লৈনম পুক্কিং মুংশেনবী
লৈরাং লৈশাং তমজুনা 'শাবি খোইমু ওাইজবা
লৈরাং লৈশক উবদা শিংজেল লৈনম তাবদা
মহূ চাউবা খোইয়াম্না লৈকা চিক্কা কায়দোংবা
রানা থাংলি লৈরাংদো অপাম মুংশি বায়থুংদা
শিংজেল লৈহি কম্নবোই কপলি মুংশি মুংজোলনা
থাংঙ্ থক্কা কেমলেদো লাইবক চাউবী লৈরাংদো।
মতম কৌবী লাইরেম্বী শাইওন য়াম্বী মহাকী
লেপ্পা নাইদ খোংচৎনি তুরেল লাইজ ঈচেলশুম
ওসি ওসি কৌরম্বা হয়েং কোলোয় হোংগনি
হংচিং মশেম মরাকই মশেম মরৌ মহায়নৈ
হৌখি মতম খওহোদে ময়েং তাখি পুন্সিন্থ
চিংঙ্ মাগী খুৎশেমন্থ য়েংব' পেনবা নাইদেদো

খোয়ুম মাগী নোংদমক্তু কায়বা তোকপা লৈতেদো
কপলি মচি অমদা নোকলি মফম অমদা
অরা খুংডাই অনিস লোয়নৈ মচিন মনাওগুম
অহৌং অমা লেনবদা চহী কুন্জা শুনবগুম
চাবা থকপা নীংদনা তুম্না হিপপা চংদনা
অরানবা মশিল ওই কপনা অহৌং লেপ্লবী
কায়না মৈশা লাংবনা ইকায় ফিরুক থুম্মবী
কোয়রৌ মাগী চাননবী শিংডেল লৈরাং কয়াম্তু
[illegible] শকলোন উমদা হরু অনা কাউথরে
মিংলু পিরাং চোংলম্বা কংখি মিকুপ অমদা
হরাও মোমোন য়াকাতম হাইনা হুমনা শাংলক্রে।
মশক য়েংঙি রাংতবী মমী উরুই লুংডোনবী
লৈরাং লক্তা অথোইবী শিংডেল লক্তা অহেনবী
শিংডেল লৈশক হেনবনা কল্লক মীহৌ চাউরিবী
লৈরাং লৈনম চেনবনা য়েকনা মশীং য়ামলিবী
য়েক্কা মায়োক য়ানবা লৈথোক তিংথং পাম্লিবী
কল্লক মীমাঙ চাংতাবা তাইবং মীনোক কিবনা
ঈরোল খুংদা পোম্লগা ঈপাল লানা শাংলিবী
ইশোক কম্বোং লাংডথেন ককচেংনা লাইগাবা লম
লমলেন চীংকু লাইমকোল উত্রা পাংতা শাংপলৈ
শিংডেল কোলোয় নিংথিবী থম্বাল কৌবী লৈরাংদো
শাবি চেংলৌ উবদা হরাও মোমোন য়াকাতম
য়েংদ শিননা লুককপী উদ শিননা মিংলাউবী

ইকায়থিবী মুজাংগুম লোননা হুনা য়েংলক্রে
পামমু মায়থোং উবদি য়েংব' পেনবা নাইদরে
মিংচি অনি মিচাননা ইকায় মায়থোং লুক্কনৈ
মোমোন নোকচৈ নতোমদা অঙাও মীগী মতৌগুম
পামমু মাগী বাখলনা ইনুং চুপপা বারম্বা
মুংঙাই ঈথক ঈপাল্লাং অরা মৈচাক কাউথরে
থবাল মতৌ উনদা চিরোল হৈবা মালংবা
অহীং মীশেল থাঙজুনা থরো নাক্তা লেকলুবা
লিরি খোঙদোই মাঙওইনা নাকোয় হুনা লাক্লগা
থরো মাগী অরাবা মপাউ থিবিক তমনবা
থবাল নাক্তা থুংলরে মথোঙ য়াঙবা মালংবা।
থরো মপাউ তাবদা থবাল থম্মোয় পেনজারে
নাই ঐদি পামজদে থরো মাগী শাজংতো
অয়ুক মুংথিল য়াতাবা ইনুং য়ায়দা য়াহোবা
মীনা বাবা উরগা হন্নাও মথোই কাত্নুনা
তাইবং তুমবা থুগায়বা য়েকনা মাগী শাজংনি
তাবদা ইকপু ইকায়জৈ লমচং নাইদ লিচংতু
থীনা চৈবী থরোদো অথী' রাহৈ কয়ানা
চিরোন হৈবা মালংবা থবাল মাগী মীচংওই
পুকচেল তিংবা শাশিননা থবাল মাবু থাগংলি
মালং মপাউ তাবদা ইরাং পামবি থবালদো
হন্নাও মথোই কাখরে মুংঙাই ঈপাক' তাউথরে

থম্বাল মাংগী উবদা খোঙথাং হৈবা মালংবা
লিখি খোঙনোই হুরক্রে থম্বাল নাক্তা নক্লক্রে
খঙোল শউম ফংবদা মালং খোঙথাং তুংইম্না
থুংলথক হৈবী থম্বালদো থেক্না ফাগায় শারক্রে
ঈথক ঈপোম লাংবদা থমনা খেঞ্জোং পূম্নু
জগোয় শাবা হৌরক্রে থম্বাল খোঙলৈ য়েংহুনা
লৈরাং লৈহৌ চুম্নদা পেনবা কৌবা নাইদবা
চৌজাউ খোইম্মু লৈপাক্লা লৈহৌ কাদা মীহোবা
য়াংগী ওয়া হৌরগা শংগল তুকাং য়ৈহুনা
চীংলোন লান্না পাইরকপা থম্বাল নাক্তা থুংলরে
থম্বাল মাংগী উবদা জগোয় থুংলথক য়েংবদা
হরাও গুংডাই মাঙওইনা লৈহৌ চুপপা কাউথরে
থম্না থক্তা তোংহুনা লৈরে জগোয় য়েংহুনা
অবা নৈচাক ক্লুংদাফুম কায়না মৈশা লাংলিবী
ইকায় থীবী থারিকথা লাইবক থীবী থরোগা
ইকায় মায়থোং লুক্কা হিক্কা হিক্কা কপলক্রে
মিংলু পিগী পিরাংগু লাইজ থক্তা তিনথরে।
মথোং, য়াংবা মালংবা লোম্না তুমিন চেন্নক্রে
চিক্না থরো নাম্বদা পুক্নিং কাবা হৌরক্রে
ন্থঙাই নউ উনাইদে অম্বা পাম্বেল উলিংদ
অমুক বাবা নুংঙাইবা তাইবং পানগী শাজংনি
বাক্ত পাদা নিংথৌদো হয়েং করি ওইগনি

হায়বা ঙমদে কনাম্ব লেপ্পা য়াদে পুন্সিদা
চাকনি ক্ষিনি লায়রবা অয়ুক চারা ফুংদাংহেন
অমোং চরৈ ক্ষিতনা চরৈ নমথাং ওইরিবা
অরা পোৎলুম পুতনা য়ুমথোং খুদিং কোয়রিবা
খঙবা ঙমদে ঐখোয়না হয়েং করি ওইগবা
তাইবং পুন্সি খোঙচৎতি লাইজ ঈপাক কোক্লোলগুম
রথনি খঙনা পানবনি শিনি খঙনা পোকপনি
মালং মপাউ তাবদা থরো য়াবা শাকরে।
য়েংবা হৈবা মীদদি উবা পুম্বা কুম্মৈনি
তাবা হৈবা কাঙবুনা তাবা খিবিক য়ারীবি
ঙাঙবা নয়েক চুম্নগা ওইদা য়াম্ব চুমহন্নি
যাঙাং যাতা হৈত্রগা মপা চৈবা শক্লরি
লাইজ ঈয়াই ঈপাকী য়ারী লোইবা লৈতেদো
চীংয়া তময়া লমহাংগী কুম্মৈ য়াংপা নত্তেদো
অহীং পাইবা শোয়ানা উনা মরুম থুপচরি
নাইংতান তাবা চেক্লানা পানেল থক্তা কায়দোংলি
মপাং লৈবা চেক্লানা শঙ্খ শঙ্খ পাইজরি
পোন্দা য়োকপা পোন্বীনা মহুম হুংদা য়াতরি
য়ুমদা য়োকপা য়ুমশানা মকোল হুংদা পোংথারি
লমদা লৈবা লমশানা কোম্বনা চেজনা শান্নরি
কাংদোং ফাদ' যণাউনা যণবী মাঙদা থৌশারি
পুকচেল তপ্নি যণবীনা মচা হাকবন চঙজরি

শারেপ কাবী হাড়মনা নোঙ্মা লেমনা চৎচরি
মাপা ভাম্বা লামচানা চরোং হাবুং নৈথায়রি
ফুংশা পাম্বা ঘসুজাউনা কোরৌ মৈশা লাংজরি
লাইজ্ঞ পাম্বা ইরোইনা ঈফুৎ কোমদা লৈগুল্লি
লমাজল য়াংবা শগোলমা লমহাং খুংনা চেনজরি
শিঙেল লৈশক হেল্লবী লৈনম পুক্লিং হুংডোনবী
চৌংদা ওংবী লৈরাংস্তু তমদা হৌবী শিঙেলস্তু
'থংলেন খোইমু ডাইতুনা লৈখোক থক্তা শাংচরি
কোরৌ মৈশা কিবনা লৈনা লক্তা লোৎচরি
লিরি হুমবা মালংনা চিক্লা লোম্না হুম্মরি
মালং শাউম ফংবদা মকা লামনা তাইজরি
লৈরাং লৈশক উবদা লৈহী পাম্বা খোইমুশিং
লৈকা থক্তা তোংতুনা লৈহী পেননা চুপচরি
লৈরাং লৈহী কমতুনা শিঙেল লৈখোক লোইহুনা
পুন্সি মঁরাক চামতুনা মালেম থক্তা কেননরি।
অবাং চোথে নোংচুপচীং মথল তোম্নু মচীংলেন
হাওনু কোন্দে লৌডাকপী পা'রি মমোম শাৎতবী
হুম্মা পারমা হুংঙোলনা পারি মমোম শক্তুনা
হুংবী অমা থাদাকোল হুংনাং অমা নমদাপো
পারি মেনে নাউথেমচীং চীংমায় থম্মা শাৎপলৈ
মহু থংমাই পাথংবা লাঙ্গৌ চৌংদা ওংবীলৈ
মন্ত তাবু য়েংলগা ষণহোই চৈবুল মানবলৈ

লৈনা অহু উরগা তাঙ্গা লুকোয় মানবলৈ
লৈকা ফননা শাংলগা সনা লৈতেং মানবলৈ
শিঙেল কোলোয় নিংথিবী লৈরাং মিংলেন অহেনবী
থারম লৈশোক ঙাউবলৈ চৈংমায় থন্না শাংচরি।
মরিং থুনবী থয়াইলোক মাঙ্কু লোক্তা পানবহৈ
তাউজিং থোংনাং লাফোইনা চরোং চুমনা প্পানজরি
চরোং চুমবা হৈপালনা মরাই লুকনা থাংজরি
হৈমুল পান্না খোইয়ান্না হৈরাং নাক্তা ওমজরি
মনা পংবী উরিংনা মহয় মরোং তুপ্পচরি
শিংনাং তৌজা মরক্তা মহুম মথোল শাজরি
হানৌ পাম্বা কাওরেলনা খোবোম থন্না চাজরি
হুপনৌ থিবা লনওক্তা হুপনৌ মতোল থংচরি
লৌরি পল্লোন থারিবা নোইনি থালৈ লবুক্তা
ফৌনা নাহৌ তমহুনা চরোং চহুম শারিবা
হুপনা লেং-লেং চংলিবা লাংনা নোম-নোম নোমলিবা
মালং ফৌরোই তুংইন্না জগোয় শাগুম নিংথিরি
লোইবা নাইদে য়েংবগী থাবা ঙম্লোই ফজবা।
মহৌশা কৌবী ইমা পলেম শকপী লাইরেম্বী
অশং চরৈ ফিজেংনা হৈরাং লৈরাং থাগোননা
চৌংশাং নাপোম মোনথাংনা লবুক লমহাং য়াতানা
চৌংয়া তনয়া খোঙনেংনা হৈকোল লৈকোল নমগানা
ইচিক হুনবা লমদমদা খোমলেন শাংনা য়াতারি

মালং লিরি হুমতুনা পালেম থোগল তৌজরি
শৈরোয় হৈবী তন্নানা ময়ংশি শৈরোয় শৈশক্তা
হরি নোনাং চেক্লানা চীংলুং নিনবা খোঙ্গেলনা
ন উশুম ইশৈ শক্নুনা পালেম ভুমখুল তানহল্লি।
অরাং কৌরু অশুপ্পা লোইনাই থুনদা অহানবা
নোংখে, মউ লিংনফম মালং অয়াং থোঙচৌফম
থাবা উলনেন পোক্লফম চাকমোম থাম্বী মৈথোকফম
য়াঙ্গোই শামু য়াঙাকফম পামবা কৈরেল হাথোকফম
তুবি অভন হাগোকফম ওকলেন লাবা য়াকাফম
থোংনাং কৌবা মপুরেল শানৌ কৌমু তোম্বীগা
চাংলোন নাপোম ভাইশিন্না অবাং মায়কৈ ভাকপিরি।
কেগে পোকপা শোরারেল মোইরাং শেম্বা কাশারেল
চিংঙু থাংজীং কোরেল্লাই কোন্দুম য়াইমরু শিদবা
মুংবি শিদ খুনেংনা মুংনাং নাদ খুদানা
সনা ফম্বাল থেনগাবা পামেল উথম্বাল ননঙাবা
মুকমু থনবা বাঙম্বী লাংয়া থনবা বাতেম্বী
ফল্লি নৈমাও ফমবী থাউমৈ মাপল থানবী
পালোই তানবী লমথোইবী কোয়রেল লৈমা ইবেম্মা
পাশোং লমলোই অতানবী অয়াং লৈমা পাম্থোইবী
মহু থোংনাং লৈমগা তালোয় অহুম খবাংনা
থাঙজিং লংগুম শুংজিন্না নোংচুপ মায়কৈ ভাকপিরি।
কেগে মোইরাং লৈকোয়বুং মুংশি শাইওন থোঙদাফম

য়াওরৌ শাথোং থিংজুনা শারম উতোং ওইরিবা
কেগে পাকনা চাউনবা চীংমৈ খোংনা খুন্দাবা
মোইরাং শাংনা পাননবা লোক্তাক খারা শারিবা
মৌবি পোঙলম শেম্মগা ঙাংখ হিলম থংতুনা
শামু খোঙনা চংতুনা খাম্বী মৈবু লৌনবা
পরিং শোইবু নাকংলাক লৈমা খোংদি তমংথোং
লিক্লাই কদাং মশোইরেল খোয়োম ঙৌবী মশোইবুং
খোয়োন হাওবা য়াতাকম খোংজে ম্বা ফুনা পূংয়া
হাওতক তোয়া পলন্নুংচীং মানবী খুগা মলমদেন
লমলেন কাক্তা লমম্নুংশি তোরবুং লনজাউ অচৌবা
য়াওরৌ শায়াম য়াথোকফম পোম্বী চেক্লা চাক্তাফম
চিংঙু লাইয়াম শান্নকম খোয়ুম শরোই খুনদিনফম
লাইনা শেমবা লমদমনি কেগে মোইরাং লৈবাকনি।
কাক্তা ম্নুংশিং নামিবা তোরবুং লংজাউ থঙ্গোলবা
লাল্লুরা লোক্কী মালংবা মতা লোক্কী লিলিবা
চীংমায় পাংনা হুম্মগা শত্থু-য়াংগেন ইকোন-কোন
তমবু পাংনা হুম্মগা খোইমোম লাংদোম ইনোম-নাম
লোক্তাক পাংনা হুম্মগা ঈথক ঈপোম হৌরিবা
থাঙ্গ করাং চীংশাংনা লুপক্কেং তাউরি ঈয়াইদা
হৈকক য়েল্লি চরাংনা পোমায় তুবা ঈমায়দো
জাগোয় শাগুম নিংথিরে মিংকৌ কুম্মৈ ওইনরে
পলেম পীম্থু পীনাইদা পম্বৌ পাম্থ পানাইদা

পাম্নেল উগুম উনাইদা খোংশি মরা লিচৎতা
থোইনা পানবী পাম্থাইবী মচু বাই বাংঙমলোন
শাবি কাইনৌ চীংশোম্বা নোংপোক নিংথৌ অপানবা
য়োইবু খোইমোম অনিগী অপাম স্নংশি বারীবু
পোইরৈ শিননা তেংথাৱি বাঙম লান্না শৈশক্লি ।
লোয়া লাকপা চীংখোম্বী লোয়া ভমবু ভাকপিরি
অশি চামা নোংদম্বা অচং চামা নোংখাইবা
থৌদা শিম্থোং হৈরবা বাংব্রেন খানা চাউবনা
'শানৌ বাংমু লৈমগা খারম মায়কৈ ভাকপিরি
তাইবং ফুঙ্গা মৈলিংবী মৈনিং ফম্বী লাইরেম্বী
তরা চনিং চাকশৌবী য়েনিং থাক্লা য়েনশৌবী
অচি তৎত হিকুবী অরাই কংদা য়াইকুবী
ইমোইমু অহোংবীনা তরেং ললবু নুবিরি
লোইমোম থাংয়ি অহোংবী লোইমোন অচৌ ফৌওইবী
খোয়নৌ মন্তা তরুক্কা তুমিং মুরান পাইবগুম
পোইরৈ শিননা কোয়হুনা অবাং অপা লৈহন্দা
লোইমোম ফৌগৈ চোনহল্লি চাকহোং ভাহোং পানহল্লি
চিংঙ্ খোইমোম লাইয়িংথৌ কোরৌ ফান্দা কমদেংবা
খোয়ুম নচি হকপা থবায় তিল্লি শিদবা
মতিক ভমথৈ খডদবা খোইরা লিহৌ নাইদবা
শম্থোং নিংথৌ অপানবা কোলোয় সনা মহিরেল
মাংশোক বজাউ য়ারিবী তাইবং য়েক্লবু হুম্বিবী

নোংজুদনা শাইচোৎপী নুংশা দনা শাইকংবী
ইশাইফুদা ফমদেংবী ইমা লৈমরেল শিদবী
য়ুমথোং খুদিং ফম্বাল্লাং তাইবং অপান পুম্নবু
অয়ুক তরা কোনথোক্লা ইনুং তরা কোনজিন্না
মপারি মমোম খিবিকপু মথা নুংদা কোনবিরি।
খোয়ুম লাইয়াম খুন্দাবা পোইরৈ কংলৈ পুংময়োন
লাইগী নিংথৌ অশেঙবা মীগী নিংথৌ অতাঙবা
অয়ুক নুংথিল লাইওইবা অচৌং তাইবং মীওইবা
নোংদা লাইরেন পাথংবা মৈতৈ লৈমা লাইস্লাগা
কংলা ফম্বাল লাংতুনা চাকহোং ঙাহোংনা পানখিবা
লৈমা নিংথৌ অনিগী চাদোন সুদোন কায়দনা
পোইরৈ কংলা পূংময়োল নিংথৌ ফম্বাল লাংখিবা
নিংথৌ সনা হাক্লক্তা ৱাইরা শাথেং অকবা
হুয়েল লাম্বোং অকনবা নিংথৌ থৌয়াং মথৌমল
ৱাংঙন তেংথানখিবা হৌখি থৌদোক ৱারীশিং
তুবং নাতৈ শম্নগা লোইনাই থৌৱান থাবগী
ৱারী মতাং অমত্তং লৌজে শকচা শোম্নবা।
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল ইৱান থাবা মপারি
লোইনাই থৱান থাবনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকী
মৈনা ৱায় তাংনাশম নিংথৌ ফম্বাল লাংতুনা
অঙোম চনু ইবেম্মা লৈমা তোগাই ঙম্বীগা
য়েক্লা তিংথং লৈতনা মনীং তমনা পাল্লকপা

নিংথৌ খোয়াং মথোমল লোইবী চীংশাং লোইচন্নবা
তয়ল লান্দা লানকুবা বাইরা শাদা শাকুবা
নিংথৌ সনা মহাকথক হাওরৈ থানা পাংবলম
মলম লমলেন লমহুংশি হৈরেম খুনজান লমদমকা
মনাও লৈরাং অতোনবা মেস্না হমুং চাউবনা
লোইপোং থৌবা চেংপদা হুরা পাথং শবথবনা
হুংশি রাশক তেমশিংনা লৈপুল ওইসি বারেপা
অপাম হুংশি রায়খুংদা য়াইবী পরায় থাখিবা
শাহি শানৌ অনিগী হুংশি থুংওল রারীনা
মপুং ওইনা শৈশকপা লৈরোং কোলোয় মিংথোকপা
মৈলে লৈমা হুংজুম্বা কদাই লৈ লৈহুংশি।

## অনিশুবা মতাং
## মংশক তানবা

নোংয়াই খুনন লৈবাক্তা খুমন নিংথৌ পুংশিবা
মতু শোলমা পাল্লিদো অকর্ন অথৌ রাংপাক
হৈরেন খুনজান লমথংনৈ কেগ মোইরাং লমাংনৈ
পোইরৈ নৈতৈ লৈবাক্তা খুমম লমবু লমচৃংশি
য়েক্তা মশিং য়াথনা কহক মীহৌ কনবনা

হুয়েন লানহৌ তোয়বনা মীশি মীনা য়াম্‌বনা
চহী কুমজা অমত্তা মরা তপনা পানঙমদে
লৈবাক রায়েল থোঁদাদা নিংথৌ পুক্লিং লৈতাদে।
খুমন নিংথৌ মশানৌ পালেম পঙ্খৌ ভিননবা
নোংয়াই থৌবা লোনয়াম্বা য়াঙরো শায়াম ফাবতু
তালোয় অনি তুঙ্গানননা লুমলেন খবাং পান্নমবা
লৈমা তালোয় অনিগী কল্লক থম্বল বাহৌদা
কোরৌ মুনিং অমত্তা ঈংনা লৈবা ঙমলমদে
চিনফেন ফবী তালোয়দো চিনবান খোইহী তৈশিন্না
পায়না কিশি কিতুনা পুক্লিং হুবু কুমনৈদো
পারি মমোম শাংনদে সেনমা তাঙ্গায় অনিদো
খুনু মখোঙ শনলৌনা তরা থোংবা লৌতানৈ
থাঙ্গ লৈকায় কোয়তুনা মীরা অংবী অনিদো
লোন্না কয়া বারকই ফোংনা চৈনা বাতমই
ফুরা চৈরা মহেন্নি ঙাঙলা থেমলা নরাংই
ফন্না লমচং মাঙওইবী লোননা তালোয় অনিনি।
নোংমা কোরৌ নোংজদা নোংয়াই চাদি লোনয়াম্বা
খুমন নিংথৌ ময়াথং য়াঙরৌ শাদান চংপদা
তালোয় অনি লৌতান্না জুমলেন থম্বল বাওইনা
তরা চয়োম পুননা লাইজ থোমবু চান্দনা
তেন্দোং নম্দা পোরগা লীরুং খুত্তা পাহুনা
থাঙলেন নাত্তা য়াল্লগা চংখি য়াঙরো শদানবা

তয়ুক য়েন্দা অঙনবা কোরৌ মঙাল উচিদৈ
খুমন মলম তুংগুইনা হৈরেম লমদম মাঙগুইনা
উরক রারক শমছুনা লমদম তামনা শাদানবা
কোরৌ মৈশা লাংবনা থাংনল মৈচাক ফংবনা
সরা চবুক লাম্নকপা উর্নবি চক্কম ভিংজকপা
পায়মা খোমমি কংলক্রে লাইজ ঈহৌ লাংলক্রে
অরা শোর পাবোংলোন পায়মা নিংশা শংহোরে
লাইজ ঈরিক অমত্তা থকপা ফংদে সুমিংতো
অরাম খৌরাং মৈচাক্লা থম্মোয় রায়না চাক্রকপা
অরা মৈচাক থাহবদা লৈমায় হক্তা ওন্দুনা
লেম্পাক লৈতন খুল্পা খোবোম থল্লা চাশিল্লে
লাইজ ঈখৌ লাংবনা খৌরি চবম ফুন্নক্রে
নিংশা থবেং হোৎলক্রে চনিং তাবা ঙমদরে
লাংবন মুংশা মৈরক্তা চনিং চবাং শমনদা
মালেম থক্তা হাত্তানা য়াইবী থবায় থাথরে
অচৎ অগুক খুদিংনা শোলনৈ নোংয়াই মহাকপু
পায়মা খৈনা পেননদে নোংয়াই মীশি উবদা
সুমলেন তালোয় লোম্নবী পুনচেল পিকপী অনিবু
থীনা ঙাংঙনৈ মীয়াম্না চৈনৈ ফক্ত' মলমচৎ
কৈথেল অকা অকুমদা লম্বী রাম্নী ওইনরে।
কায়না মৈশা লাংলবী লোম্না তোলোয় অনিদো
থম্মোয় মৈচাক থাঙবদা ফোংনা কপসি কপঙমদ

ইকায় ফিরুক খুমবনা চাবা থকপা চঙদরে
মপাম য়ুমদা কূমতুনা রানা পুন্সি লেনখরে।
মমুং মতম চাদনা য়ামজেন নৈরা মুংখিবা
মনাও মাগী রাথলদা খুমন নিংথৌ পুনশিবা
কায়না নৈশা লাংবনা অরা মায়থোং লাংশিরে
পারি য়েংই পিক্রিবা মনাও য়েংই তামপ্রবা
য়েংকৌ পাম্বোম শিথবা পাজল ময়েং ফারকপা
খললু খললু খুদিংদা রাখল অংজিন পুল্লবোই
চাবা থকপা নিংদরে ভুমবা হিপপা চঙদরে
রাখল লাঙ্গোই চনখরে অরা ঈপাক ঈরাকনৈ।
খুমন নিংথৌ নহাকসু তালোয় অনি তুরেলনৈ
রাঙমলোন পামবা ফাবী লৈমা তালোয় অহনগা
লৈমা ইরেংবা চন্দ্র লাইশ্রা একয়াম ফাবীগা
লৈনা তালোয় অনিদো পায়মা লৌশিং চাউহনা
উনবি পুক্লিং লিক্তিননৈ চানৈ মচিল মনাংগুম
লৈমা পামবা ফাবীনা পরি চরাংবা পোকই
লৈমা তালোয় অহোম্বী লাইশ্রা একয়াম ফাবীনা
মমোম অাংলেন শাফবী পারি থোংবু হনবগা
পারি মমোম অনিবু পাজল শরেপ ফানবা
নাউয়োক নাউকোল ওনদনা লাইবক চাউবী পলেমলো
থমমুং শরা তানখরে অনং য়াইথোং কুমথরে
লৈমা তালোয় তুংশিবী লুমলেন পুক্লিং খোয়জাবী

মনাও খোমদোন অতোপ্পা কায়না মৈনা নৌহৌনা
থাম্বী মৈচাক হাপ্লক্লে থম্মায় রায়না চাক্লক্লে
ফম্মে ফমকুম নাইদরে চারে হাওফম খঙদরে
ভুম্বা হিম্পা চঙদরে অম্বা পোম্পা লৈতরে
লেমফু মরা কক্লবা পামেল উয়োল কংলবা
উনা থুইরুন চন্নবা তলা পামেল উজাউগুম
বানা খাঙলে নিংথৌদো নোংয়াই থুমন লৈবাক্তা।
বাবা অমা লোইদ্রিভৈ লাক্লে বাবা অমম্ব
পামেল শিংজা চন্নগা কৈথেল কানা শিংয়োনবী
লৈঙ—লায়রা অনংবী লায়না চৈনা থাঙলিবী
অমাং শেগায় চরৈনা মোমন্ব লৈতেং ওইরিবী
পারি মনোম নমদাপো চমলৌ য়েনশাং হেক্লিবী
কোরৌ মৈশা লাংবনা হুমাং ঈরিক কারিবী
থুমন অদোল লায়রবী নোংয়াই লাইবক চাউবীশিং
অয়ুক চারা মুংদাংহেন মোমম্ব মুজা ময়ামদো
থুমন কংলা তোংয়াইদা কপনা কপনা চেল্লক্লে
খাংচেং চরৈ কোকথুম্না নিংথৌ মাঙদা ভুররে
মপু থুয়া থাহুদা বারম খিবিক হুক্তংচৈ
নোংয়াই নিংথৌ ইনিংথৌ য়োম্ল' কাদা ঙাকপিয়ু
লাম্ল' কাদা কনবিয়ু লাইবক চাউবী ঐখোয়নি
ইপাম থুমন ইলমদম নোংয়াই ইপু ইলমলেন
লৈতʼ লায়র ঙাক্লবা পামেল শিংজা চনজবা

তরা চক্কম ওইনবা চমলৌ য়েনশাং হেক্রবা
হৈরেম কাংবীস্তু শমু খোকশোক কোনজৈ' থৌবনা
পামেল শিংজা চমহমদে চমলৌ য়েনশাং হেকহনদে
লেমলৈ ভারন ভানবস্তু কোয়না তাননা ফুরকই
অঙন অথৌ তাকচরু নিংথৌ মাদা হায়রক
চায়না খোংভবু ফেননসি তিমেন ভাস্তু চায়নসি
খোয়মা ইমায় লৈনদনা য়াইবী থবায় লৌমসি
অথোই নাপল কাহুনা হুয়েল লানবু শিংলকই
খোয়না মরৌ চাউবা হৈরেম কাংবীস্তু মাদি
ময়ুম হৈরেম লমদমদা মরোই মনাও খিবিক্কা
শাবল লাম্তোংশিন্দুনা হুয়েল লানবু ভাইহৌরে।
খুমন গুজা ওইবীগী মারা মপাউ তাবদা
খুমন নিংথৌ পুনশিবা মায়থোং খেঙম লাংশিল্লে
মালেম লৈদা লুক্কুনা তরেং তরা থলকই
রাখল লংজিম পুমথরে লংলা লংজিন ফংদয়ে
কংলা কমকম লাংলিবা অকন অথৌ কন্নাইবা
নিংথৌ ভমবা অঙম্বা মায়খোং লৈদা লুকনরে
মীনিল খোলনা নিলম্বা খুমন কংলা তোংম্বাইদো
মালং হুংশিং লেপথরে ঈচিল ঈচল তুমথরে
লেপপা মথৈ মলেপপি কমকা খিবিক মকমই
নিংথৌ থৌগল তৌরিবা থাঙবু তাক্কু পাক্করিবা
লোয়শঙ ভাকপা মনাইশিং কল্লাং লাইপা মাক্করে

লেঙবা খোংপা লৈভরে তুমিন তুমিন লৈনরে
লাংকৈ লমন খুমগে খনদে কনা অমন্ত্রা
শয়েং পাম্বোম ভিংতুনা মুপা থৌদাং উৎতুনা
য়েক্লা মায়োক য়াগে মীগদে খুমন কনাস্তু
অশাউ মৈচাক মুংদাকুম পায়মা শুক্‌শি শোপ্লুনা
লৈথি খুমন কম্লাইবা অকল অথৌ পুম্নমক
মীয়াম বাবা চাংদপী হেল্লি কিংথৌ মহাকনা
কমবি থক্তৌ লেমলৈনা চোংনা কননা থাংবগুম
তেরা মোম্বুম মোমাতেক্লা কোয়না থাবা তাংবন্দো
থাম্বী মৈথক পাংথকতুই নিংথৌ কমবা ভমদরে।
অবা মায়থোং লুককনা পায়মা রাথল মুংবংনা
লমন খুমসি খুমঙমদা মায়োক য়াসি য়াঙমদা
অকল অথৌ কম্লাইবা উচুক কুণ্ডম মুংলিবা
য়াওরৌ শাহুং লৌঙমবা মৈতোল লুকপা শাণ্ডপ্পা
অঙম অথৌ মল্লামন্নী মওং মতৌ উবদা
নোংয়াই চাথা মোইরেম্বা লৈবাক মাঙদা চোংথোক্লে
মপু থুয়া খাল্লা থুক খুদক কুম্নুনা
খুৎকাং চাংজৌ লোল্লনা খুল্লা খালা হঙংলি
"নোংয়াই খুমন ইনিংথৌ অবা কোকথোং থাবিরো
হৈরেম কাংবাহ্ লাগা মক্লাইরেম্বা চাথা ঐপ্পা
থোক্লাং চায়না পাক্লশিংনা ভিমেল তাত্ত্বু চায়মগে
মপু য়াথং শাবিরু চৈরে কিগাউ শাক্লরি।"

নোংয়াই মপাউ তাবদা নিংথৌ পুক্লিং খোয়দারে
অঙম অথৌ ফম্লাইবা মায়থোং মকা লামনরে
কোরৌ মৈশা লাংতুনা পামেল খুইরুম চল্লবা
লাইজ ঈরিক ফংবদা তলা মানা তেকখংকুম
নুংঙাই ঙমখৈ লৈখিদে খুমন নিংথৌ পুনশিবা
সনা কাগোক চিনদাইমু মখুম তনবা হাংদোক্লে
মচল শুনা য়োমলবা পানা চহুম লৌথোক্লে
মনাই চিংনা য়েংলগা য়ারা মপাউ মেল্লকই
"নিংথৌ ঐগী অচানবা নোংয়াই চাখা অথৌবা
পানা চহুম চাহুনা হল্লো খুমন নয়ুমদা
হৈরেম কাংবীমু মাগী তাংজ লুরেল লৌরগা
নিংথৌ ঐগী ইথুংতা য়েকনা লুরেল শিননৌকো"
তাকপি মপু মহাকনা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা
নিংথৌ সনা য়াথংবু চরৈ ফিগাউ শারগা
নোংয়াই চাখা মোইরেম্বা ময়ুম তনবা হল্লক্লে।
খোঙথাং কমজাউ তুম্দুনা 'শাবি লাকপা উবদা
কেগে মোইরাম্বা চনু লৈমা নামুল থাম্বীনা
পুল্লাং লুরোই কোকথোংনা লাইজ ঈশিং শোক্লবা
ইমুং য়ৌগে থনদনা শুমাং য়াইদা থম্লগা
শাবি নাক্তা চঙহুনা নুংশি মপাউ ঙাইরকই
মোমনু তালোয় নুংশিবী শানৌ চিংনা য়েংলগা
নোংয়াই চাখা মোইরেম্বা ম'বা মপাউ মেল্লকই

"শানৌ থম্বাল মানবী য়োইবুনাই ইনেম মচা ও
হৈরেম কাংবীসু 'খোবা লমকেৎ লনহেনবা মাগা
ওসি কোরৌ সুনিন্দু নথংলেন য়োইবু ঐগা
খোক্লাং চায়না খোঙকেন্না শিংমেন তা চায়নরুগে
তরা চয়েংম থৌরাংলো লাইজ খোমবু হায়ুরো
কোরৌ নারল বায়থিনি শানৌ খোংহাই থুজিন্নু।"
থংলেন য়াম্বা তাবদা লৈমা নাগুল থাম্বীদা
সুরা নিংদোল চোংশনা থব্রায় মিপায় থবাইরে
থংলেন চেংলৌ চিংনয়েং খোম্লেন মঙবু পাউদমজে
"শাবি মাগ্র পাম্মুবা মীচা পোক্তি লোয়ুম্বা
ওরাং কোরৌ নোংলেন্দা ননাও ঐগী মঙলানচান
অতুক থৌদোক খিবিক্না খোম্লেন মঙবু মঙওইনৈ।
চেংহী শম্বাল লাংতুনা উতি শমখোং শেংলগা
লাইজ ঈয়াই ঈপাক্না ঈমু মায়োল শাংতুনা
লাইজ শমখোং তেংবদা ঈচেল কনবা ঈরৈনা
মোমন্থু খুংচেৎ নমথাংবু ঈয়াই তমনা তাউথখি
শিংনাং লাংদোন শমতুনা চরৈ লোকপা ওমখিদে
নাদা য়ানবা চোম্লাংসু মাঙখি নারক মোংশোংদা
তম্না চাক্লেন খোংবম্থু চেং চঙতুনা চাকওইদে
থংলেন লালোই মীঙাথোক শরেল মীহুংশা ওইনি
ওনি কোরৌ নোংজাদি থরাই খোঙ্গাল লানবিম্থু
হুম্না মপাউ মেন্দুনা শাবি থংলেন থামজখি।

শানৌ য়াবা তাবদা নোংয়াই চাখা মোইরেশা
চিনবান মোমোন য়াকাতম শানৌ চেংলৌ শকয়েংনা
সুংশি য়াবা মপ্পাউখোল সুরা পুক্রিং কায়ক্রে
"শানৌ পায়মা সুংগুনবী হুক্তা করি' রারাগ
বানি থগুনা পানবনি শিনি থগুনা পোকপনি
তাইবং চেংজেন চান্থনা বমু পুন্সি লেনবনি
গুসি শিনি পাউজেন্দে হয়েং শিনি পাউন্তাক্কে
অমুক পোকপা শিবসি তাইবং পানগী খোগচংনি
অবাং শরু লুতোংলৈ পুন্সি লৈমন চন্নগা
ঈপাক থকী কোঙ্গোলগুম তিল্লি পুন্সি ঈপাক্কা
সুরা পায়মা সুংগুলনা রাখল খুরৌ চেনগনু
খুমন নিংথৌ ময়াথং লৈবাক শিঙ্গা কোক্তাথাং
নোংয়াই খুমন লৈবাকী তুরৈ ইরৈ চল্লিবা
তমব থৌদাং উৎক্তুনা অবা খিখিক কোকহনগে
পায়মা সুংদা থনথরে মোমসু পুক্লিং চিংনসু
অয়ুক শিংজা চললগা সুংখিল কৈথেল কান্নিবী
চমলৌ য়েনশাং হেকলগা তুরা চাকচুং শিল্লিবী
নোংয়াই লৈত লায়রবী মোমসু লাইরক চাউবীক্লিং
খুমন ইপাচা ইরয়দম অদোল ইপু লমকেনদা
পামেল শিংজা চনজবা চমলৌ য়েনশাং হেকচবা
লেমলৈ ডারম তান্নবস্ত কোকনা তাকনা হুরকপা
খুংজান লমবেৎ লমহেনবা হৈরেম কাংকীস্থ বাপা

নশাবি চাথা ঐপা ভিমেন তা চায়নরগে
তমব খোনা উৎনগে লাইবক চাংবু য়েংনগে ।"
'শাবি য়াবা তাবদা মুরা ভুবু চুথরে
লৈবাক শিম্বা ওইবনা থংলেন থাম্বা ওন্দরে
মুরা খম্মোয় মুংদভি অবা মৈপায় ল্যাংবনা
খম্মোয় পুবা ওমলক্তা মিংলু তরং ঈরাহৌ
মুরা হিকনা কপতুনা ইমুং, তাননা চওথরে
তরা খোংলে মকপলে লুকোই শেমলে মহিক্রে
থবক তৌবা খোয়জংবে বাথল পুক্কিং লৈতাপে
তরা চয়োম য়োমজবা লাইজ খোমবু ছানবস্তু
হননা হননা হোৎনজৈ য়োম্বা ওনদে পাচুনা
রাবা পল্লোল লোমলবোই মোমজু লাইবক চাউবীদো
খিক্রেন থাবু ফুজুনা অবা পিরাং পিহোনা
চীংক্রং লাইজ ঈফুংখোক খিডেল লাইজ ঈনমথাই
হিকনা হিকনা কপতুনা শাবি মাবু থামজবা
নোংয়াই য়াবা ওমলরে নিংখৌ য়াফং ফিবনা
খুদাং য়াইচৌ শিজিন্নে খুবোম য়াইরি লোনশিন্নে
অঙাং শংজিং কৈরোলকি অপা চীংখোং লানহৌকি
চরৈ ফিচু থাওননা শাফি ল্যানফি ক্লেংজগা ।
লাইশম চুবল খৌপাচু মরোং চুজিং হেমবচুং
নোংচুপ কবোং অভেরা ফিলহৈ মুংচু চুংশেনা,
মরোং ভজো রবুনা খোক্লাং চুংলোল মাডইননা

হুরা নামুল খাম্বীনা য়োমবা চয়োম পুরগা
লৈচিল নোংখোং য়েংহুনা চিংঙু লাইবু খাগোননা
হাওরে খানা পাংবলম হৈরেম খুনজান লমদমদা
হুয়েল লানবু লান্দাখি নোংয়াই চাখা মোইরেম্বা
কেগে মোইরাম্বা চমু লৈমা নামুল খাম্বীনা
শাবি মানা চৎখিবা মায়কৈ চিংনা য়েংহুনা
নুজা পাঙ্গল ওইবনা থংলেন হৈনা তুংইননা
মুরা চৎসি চংঙমদা খরাই থোংঙাল রাংমদা
য়েংজৈ মমিৎ কুপতনা মায়খোং পিরাং থুমহৎনা
চৎনা চৎনা তামখারে য়েংনা য়েংনা উদরে
নিংকী পনখৈ লানখরে কায়না ফিজং থনখবে
মোমহু লাইবক চাউবীদো হায়ফম তোকম খওদনা
হিকনা হিকনা কপতুনা ময়ুম তাননা চঙলক্লে ।
লমলেন হৈরেম ময়কসি কোনখা থৈথোক পান্দুনা
নোংয়াই চাখা অথোবা হৈরেম কাংবীস্ত ওক্লরে
'অথৌ' অনি শকয়েংনা লেপনৈ খোঙকম হোংদনা
নোংয়াই অথোবা মানা হৈরেম কাংবীস্ত য়েংনা
য়াবা মপাঙ মেল্লকই "পাথৌ হৈরেম অথোবা!
ঙসি কোরৌ নোংজাদি খুমন নিংথৌ ময়াখং
পাথৌ হৈরেম নহাক্তা নোংয়াই চাখা ঐহাক্তা
খোক্লাং চায়না পামশিৎনা তিমেন তাবু চায়নসি
হৈরেম খুনজান নলমদা হুয়েল লানবু শিংবনি ।"

নোংয়াই মপাউ তাবদা হৈরেম কাংবী ''থৌবা
চিনবান মোমোন য়াকাতম য়াবা পাউথুম পীরকই
''পাথৌ নোংয়াই অথৌবা নবা তাবা মুংঙাইদা
লমাংলন হৈরেম ইপালম থুনজান ইপু লমদমদা
খুমন অথৌবা নউনা ছুয়েল লানবু শিংলবা
খোয়মা ইমায় লৈনদা য়ামজেম ইনম মুকনদা
খোউফম লৈবা লেপতুনা তিমেন তাবু চায়নসি
খুমন 'থৌবা নহাকনি হৈরেম থৌবা ঐহাকনি
ইপা ইপু হাক্তৰী চংন পথাপ তুংইমমা
ছুয়েল লানগুং কায়নদ তমব 'থোনা উংনসি
লাইবক চাবু য়েংনসি হ ননা তাবু হুনবিরো
মাপা তামবা ষণগুম্বা নাপল চাউবা কাংবীসু
খুংসু তাদি তাদোমপোক মালেম লৈদা য়ুংখরে
মরোং চুংদি হেনবচুং লৈমায় থক্তা থাদরে
খোউফম চেৎনা লেপতুনা থবাক লোংনা য়াতুনা
নোংয়াই চাথা 'থৌবগী তিমেন তাবু ঙাইখরে।
হৈরেম থৌনা ফরগী য়াবা মপাউ তাবদা
খুমন চাদি অথৌবা নোংয়াই চাখা মোইরেম্বা
মুঙবু চংপা থবাকনি শুকপ হুনবা পাম্বোমনি
খুংসু তাদি তাদোমপোক খুতুম চেংনা পায়হুনা
খুবাক তিল্লাই মেল্লগা ছুয়েল লাল্লাউ লাউহুনা
হৈরেম অথৌবা তমনা খুৎসু তাবু হুনখিবা

তাজিন লুকনা পাইরক্লে শাঙ্গাই—শেলগী মতৌশুম
তাহুন মাপা শোয়রনা থবাক পানবা ওমদরে
হৈরেম কাংবীসু মাগী শামু খুৎকী খুদোম্বী
মতোল খেৎলে তাজিননা ঈভাং খজিক খোকলগা
শোইরেল ফুমদি ভুহুনা মালেম লৈদা য়ুংখরে ।
নোংয়াই চাখা 'থৌবনা পাথৌ হৈরেম অথৌবা
পাথৌ শামু খুদোমবী ভিমেন তানা পানবদি
ঈভাং খজিক খোকপরা য়াবা মপাউ হংববু
হৈরেম কাংবীসু মানা ৎইদা বানা অওইশা
নোংয়াই চাখা য়েংহুনা য়াবা পাউখুম পীরকই
পাথৌ নোংয়াই অথৌবা ঐগী খুদোন মতোন্দা
ঈভাং খজিক খোকপদি তানা খেৎপা নৎতেদো
মানবি যণবোৎ লাকপদা কোংয়াং বাশা শাজেনা
শমু খুদোল য়াৎতুনা ঈভাং খজিক খোকপনি
হৈরেম মপাউ তাবদা নোংয়াই পায়মা চিংনরে
পাথৌ করি বানোদা কোংয়াং বাশা শাজেনা
শমু খুদোল য়াৎপদি ঈরম থিংবা য়ারেনা
ঈচেল নাইবা ঈভাংছু ভিমেন মানা খেৎপনি
কোরৌ থক্তা থোকলিবা অমম অভান থায়রিবা
চিংছৎ মাবু পলেপনা য়াবা ফিগৈ শেংবিমু ।
নোংয়াই মপাউ তাবদা পায়মা বাখল মুংবংনা
য়েক্সা মাঙদা চাংতাবা ইকায় শেঙোয় শকওনবা

অচুম অয়ান থিদবা শরি বাশক কিদবা
থৌনা ফবা কাংবীসু য়াবা পাউখুম পীরকই
কোরৌ নোংবু য়েংহনা চিংঙু লাইবু পলেপনা
শরি পন্দোল লোমবিগে পাখৌ চিংন কোরুবা
লমলেন হৈরেম ইলমনা অচুম অয়ান লেপপিসু
পাখৌ নোংয়াই মহাক্কী চিরেন তানা পান্দনা
হৈরেম শমু খুদোলদা ঈঙাং থোকপা নত্তেদো
কোরৌ মাসু উসসু মালেম লৈসু খঙসসু
লাইদাম খাবুম লান্দনা খুনজান লমদা পাচুগে
চিংঙু খুদম য়েংনসি শরি পন্দোল লোমলক্লে!
হৈরেম কাংবীসু মহাক্কী শরি বাশক তানদা
নোংয়াই চাখা মোইরেম্বা ঙকপা পন্দোল লোমখরে
অমম অঙান খায়রিবা চিংঙু কোরৌ হুনবনা
অচুম অয়ান য়েংবিয়ু মালেম লৈনা খঙবিয়ু
পায়মা ফুংগা খনহুনা চিংনা বাখল তুংওইনা
তমব থৌনা উৎতুনা খবাক লোংনা তান্নাখি।
মীনম বানা অওইশা চিংঙু লাইবু পলেপনা
বাশক পন্দোল লোমখিবা হৈরেম কাংবীসু থৌদনা
মালেম লৈদা য়ুংলিবা খুৎসু তাত্ত শৎতুনা
খুবাক তিল্লাই মেল্লগা খুহমু চেৎনা পায়হনা
মিৎয়েং কারন লাক্লুনা ছয়েল লাল্লাউ লাউরগা
হৈরেম শামা পাজনবা শাফু বননা হুৎকপা

বাইরা তেঙ্গগা পান্দমলাক তাজিন লুক্না পাইরকপা
থৎস্থ তাদি তাদোমপোক মালেম লৈদা মুংদনা
নোংয়াই চাখা থোৌবগী থবাক মাতা ফবদা
তাজিন থুগনা পানবদি উনবি চকম লেংলবোই
নোংয়াই চাখা মোইরেম্বা খোঙকম চুমনা লেপঙমদা
ভাগী চৈনা খাঙবদা হুমাং ঈরিক কাররে
চিনবান থকখা চিক্লনা তিমেন তাবু শংপদা
তাজিন ঈখেং ঈহৌবা থিংবা ঙমদে মথুৎনা
ঈঙাং পামফেম-নরকলে ম'লেম ঈখোং চেল্লকে
পাঙ্গল নয়েং তারক্রে হকচাং তনিক তনিক্রে
থুবাক মাতা ফবনা তাখুল মাবু মেল্লগা
হৈরেম কাংবীস্থ য়েংনা নোংয়াই মপাউ মেল্লকই
''পাখৌ হৈরেম অখৌবা ঙসি কোরৌ নোংজাদি
নোংয়াই চাখা ঐহাক্তী য়ামজেম লাইবক থীবনা
পাখৌ নঙগী নফন্দা হৈরেম খুনজান নলমদা
বাইরা নাশা থোক্লনা হুয়েল নরান ওইহ্নেদো
উনবি চকম লেংখিবা ভাগী চৈনা খাঙবদা
য়াইবী থবায় মঙাসে হকচাং পোল্লাং খাদোরে
ঐগী য়াইবী থবায়না খোইজি নিঙ্গল লাংজিঙৈ
কেগে মোইরাম্বা চম্ন নচল নমুল খাম্বনা
তরা চয়োম য়োমলকপা চকম খন্দনা চামিননা
লাইজা খোমবু হান্নকপা খোমমি খননা খকমিননা

মুংশি পুক্নেন পাঁওমেননা অরোয় য়াহিপ তানজগে
নোংয়াই পুকচেল চাউবগী য়াবা মপাউ তাবদা
মীনম বানা বাওইবা নত্ত' শাজং মাঙওইবা
পুক্লিং বাদি অরোনবা মকা ফোংসি ফোংঙমদা
হৈরেম কাংবীস্ত 'থোবদো ঈনবি পুক্লিং ওন্নবোই
মতাও নোংয়াই কোল্লগা হিকনা হিকনা কপলক্লে।
শানৌ মানা য়োমলকপা তরা চয়োম কাকপদা
লারোন নাইনা য়োমলিবা মথেল লুকোই উবদা
নেংয়াই মানা চংলমদাই মুরা মানা পাওমেনবা
মুজা খোমলেন মঙলানচান মগী থৌদোক পাউদম্বা
হিকনা হিকনা কপতুনা শানৌ মানা থামজবা
নিংথৌ য়াথং কনবনা লৈবাক থৌদা ওইবনা
মুংশি মাগী য়াবাবু তুংওই নাতে থনখিবা
থলনু নীংশিং—লুবদা থম্মোয় পুবা য়াদবোই
মিংলু নাপোম অনিদো পিনা ঈরা চেল্লকলে
খুমন লমদম ওনতুনা শানৌ লৈবা মায়কৈদা
মিংকম হোৎদ রোলগা মুংশি য়াংবা পাওমেননৈ,
য়োইবু শানৌ মুংশিবী লুমলেন পাংমা থোয়দাবী
ঙসি কোরৌ নোংজাদি হৈরেম খুনজান লমদমদা
নোংয়াই য়ামজেম ইতুরোই চিংঙ নোংদম থীবনা
অপাম মুংশি য়ায়থুংবা চহী কুমজা ওনপ্রিডৈ
পামমু মুংশি শেংননা কায়না মৈশা লাংলনি

শানৌ নঙগী খনবদা ৱাখল লাজিল পুনখরে
কল্লক মীহৌ চাউরবা তাইবং মাল্লং পানসিদা
শানৌ নদোম লৈহৌনা করম য়াইবী থাসিংগ
ভুরা মাগী মফমদা কুংশি ৱাৱা পাওমেনলৈ।
নোংয়াই চাখা মোইরেপ্পা ইহরেম কাংনীংঙ্গু 'থৌবা
পান্তৌ মরুপ অনিদো তরা চাংয়াম চানিননা
লাইজ খোনবু থকমিননা শাহাক ৱারী শারগা
নোংয়াই য়াইবী লৌনবা নাবল থাবু শৎতুনা
খৌনাউ লেংথোং লেন্দুনা য়াইবী থবায় লৌরগা
নোংয়াই চাখা মহাকী তাংজ ভুরেন মকোকা।
পিতমন ওগী তাদোন্দা ভুরেন মবু থেংতুনা
ইহরেম কাংনীংঙ্গু 'থৌবদো ভুরেন লাপ্লাউ লাউরগা
লানবু ভমলে উৎতুনা লোবা মরাল পাংলক্লে।
খুমন পামেল শীচনদী নোংয়াই লেমলৈ তাতানবী
চনলৌ য়েনশাং হেক্লিবী ভুজা ওইবী মথোদা
নোংয়াই চাখা 'থৌবগী তাংজ লুরেন উবদা
মিংপূ কুপতা য়েংনরে শুবা নোমবা লেপতুনা
নোংয়াই মতৌ উবদা কপলৈ নোংলেন থোংবশুক
থবক শুবা শিনজংদা ৱাবা পন্দোল লোমনরে
কপনা কপনা চেহ্লক্লে খুমন মপাম লংদমদা
কংলা পাংখি নহানা অঙম অথৌ তাকনবা
অহল ওইবী থরনা নোংয়াই ময়ুম শংহৌবী

মোমন লাইনক চাউরবী লৈমা নামুল থাম্বীদা
'শাবি য়াইবী মাঙহৌনা পাউবু তমনা চেল্লক্রে।
কোরৌ নারল তায়রকপা বাংবল মৈশা নেমলকপা
উচেক বায়া খিবিকনা থাকনা থাকনা থোংলকপা
লাংজা উরোক চেত্রানা কোংরৌ থক্লা পাইরকপা
ফন্তু খুদম চাংদমনা মায়োক মখে লাংলকপা
পিস্তম পাম্লাম চোংবনে পায়না নিংদোল নিকপানে
মোমন লাইনক চাউরবী লৈমা নামুল থাম্বীদো
তুজা পুক্লিং খোয়রাংলে লৈবা তনাদে ইমুংদা
থরাই থোঙ্গাল পাংলক্রে 'শাবি লাকপা য়েংনবা
খুনাক লাইশঙ তাতুনা পুনিং নোংদোন কাংতুনা
হৈরেম মায়কৈ ওনতুনা লমদম তাসনা য়েংজবা
থংলেন লাকপা উরক্লা তুরা পুক্লুং লাংকনা
অরা নৈচাক তুংদাকুম নিংশা চনিং তাদরে
মিংলু পিরাং ঈহৌরে মায়খোং থঙ্গাল চামলক্রে
তুরা থাঙবা ঙমলক্লা থরাই খোঙ্গাল তুংওইনা
চেলনা চেলনা লাকপনা লমবী থাইখোক চল্লক্রে
খুমন পামেল শীংচনবী নোংয়াই লেমলৈ ঙাতানবী
অহল ওইবী মখৈগা ওবনৈ য়াংদৌ লমথাংদা
তুজা মতৌ উবদা ঙমদে বাবু হৌদোকপা
মখোয় মশেল য়েংনরে মায়খোং লৈদা লুকনাবে
অহল ওইবী মখোয়গী অরা শক্লেন উবদা

লৈমা নামুল খাম্বীদো থম্মোর পুবা য়াঁদরে
মখোল তনিক তনিকনা রারা মপাউ হংলক্লে
"পলেম শকপী ইমাখোয় পায়মা মুংগী য়ারাদো
নমোম ঐগী ইফমদা য়ারা নপাউ তম্বিয়ু
অদোল নিংথৌ ময়াথং নোংয়াই খুমন লৈবাকী
অরা খিবিক কোকনবা লৈবাক মরা তপনবা
হৈরেন খুনজান লমদমদা য়েকনা মায়োক য়াখিবা
কোরৌ নারল রায়রক্লে শাবি থংলেন লাক্লরে
পলেম ওইবী নখোয়না নোংয়াই মাবু উবরা
মুক্তা মপাউ তাবদা অহল ওইবী মথৈদো
পাউখুম পীবা ঙমদনা মরূ লুকনা লৈখিবা
মওং মতৌ উবদা মুক্তা পায়মা চিংনরে
পলেম শকপী ইমাখোয় চিংনা পরৈ লৈতনা
শাবি থংলেন মপাউবু নমোম কাদা তম্বিয়ু
ইঙা লৌখোং অখুবা কুমশাং ঙাহিন তকপগুম
মুক্তা মানা হংলকপা পাউখুম পীবা ঙমদনা
ঙাহাক বাখল তৌরগা অহল ওইবী অমনা
কেগে মোইরাম্বা চমু লৈমা নামুল খাম্বীও
শাবি থংলেন লোয়ুম্বা নোংয়াই চাথা মোইরেম্বা
নিংথৌ য়াথং কোক্কাথোং লৈবাক শিম্বা নমদাগো
নোংয়াই খুমন লৈবাকী অরা খিবিক কোক্লবা
হৈরেম খুনজান লমদমদা তমব থৌনা উৎতুনা

হৈরেম কাংবীস্থ 'থৌবগা তিমেন তা চায়নবদা
নমু পুন্সি তেনবনা ভংইবং চেংজল লোইহুনা
জমলেন হৈরেম মরকসি কোনথা থৈথোক পানহুদা
শাবি নোংয়াই চাথাদি য়াইবী থরায় মাঙলেদো
পুকচেল কনবা কাংবীস্থ মীগুংশি থঙদা মহাকনা
তিমেন ভাগী তাদোন্দা শাবি লুরেল থেংতুনা
হুয়েল লালাউ লাউহুনা মোংবা ময়ুম পাংখিবা
থংলেন তাংজা লুরেননা থুনন লমদম ওন্দুনা
মিংলু নাপোন অনিদা পিনা ঈথক হৌহুনা
নোংয়াই মানা চংখিবা ইমোম বরম তমসিগে"
মথা তানা পাউদম্বা ঙমদে অহল ওইবীদো
অবা থাম্বী মৈশালাং হিকনা হিকনা কপ্লক্রে।
থংহেন মপাউ তাবদা লাইবক চাউবী নুজাগে
য়েংথি মিংকম হোংদনা লেপথি তলা পামেলগুম
নমিং পাংডি মঙাইরে নুংশা হোললি থঙদরে
মিংলু নাপোম অনিহু পিগী ঈচেল তংতরে
চাংনুং লাইজা ঈঙুংক্রুম মায়থোং থম্বাল চোংলক্রে
নুজা মতৌ উবদা অচং অওক পূম্নক
থম্মোয় পুবা ঙননদা হিকনা হিকনা কপনবা
মীকপ মীয়াউ তাবদা কায়না মৈশা লাংবনা
থম্মোয় বায়না চাকলবী নুজা লাইবক চাউবীগে
ইকায় ইকি বাংমলান কপচৈ তেংথা নাউরোইনা

"শাবি থংলেন মুংশিবা মীচা পোক্তি লোয়্নবা
পারি য়েংই লৈতবা ইমোম য়েংই শাৎতবা
মোমনু লাইবক চাউবীনা তাইবং মালং পানসিদা
কনা য়েংনা লৈগনি করম পুন্সি লেবগনি
শামা পাঙ্গল শোল্লবী ননাও লাইবক চাউবীনা
থংলেন মংশক তাম্লগা হৈনা নতুং ইল্লকে
শাবি থরায় মঙানা চীংগী খুমু মায়ঙৌবী
তমগী খুনু থারিকপী চেক্লা লমখুমু থইনা
লমলেন থোঙাক অশিথেন মকোই মুংঙন মচীংলেন
রাবা ফৈরেল ফম্মাংচীং খুমু মিৎম্না লুরকচীং
পাথং চামা শিরগা মুরা চামা তায়নচী
মুরা চামা শিরগা পাথং চামা তায়নথেন
শমলাং মানা থোঙথোংথই শমলাং মানা পাহৈথই
অশি তুরেন থোংবান্দা ননাও ঐবু তায়বিয়ু"
য়াবা মপাউ মেনতুনা নোং থোংবগুম কপতুনা
মোংবা মরান পাংলক্লে লাইবক চাউবী মুক্তাদো
অহীং চুপপা কপতুনা নোংবু তানবা তাইরগা
অঙাও মীগী পান্দমগুম কংলা তাননা চেল্লক্লে
চৈর কোক্তা খুমতুনা খুয়া থাদা খুরুমজে
"খুমন নিংথৌ ইনিংথৌ অদোম নোংয়াই মপুরেল
ননাই থংলেন লোয়ুম্বা নোংয়াই চাখা মোইরেম্বা
নিংথৌ য়াথং কৌক্তাথোং লৈবাক শিন্না নমদাপো

নোংয়াই থুমন লৈবাক্কী অরবা খিবিক কোকনবা
হৈরেম কাংবীস্ত 'থৌরাং তিংন তা চায়নবদা
চিংগু নোংদম কনবনা য়ানক্তেম লাইবক থীবনা
লমলেন হৈরেম মরকসি কোনথা থৈথোক পানদা
ইশাবি নোংয়াই চাথা য়াইবী থবায় থাথরে
ননাই লাইবক চাউনীগী মীচং শঙ্গল লৈজদে
শাবি মংশক তাননদা লমন থুনবা ওমজারোই
অশোন অনা ওাকপিবা থুমন নিংথৌ ইনিংথৌ
মপু থৌগল ফাজবা থুয়া থাগী ননাইনি
থুনজান লমকেং লনহেনবা হৈরেম কাংবীস্ত মাগী
য়াইবী থবায় লৌরগা শাবি মংশক তানবিয়ু"
হিকনা হিকনা কপতুনা মপু কাদা বাকংচৈ ।
নুঙ্গা মপাউ তাবদা থুনন নিংথৌ পুনশিবা
অবা নৈচাক মুংদাযুম ইকায় তাজ নারুকনা
বাথল লংজিন পূন্দনা মায়থোং থেংগুম লাংশিন্নি
অকল অথৌ পুম্বস্থ মায়থোং লৈদা লুকনরে
লমন থুমসি থুনগুমদা পাউথুম পীসি পীওমদা
অকল অথৌ কমনহিবা কোয়না ফম্বা কংলানি
নিংথৌ মনাই অওম্বা চোলনা তিনবা লোয়শওনি
মীয়াম মীনিং মীথোলনা নীনবা কংলা তোংয়াইনি
অহুক য়াম্বা মীয়ামদো কক্লাং উথোং পান্দমগুম
লেওবা হাইবা লৈতনা চপ লেপতুনা লৈথরে

চিকনা ইচিক হুনথরে মালং মুংশিং লেপথরে ।
মোমন্নু লাইবক চাউবী লৈমা নামুল খাম্বীদো
খুমন কংলা তোংয়াইদা কপপা মথৈ কপলগা
মায়থোং লৈদা লুক্কুনা নীংবা কায়না থোরক্লে
শারেল নোংশা অমোমগুম থৌনা কবী ইবেম্মা
কোরৌ কোক্তান লোম্বদা ময়ুম হনগে খনদনা
কেগে মপান মলমলেন মোইরাং মতা লমদমদা
রাকয়ে হিবু তোংতনা চংখি হুয়েল লানেকপা
কেগে মোইরাং মপাচা মবুং মৌপণা কয়াদা
মুরা হিকনা কপতুনা য়াবা মপাউ তমলক্লে
কেগে উরা ইতৈঙাই মোইরাং ঙাংথম ইনাওশিং
হৈরেম কাংবীমু মাগা তিমেন তা চায়নবদা
হৈরেম খুনজান লমদনদা য়াইবী থবায় মাঙখিবা
থংলেন চাখা মহাক্তী রায়রা মংশক তানবিয়ু
মোমন্নু মুক্তা ঐহাক্তি তরেৎ ইমল লৌদনা
তরা চাকলেম চাতুনা তয়ুন মীনাই ওইজগে
অবা অনা খঙদনা তরেৎ শিম্মা পাংজগে ।
লৈমা নামুল খাম্বীগী য়াবা মপাউ তাবদা
হৈরেম কাংবীমু কিবনা য়াদে কেগে মপাচা
মোইরাং মবুং মৌপণাগী অকি মতৌ উবদা
লাইবক চাউবী ইবেম্মা খিংলৌ নিংবা কায়তুনা
মপান মোইরাং লমদমদা অহীং অহু লেপ্লগা

ইনুং তৈনা ঙানবগা থুমন মায়কৈ পাংলক্লে
থুমন য়াংলো লমজাউদা অবা মায়থোং লুকক্লা
থুরো চেননা চংলিবী নুজা মত্তো উবদা
হন্নু কুরু চল্লবী শমলাং ঙৌনা হৌরবী
থুংতা চৈশু পায়রিবী ঙাংব, মতৈ নিক্লবী
অহল ওইবী অমনা য়াবা নপাউ মেক্লকই
"কেগে নোইরাম্বা চম্ব ইহুইরোই নামুল থাম্বী
মপাং কায়না চেক্লানা মায়কৈ থঙদ পাইবগুম
কেগে থুরক কোয়বনা থুমন য়ুমথোং থুংবনা
পাম্মু কায়না মৈচাক্তো কোকপা ঙমলোই ইবেম্মা
নথংলেন চাখা মাগী নোংয়াই ঈদি ঈরেনথাক
পালেম পঙ্খো পীমচা মনাও লৈরাং অঙানবা
অঙাং নাওবা ওইরিঙৈ বাহল লৌশিং হৈত্রিঙৈ
পঙ্খো মরুপ চাননবা নোংয়াই মানা য়োকথিবা
শিংথোং কোন্দা শাইদাংবা তরা চাকপু থাংথিবা
শামা পাঙ্গল চাউরবা নোংয়াই শিংথোং নিংথৌবা
হুয়েল লান্দা লাঙ্খোবা য়াওরো শায়াম শাফাবা
তমব মতুপ হাংদবা মাপা তামবা ষণগুম্বা
ননাও মাবু নেক্লগা থংলেন মংশক তানহল্ল
অহল ওইবী নহাকী য়াবা মপাউ তাবব্রা
লৈমা নামুল থাম্বীদো ফুংঙাই পন্দোল লোমথরে
পালেম শকপী ইমাও নমোম লাইবক চাউবীনা

শাবি মংশক তানজগে নমোম মীংবা থু জগে
অহল মথোঙ কোন্দুনা নুরা হিক্লা কপলগা
নোংয়াই শিংখোং মশাইকোল মনাও লৈবা লমদমদা
চেলনা চেলনা লাকুনা মনাও লৈকম থিরকলে।
থুত্তা লোংউপ পায়তুনা লেমলৈ ঙারম তাল্লিবা
নোংয়াই শিংখোং নিংথৌবা পাখং চেংলৌ উবদা
লৈমা নামুল থাম্বীদো তুবু চুংবা থঙহোদে
শাবি নোংয়াই চাথাগা চেংলৌ শক্তম মায়বা
মিংচৈ তাবু য়েংবস্থু মিংকম হোংবা ঙমদবা
নতোল নাপোম মানবনে চিনবান য়াকা চুনকনে
পাখং চেংলৌ চিংনয়েং কোংলোয় মিংলেন হুংলকই
লেমলৈ ঙারম তাল্লিবা নোংয়াই পাখং শকহেনবা
পাখং নশক উবদা চিংনা ঈথক লাংলকলে
চেংলৌ শক্তম উবদা কোংলোয় নমিং খঙদনা
কৌবা ঙমদে ঐক্লারা মিংলেন করি কৌবগে
খুমন কনা' মচানো হংজে নামুল থাম্বীবা।
লৈমা পাউহং তাবদা নোংয়াই শিংখোং নিংথৌবা
ঙকপা পন্দোন লোমথরে পাখং মিংকম হোংদরে
লৈমা চিংনা য়েংলগা য়াবা পাউথুম পীরকই
ইচেম শকপী ইবেম্মা পাখং কোংলোয় নিংলেনদি
নোংয়াই শিংখোং নিংথৌবা খোনথি পালেম পম্মৌবা
হাকই নোংয়াই চিংনদা মাগী কোংলোয় অশেংবা

পাথং কোলোর তাবদা মোমন্নু লাইবক চাওবীদো
হুরাও কুংঙাই য়াননবা পিবু তাবা থওখিরে
মনাও চিংনা য়েংলগা য়াবা মপাও মেল্লকই
"শানৌ লৈরাং অতোম্বা উলনৌ কোন্দ লুনবও
লুইয়া লিকলু অথেংলৈ নোংয়াই শিংথোং ন্নিংথৌবা
ঐসে লুমলেন তালোয়নি শাবি চাথা মোইরেম্বা
শাবি থংলেন মহাক্তি থুমন নিংথো ময়াথং
নোংয়াই থুমন লৈবাক্তী অম্বা খিবিক কোকনবা
হৈরেম কাংবীগু 'থোবগা তিমেন তা চায়নবদা
লমলেন হৈরেম মরকসি শাবি য়াঙ্বী মাঙলেদো
হৈরেম লমাকেংপা মাগা শামা মায়েক য়ানবা
নোংয়াই থুমন লৈবাক্তা অকল অথৌ লৈভরে
শানৌ লৈয়াং অভোম্বা শামা পাঙ্গনবা নওবু
শাগি মংশক তানহনগে পায়মা নুংদা থন্দুনা
নতে লৈমা ঐহাক্না লান্নবু নেকপা ল্লাকপনি"।
লৈমা নায়ুল থাম্বীবী য়াবা মপাউ তাবদা
নোংয়াই শিংথোং নিংথৌবা অম্বা মৈচাক কুংদাকুম
অশাউ মৈনম ওমচাকা থাজেং পাম্বোম তিজক্রে
চিনবান থঙ্খা চিন্তুখা কোরৌ নোংবু য়েংহুনা
শাবি মংশক তাম্ভনবা শক্তি পন্দোল লোমথরে
মনাও নোংয়াই মহাকী শক্তি বাশক তাবদা
লৈমা নায়ুল থাম্বীদো নুজা পুক্তিং পোম্বকরে

নোংয়াই মাগা লোয়ননা ময়ুম তান্না হন্নক্লে।
অয়ুক মতম হৌখিবা কোরৌ কোকতোন বায়রকপা
লৈমা নামুল খাম্বীনা লাইজ খোমবু হানবিরে
তরা চয়োম য়োম্বস্থ ময়োম ফানা য়োমলগা
মনাও চিংনা য়েংহুদা য়াবা মপাউ মেল্লকই
"শানৌ লৈরাং অতোমবা হুয়েন লান্দা খৌবও
নত্তে লৈমা ঐহাক্লা য়োম্বা চয়োম পাচুরে
য়েক্লা মায়োক য়াবদা খোয়মা নমায় লৈগম্ব
শাবি মংশক তানবদা শানৌ মায়বু পাক্লকউ"
নোংয়াই কোকলেন থক্তদা পলেম শোক্লা নানবিরে
পলেম শকপী মত্তেমা মখোঙ, শোক্লা খুকমজে।
নোংয়াই শিংথোং নিংথৌবা শাকি লানফি শেৎলগা
পাথং তাদি তাদোমপোক খুহুম চেৎনা পায়হুনা
মরোং চুংদি খৌশাচুং চুংলেন ঙক্তা হক্তনা
লৈচিল খোঙচৎ য়েংলগা চিংঙ্ৎ লাইবু থাগোননা
চাওরৈ থানা পাংবলম হৈরেম খুনজান পাংলকলে।
× × × × × × × × × ×
হৈরেম কাংবীসু 'খৌবনা হুয়েন লানবু ঙমহুনা
তিংমন তাগী মত্তোন্দা নোংয়াই লুরেন থেৎহুনা
খুনজান মলম য়োরগা মোংবা ময়ুম চঙহুনা
নোংয়াই তাংজ লুরেনদো লুখুম কাদা থেথলগা
খুৎসু তাবু থমহুনা শাকি লানফি হোংবগা

পাঙল মযেং তারক্লে হনাং ঈরিক কারকল্লে
থম্মোয় তনিক তনিকনা মালেম লৈদা ফমথরে
নোংয়াই চাখা মহাক্কী ত্রিমেন তান্না পানজুনা
শমু খুংতোন মতোন্দা ঈভাং থক্কিক থোকপুব
মানদি যংরোং লাকপদা ক্লোয়াং রানা খেংতুনা
ঈভাং খজিক থোকপনি মীনম রানা অওইশা
অচুন অরান কিদনা কোরৌ নোংবু য়েংজুনা
চিংঙ লাইবু পুলেপনা শরি পন্দোন লোন্থিরা
খোয়ুন চৈথেং ফংলবোই হৈরেম কাংরীসু থোবদো
অনা চৈনা ফাওরক্লে পাক্লেম কৌনা নাহেরে ।
অনা লাইওং খভদনা তোরাং ফক্তা ওনহুনা
হেন্দা নাহে চল্লিবা থংলেন চেংলৌ চিংনফেং
মোমন্থ তালোয় ইবেম্মা শংলৌ য়েংখু লাংবীদো
রাবা পন্দোন লোমলবোই হিকবা-হিকনা কপলক্লে ।
অহীং মীশেল থাঙজুনা মাইবী মাইবা ময়ামনা
অনা থরাই লাংমেংবা ল্যাইথ্রাই তাবা ওন্দক্লে
হৈরেম মীয়াম তিল্লক্লে অহীং মীশেল থাংলরে
শাবি নোংয়াই চাখাগী রাইরা মংশক তারবা
শরি বাণক পন্দোনলোম হৈরেম খুনজান প্রাংলকপা
নোংয়াই শ্রিংশোং নিংথৌবা হৈরেম কাংরীস্থ মাগী
নোংবা মরান থিরকপা থরায় থোঙ্গাল য়োরক্লে
থাম্বী মৈজাউ থান্দনা মীয়াম চোননা-তিনবহু

১৬ পায়মা মুংদা নাচুংদে নোংয়াই থৌনা কথবা
খোঙকাপ কমজাউ হুনহুনা মীয়াম মাঙদা চঙলক্লে
থুংস্থ তাদি তদেমিপোক থুহুম চেংনা পায়রগা
মরোং চুদি থৌশাচুং চুংলেন থাংতপ লাক্লনা
হৈরেম মীয়াম মমাঙদা তিমৈন তাবু থৌশারে
নোংয়াই মতৌ উবদা হৈরেম মীয়াম ওকনরে
পামব কৈবল শাবগুম নোংয়াই মাবু কৌয়শিরে
নোংয়াই শিংথোং নিংথৌবা অকি অথং লৈতবা
হৈরেম মীয়াম ক্লেংলগা য়াবা মপাউ মেল্লকই
হৈরেম থুনজান লমদমদা য়াইবী থরায় মাঙথিবা
শাবি নোংয়াই চাথাগী রাইরা মংশর্ক তানবা
নোংয়াই শিংথোং মিংথৌবা হুরেল লানবু হৌবলি
শা-মানমবা রাঙবয়া লান-মাননবা লৈরবা
থুংস্থ তাবু চায়নসি লাইবক চাংবু য়েংনসি
থোয়মা ইমাগ লৈকরোই য়ামকৈম ইনম মুককয়োই
নোংয়াই মপাউ তাবদা থুমন লানহৌ উবদা
হৈরেম থুনজান মীয়মিলো চেঙ্গে শমজি থাইহুনা
শায়া মায়োক য়াঙমথা ওমব বনা উরগা
নোংয়াই লীন্দা থৌবমা মরাদ মুংথা চঙলগা
অনা লাইপোং কারবা হৈরেম কাংবীসু থৌবগী
শায়েং পলিবু পায়রগা ওমাং তাননা চিংথোবলে
কালো য়েংবু লাংবীনা নোংয়াই মাবু থাজবা
শা।।

ঈহিং নাহিং তৈরবা হুকচাং চাম্বা চংখ্রিদৈ
ৱাংলেন মতম অহাংবা খুমন কনা উত্রিদৈ
থংলেন কায়না মৈচাকনা থম্মোয় ৱায়না চাক্লবী
মোমন্থ লাইবক চাউরবী লৈমা নামুল খাম্বীদো
য়াইবী থরায় থারগে পায়না হুংদা খনজুনা
হুরা হিকনা কপতুনা তিমেন তাবু পায়রগা
থবাক ঈরম ফাংতুনা ঈমু ফিরাক থায়জারে
নোংয়াই মানা হল্লকপা মতৈমা নাক য়োবদা
ঈডাং লক্লা ওল্লিবী নামুল খাম্বী উবদা
য়েকনা খুনা কননা য়াইবী থরায় লৌবনা
পায়না হুংদা চিংননা মায়কৈ লৈনা য়েংলাক্লে
লৈমা নামুল খাম্বীনা মনাও চিংনা য়েংলগা
শানৌ লৈরাং অতোম্বা য়েকনা কনা লানক্লো
শাবি মংশুক তাননবা শরি পন্দোল লোমখিবা
শরি পম্বেং লোমজুনা ইদোম য়াইবী থাবনি
শাবি হৈনা তুংইনগে উনবি পুকনিং লেপখিবা
মোমন্থ নীংবা থুংজরে শানৌ পায়মা চিংনন্থ
পলেম শকপী মতৈমা হুংশি মপাউ তানদা
লৈমা মাবু কোল্লপা নোংয়াই হিকনা কপলক্লে
মোমন্থ য়াইবী মডাদো চেক্লা চাদি ওনজুনা
কোরৌ নোংমদোন থক্লা চেক্লা শাখপু তমথক্লে
পায়মা লিংজেল থারবী শরি ৱাশক চেংলবী
লৈমা নামুল খাম্বীবু শোমনৈ মীপুম খুদিংনা
কেথেল তাকা অকুমদা লম্বী বাম্বী তাইনখি ।

## অহুমশুবা মতাং

# থাজবা

নোংয়াই খুমন লৈবাক্তা অৱা তুরৈ চন্নকপা
অনং ইরৈ লাংলকপা অৱাং অপা লৈরকপা
লোইদাম থাশিং য়ানলক্লে চহী নুমজা ওল্লক্লে
চুয়েল লানবাউ কনবনা ব্রইরা শায়াম ডাওবনা
অকল অথৌ ফমনাইবা খোডমী লানমী মখোদো
ওরা চাকডল চারগা চুয়েল লানবু ডাকনরে
য়াওরো শাথোং থিংবদা অহীং মীশেল খাডনরে
ইডা কুমবু কুমথাইদা ইতেল নোংলেন নোংথাইদা
লাইজ ঈনৌ ফংদরে কুমবু কাংলে কুমজাদো
নোইনি থালৈ লবুক্তা মানবি যথাবোং লাক্লুনা
লাঙ্গোন য়োংলম ফাংত্রে য়োংলৈ নোংথাং কুপতরে
পাংত্রা লৌহোন হুনদরে লেমলৈ ডায়াম ফাদরে
ইডা থাগী থামৈদা ইতেল থাগী থাজিনদা
অয়ুক গুংথিল নাইদনা মুপা মুপী থাক্তনা
লবুক থুংনা লৌলিংবা উবা ফংদে লবুক্তা
পান্দোং কবী পাম্বীনা লেং লেং চংপা ফৌননা
মালং চৈথেং ফংবদা থাঙ্গোল শাউম লাংবদা
বায়—বায় লাউনা নোমবস্ত লৈতে লবুক অমত্তা

লৈক্রক চৎলে লবুক্তা লাইজ ঈশিং ফংদরে।
কুমগী নোংলেন লাকপদা লৌরি চোম্না চেন্থবা
লৌরক লেমলৈ ঙায়ামনা ঈচেল তমনা কাজবা
ত'ইজেপ ন্দুরং মেনতুনা লুকোক থননা ঙাচংবা
লেমলৈ ঙায়াম ফাদরে লৌমী শিনমী বানরে
অরাৎ অপা লৈতবা খুমন লৈবাক ওইরম্বা
শেৎনা চরৈ ফিথুংদা তন্না চাকস্থ পুকথনদা
হন্নাও কূম্মে লেপনরে শুকম নোমফম খণ্ডদরে
অন্না অনা নৈখুনা লৈবাক শিনবা থুংখরে
লৈত লায়রা বারীনা লম্বী বারী ওইনরে
কল্লক মীহৌ কনবনা য়েক্লা নশীং য়ামলক্রে
অন্না মৈচাক থাণ্ডবদা লৈত লায়র নংবদা
মালং নুংশিং মাঙ্,ওইনা শুনায় লাকং য়ানবগুম
নোংয়াই খুমন লৈবাকসে বাবা পন্দোল লোমখরে
নিংথৌ তুম্বা য়াদরে চাবা থকপা চণ্ডদরে
বাথল লংজিন পুনখরে ঈপাক' তাউবা কংগুমলে।
খুমন কংলা তোংয়াইদা অঙম অথৌ পুম্বগা
চিকনা বাদি তাননরে তারেং তন্না থননরে
লৌশিং চাউবা ফমনাইবা বাথল লংজিন ফংদরে
নোংয়াই খুমন নিংথৌগী অন্না শক্লোন উবদা
মপু মাগী অচানবা নিংথৌ ঙমবা অঙমবা
পায়মা লৌশিং চাউবা নোংয়াই খুনাইদা তশৈবা

শনা মাঙদা থোরক্লে খুংফাং চাংজৌ লোননরে
চরৈ ফিবুম তাবগুম খুয়া থাদা খুক্রনৈজে
"অদোম নোংয়াই ইনিংথৌ অয়োন অরান ভাকপিস্থ
মপু পায়মা উলগোইন্নুং খাখল লংজিন পুনর্বিত্ত
নোংয়াই খুমন লৈবাক্কী বাবা থিবিক কোকনবা
মপু য়াথং ফংদবা লৈবাক বাদি ওইবনা
খুয়া থাদা কাংথোকপা ইতিক ইপা ওইদারে"
মুকয় লৈতোল কোনজুনা মপু কাদা হৃৎপা
মনাই য়ারা তাবদা নিংথৌ পায়না ওকচাননৈ
মনাই চিংনা হেংলগা য়ারা মপাউ হংলকই
নোংয়াই খুনাইদা চৈশেব পায়মা লৌশিং চাউদা
পায়মা স্নুংগী য়ারাহু চিংনা পরৈ লৈংনা
লৈবাক মাঙদা কাংথোক্রা অড়ম অংথৌ থননসি।
মপু য়াথং ফংবদা নোংয়াই মপাউ মললকই
শলাই তরেং মন্নুংদা খুংকল পাঙ্গল পাল্লিবা
শামা পাঙ্গল থোনানা চীংবু তমবু লোইচনবা
কেগে মোইরাং নিংথৌগা পাথৌ মরূপ শাননবা
লোইবী চীংশী হাওয়ামা চহী লোইপোৎ কাম্বিবা
হুয়েল লানথু লানগুম্বা য়াওরৌ শায়াম শাফাবা
মচিল মমাও থিবিক্লা য়েংথাং ওইথাং শুইরিবা
তাকল অথৌ ফমনাইবা খোঙমী লানমী বাংতবা
পোইরৈ মৈতৈ মৈদিংগু লোইনাই থবান থাবদা

'থক্কা য়েংকাপ লোন্দবী 'থাদা মনাও ফোইদবী
লাংবন চেংগুম পান্দোংগুম নিংভাল মদোম ভোমশাংবী
শককা চুগা চাননবী শঙং শাদা রাংতবী
শিংভল লৈগুম শকহেনবী তাউজিং হৈগুম মীংথিবী
নমোম লাংলেন ইবেম্মা খুমন চনু শাফবী
চামা চামা খুজিংগুই অঙং অউন ভমহনা।
হৈরাং লুথোং পুতনা শিংভল লৈপোল শেমহনা
থরাই থক্কা লৈগাপপা লৈরোং লাইদা কংপগুম
পোইরৈ নৈতৈ নিংথৌদা নমোম লাংলেন থাজসি
পোইরৈ নৈতৈ লৈবাক্কা নোংয়াই খুমন লৈবাক্কা
লৈবাক অনি নিংথৌনা মরুপ ভাইশেল ওইরবা
য়েকনা চিংখং লৈররোই হুয়েল লামবাউ ভাররোই
কেগে মোইরাং নিংথৌনা হৈরেম খুনজান লৈবাকনা
ভম্মোই হুয়েন লান্দাবা লৈবাক মরা তপকনি
অরাং অপা লৈতনা লুংভাই মরাং কায়গনি।
মনাই য়াবা তাবদা নিংথৌ পুকনিং হরাওরে
মপু নমদা থোল্লিবা চরৈ নমথাং লোথোক্লে
মনাই শমু নমহুদা নমথাং চরৈ কুপ্পিরে
মনাই চিংনা য়েংলগা য়াবা পাউথুম পীরক্লে
"নোংয়াই লোশিং চাউনও নঙগী য়াবা তাবদা
ঐগী পায়না উপগোইনুং লুংভাই ভমথৈ লৈতরে
হয়েং ইনুং ভানবদা নোংয়াই নঙনা লমজিংওই

শামা পাঙ্গল কন্নবা তমব মুপা তরাগা
হৈরাং লুখোং পুতুনা তাউজিং মশিং বাংতনা
শিঙেল লৈরাং অংহনবা লৈথম শুনা পুরগা
য়েন্দাই চোংলনা লৈহাপনা শিঙেল হৈরাং কংলুচো
পোইরৈ মৈতৈ মৈদিংঙু মপু খুয়া খংতুনা
চায়জ নোনজা বাহৈনা নরাই লুক্না ছঙ্গংলু
চেংঙু মাগী নোংমখোল নিংথৌ মানা য়াবিরক
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা নোংয়াই খুমন লৈবাক্তা
পাথৌ মরুপ শানবা নিংথৌ ঙাই—শেল ঙইনবা
পুকচেল খোয়জেল তিননবা শাবান লানবান পানদিননা
অরাং অপা লৈহনা মুংঙাই মরাং কায়গনি
নংতিক পৌনা নরৌশিং লৈবাক বাবা কোকপগী
নোংয়াই ফমংথোল কাইনগে হাইনা হুননা পানহনগে।
মপু য়াথং তাবদা নোংয়াই পুক্নিং পেনজরে
অঙম অথৌ ফমনাইবা লৈবাক মীয়ম হরাওরে
কোরৌ মৈশা লাংলম্বা বাংবল মৈচাক থাংলম্বা
লৈরাং লৈকা থুইরমবা অহীং লিক্লা ফংবদা
শিঙল লৈনা তেথংনা লৈকা ফননা শাংপগুম
অবা বাখল মুংবংনা ময়েথোং খেগুম লাংলম্বা
খুমন নিংথৌ পুনসিবা অবা শকলোন মাঙথরে
সনা তাংবল থকুদা মকা লামনা ফমজরে
অঙম অথৌ ফম্নাইবা অকন অথৌ পুম্বম্নু

হরাও মুংঙাই য়াকাতম নোক্সা খেনা বাল্লীনৈ।
নোংয়াই খুনাইনা অশেংবা লৌশিং চাউবা মহাক্তি
মপু য়াথং তুংইননা মরান য়াইদা হুনখরে
তুমবা য়াদে অহৌংদো বাখল মঙখু মঙবদা
পোইবৈ মৈতৈ নিংথৌদা বারম খিবিক হুঙ্গংপা
মপু মানা য়াবিরক ঐগী লাইবক কবনি
পামদ মতাং থোক্লুনা ইবা ইপাউ লৌরক্সা
নোংয়াই খুমন লৈবাক্সা করম অমুক হুংকপা
খুনন নিংথৌ মফমদা করি পাউবু হুঙ্গংপা
অসি পুমবা খনবদা বাখল লংজিন পুম্নবোই
তুমগে হোৎনৈ য়াদরে মাঙ্গোল তাম্না থোরক্লে
চৎলি শুমাং মতোন্দা খঙদে বাখল পোলেপকম
ইন্নুং মমৈ বায়রকপা ইনুং তাম্না চঙলক্লে
ফমুং থক্সা হিপতুনা তুম্বা থেমই য়াদরে
অয়ুক থোকপা শজিকনা লোইজিং মরুম পাংলক্লে
কোরৌ থক্সা ভাল্লম্বা থাম্ব কেকু লোৎখরে
হাওবা মুকতু থক্লুনা ইন্নুং কোৱেক য়াকায়রে
খুম্ব লাবা অমোমনা মহুম মুংদা থোংলক্লে
পোম্বী চেক্সা য়াকায়রে কাক্সা লানবাউ চেংলক্লে
ইন্নুং তৈনা ভাল্লক্লে বাবু ডাল্লে উডাল্লে
অয়ুক য়েন্দা অঙনবা কোন্নৌ নঙাল উড্রিনৈ
নোংয়াই খুনাইদা অশেংবা তমব হুপা হরাগা

তরা চাঽয়াম পুন্থনা মৈতৈ নৈবাক পাংলক্লে।
খোঙক-প কমজাউ হুন্দনা চেন্না চেন্না লাকপনা
লাপনা উনা নরুকই মাদুদা নৈবা ভুংঙইনৈ
বারী শাবা শংনাদ মখোয় দ্রা মখোইদো
য়োগে ভানবা খোঙচৎনি অম্না পোখা লৈনদে
চৎনা চৎনা য়োরক্লে উনা উনা লৈহোরে
খুমন মলম ভামথক্লে মৈতৈ লৈবাক নরক্লে
মৈতৈ কংলা শঙমাঙদা মখোয় ময়াম থুংলরে
চরৈ নমথাং শেলঙ্গি উফুল রাইফুল কাঙ্খাকই
কংলা খোঙজাউ ভক্লিবা মৈতৈ খোংমী লানমীদা
নোংয়াই থুনাইদা অশেবা পায়না লৌশিং চাউবনা
কৈথা নোনবা ভাউবগুম য়াবা মপাউ মেল্লকই
"পাখো কৌসি কৌঙনদে ইনাও হায়াস হায়ঙমদে
কংলা শঙলেন ভাক্লিবা পোইরৈ মৈতৈ অখোবা
খুমন চাজি ঐখোয়বু মক্লপ চাগুম চানবিয়ু
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল মপু খুয়া খাতুদা
হৈরাং লুখোং পুরকপা ভাউজিং হৈরাং কৎচগে
খুমন নিংথৌ ময়াথং মপু কাদা হল্লংকে"।
নোংয়াই বাঙাং হৈবদী য়ায়া মপাউ ভাবদা
পায়মা পুক্লিং পেল্লবোই য়াবা পাউথুম পীরকই
পাখো নোংয়াই অঙম্বা কংলা উত্রা সন্নাখোঙ
ঙহাক অবা পেথাখো নিংথৌ য়াথং জ্যোরুগে

বারম অসি হায়রূনা কংলা ঙাকপা লানমীদো
নিংথৌ য়াথং লৌনবা সনা নাক্তা চংলক্রে
মপু খুয়া থাহুদা বারম পূন্না হঙ্গংচৈ
নিংথৌ য়াথং কংবগা সনা নাক্তা পুরকলে
লমচং শাজং খঙলবা বাহৈ বাত্তা হৈরবা
নোংয়াই খুনাইদা অশৈবা পায়মা লৌশিং চাউবনা
কোক্কী কোয়েং লৌথোকই চবৈ ঙক্তা য়েংশিল্লি
চরৈ ফিবুম তাবগুম মালেম লৈদা খুরুমলে
খুংফাং চাংজৌ লোয়না মপু কাদা হঙ্গংলি
পোইরৈ কংলৈ নিংথৌরেল মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু
মীগী নিংথৌ অথেইবা লাইগী নিংথৌ অশেংবা
হুয়েল কালমোং ফারিবা চাংবু তমবু ঙাকলিবা
চৌংশাং লাননা খৌশাবা শারম থিংনা শাফবা
শামা পাম্বোম পাঙ্গননা য়েক্তা তিংখং লৈত্তবা
ননাই খুনাইদা অশৈবা পায়মা শিরৈ লোম্বনা
খুৎফাং চাংজৌ চেপতুনা ইয়া নাপি চিকতুনা
মপু খুয়া খাসিদা বারম খিবিক হঙ্গংপা
ইতিক ইপা নংচদে অয়োল অরান ঙাকপিয়ু"।
নোংয়াই মপাউ তাবদা নিংথৌ পুক্রিং পেনবিরে
চানবি হৈবা নিংথৌনা ঙাকপি ঙমবা মপুনা
নোংয়াই খুনাইদা য়েংনা মপু য়াথং পীরকই
"খুমন নোংয়াউ অঙম্বা নিংথৌ মামী অচানবা

পায়না: চুংগী য়াবাদো চিংনা পরৈ লৈতনা
নিংথৌ ঐগী ইফমদা য়াবা ফিগে শেংদোক্লো
ঐনা ভন্না ওইরগা খুমন নতেঙ পাংগেকো"।
মপু য়াথং কংবদা নোংয়াই পুক্লিং থোগৎলি
মথু লৈনা তাদুনা মকোক নোননা খুরুমজে
"মৈতৈ নিংথৌ য়োইমরেল ভমফা মনি য়াইরংবা
মরুপ চানি খন্দুনা নোংয়াই খুমন নিংথৌনা
ইকায় ইকি তুংওইনা হায়জ নোনজ মাঙওইনা
মৈতৈ নিংথৌ নফমদা য়াবা মপাউ নেল্লকই
খুমন নিংথৌ মনোমলোই 'মক্তা পোকপী চরৈম্ন
লাংবন হুইক্রৈ চাগুম নিঙোল মদোম তোমশাৎপী
চেংলৌ শকম্ন শকাংহেনবী শকথিং থোইনা নামিবী
মরা শমদেন ভানুবী কোলোয় মিংলেন শাফবী
হৈরাং লুথোং পুদুনা তাউজিং হৈজিং ফাদুনা
খরাই খক্ত: লৈহাপ্না লৈরোং লাইদা কৎপগুম
চামা চামা খুজিংওই অওং অউন তমদুনা
পোইরৈ কংলৈ লৈকোয়বুং মৈতৈ সনা লৈময়োল
নিংথৌ কোন্দা থাজগে লৈমা কোন্দা শাৎহনগে
লৈমা তালোই অতোপ্পী লিক্লাং লিকথাং ওইবিয়ু
ননাই খুনাইদা ঐনা নিংথৌ মহুৎ শিন্দুনা
খুয়া খাদা হঙ্কৎপা মপু সনা নোংদমবিয়ু"।
খুমন খুপা ভরানা অথেন পোৎয়াম পুরকপা

লৈরাং পোমায় হাংতোক্লে ভাউজিং হৈয়াম পুংথোক্লে
নিংথৌ সনা মাঙম্বদা হৈরাং হৈজিং কংলক্লে
নোংয়াই মপাউ তাবদা অথেন পোংয়াম উৎদা
মপু পায়মা উলগেইন্নুং মুংঙাই ঙমখৈ লৈখিদে
চাঙবম চাদি পুথ্রম্বা অঙোম চাদি শেল্পুংবা
অঙম অথৌ ময়ামগা চিকনা বাবু তাননরে
অফ ফত্তা থননরে লৈবাক মীয়াম য়াননরে
নোংয়াই খুমন লৈবাক্তা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা
লৈবাক অনি মুংশিনা নিংথৌ অনি চাননা
পায়মা পুকনিং জিজিননা চারৌ মৌরৌ পানফিননা
রায়রা শায়াম ফামিননা হুয়েল লানবু তেংবাংনা
অরা অনা কননসি অরাং অপা মেননসি
লম লোননবা লৈবাকনি খুল লোননবা লমদমনি
লৈবাক মরা তপকনি মুংঙাই মরাং কায়গনি
অঙম অথৌ ময়ামগী পায়মা য়াবা তাবদা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল খথোয় পেননা হরাওরে
নোংয়াই মাবু য়েংলগা মপু য়ুথিং পীরবই
নিংথৌ ভাইশেল ওইরসি কোলোয় মিংকৌ হোংলসি
ইঙাই ভাইরংচানি ওইরে শেলোই মখলৌরেম কৌসি।
নিংথৌ ঐগী ইমোমলোই তমকা বাংই বাঙমলোন
অয়ুক শক্তিক ওইরিবী ইন্নুং থাবা শক্তিবী
নোংপোক চীংখৈ হনগুম্বী চীংখৈ থাম্বী ইমোমনি

ছয়েন লাম্বা লানকুবী বাইরা শান্দা শাকুবী
খোংবন চেংগুম পান্দোংগুম য়োইবী তমকা তোমশাংপী
অঙং অউন তমছনা মীনাই মীশল লোয়নবা
নোংয়াই থুমন নিংথৌদা ইরোন লাংলন থাজরে
কোয়েৌ রাংলন তফবা মরান ইরান লুহাংসি"
নিংথৌ য়াথং তাবদা নোংয়াই থুনাইদা অশৈবা
কোয়েৌ থুংনা কংবগুম হরাও ভুমথৈ লৈথিদে
মপু খুয়া খাতুদা নশীং নাইদ' থুক্কমলে
চৈরে 'ফগাউ শাহনা নিংথৌ য়াথং ওকচরে
লৈতৈ কংনাই অতম্বা অকল অথৌ পুন্নমক
মুংডাই চিন্দান য়াকাতম হরাও পুক্রিং ফোংগাকনৈ
নোংয়াই থুনাইদা অশৈবা নিংথৌ য়াথং পুনা
তমন মপা তরাংগা থুমন তানবা হনক্রে
হরাও মুংডাই বারীদা শাংল' লম্বী তেননরে
থুমন নিংথৌ মফমদা মুংডাই পাউব তমনিংবা
চেলনা চেলনা লাকপদা অবা অনা খঙদারে
লেনপা লৈতা খোঙচৎনি থুমন লৈবাক য়ৌরক্রে
পনবা নাইদা চঙশিল্লি থুমন কংলা তমহনা
মপু নাক্তা চঙলগা খুয়া খাদা থুক্কমই
মনাই চিংনা য়েংহনা য়াবা মপাউ হংলকই
নিংথৌ ঐগী অচানবা নোংয়াই লৌশিং চাউবাও
পোইরৈ নৈতৈ নিংথৌরেল মপু সনা ময়াথং

লৈবাক মীয়াম মমাঙদা য়াবা নপাউ পাউদম্মু
মপু য়াথং ফংবদা নোংয়াই খুনাইদা অশৈবা
চরৈ ঙক্লা য়েংহুনা খুকউ লৈদা তাহনা
পোইরৈ মৈতৈ মৈদিংঙু নিংথৌ মাগী মপাউদো
খুমন নিংথৌ মকাদা মথং শিংনা হুঙ্গংলি
মৈতৈ নিংথৌ মপাউখোল তাবদা খুনন নিংথৌ
থম্মোয় পেলনা নুংঙাইরে হরাও মোমোন নোকরে
মপু কাগোক চিনদাইনু পানা চহুম লৌথোক্লে
মখুং মকনা ইনবিরে নোংয়াই মাগী মচিন্দা
থোঁদোক অহু উবদা পেলনৈ মীয়াম পুম্নমু
অঙম অথৌ থিবিক্লা নোংয়াই মাবু থাগংলি
লৌশিং চাউবা নহাক্কী পায়মা থোৌনা নপাল্লাং
নোংয়াই খুমন লৈবাক্কী রাবা খিবিক কোক্লনি
নিংথৌ পুক্লিং লৈতানা রায়েল থৌদা ঙমলনি
য়েক্লা তিংখং লৈতনা লৈবাক মরা তপলনি
অরাং অপা লৈররোই নুংঙাই মরাং কায়রনি
মৈতৈ খুমন অনিদো মরুপ মপাং ওইরনি
মমোম মমোম পীনরে হরাও হরাও লৌনরে
অঙম অথৌ ময়ামদো মমায় মমায় ওনশিননা
হরাও নুংঙাই রারীদা খুমন কংলা নিনথরে
মপু য়াথং তুংইননা ঙননা কংলা থোকুমলে
খুমন নিংথৌ মহাকস্ত সনা শঙ্গায় পাংলক্লে।

নিডোল মোংবা মশাইকোল মপু খোঙকাপ তমলকলে
সুংশি য়াবা খোনকমনা মমোম লাংলেন কৌরক্লে
পম্খৌ মখোল তাবদা মুরা মপাল থোরকলে
মমোম চিংনা য়েংলগা য়াব্রা মপাউ মেল্লকই
'ইমোম লাংলেন ইবেম্মা নাইতোম শাৎপী চরেমু
নোংয়াই খুমন লৈবাকনা বাবা কুমজা য়ামলক্লে
য়েক্লা মশিং য়াম্বনা হুয়েল লানহৌ তোয়বনা
য়াওরৌ শায়াম ভাওবনা লৈবাক মরা চেৎতরে
অবা অনা নংবনা লৈবাক মীয়াম বানরে
নিংথৌ পাঙ্গল থোননা বাবা কোকপা ঙমদরে
ইমোম লাংলেন নহাক্লা মুজা মায়োক য়াহুনা
নোংয়াই খুমন লৈবাক্কী বাবা কোম্গায় কোকহল্লু"।
পম্খৌ য়াবা তাবদা খুমন চনু শাকবী
উনবি পুক্লিং লাংতক্লা মুরা মপাউ হংলকই
পম্খৌ ইপা ইবুঙো নমোম কাদা তাকপিয়ু
অরা কোম্গোয় কোকবা নমোম য়াইবী কৎচগে
মমোম য়াবা তাবদা নিংথৌ পুক্লিং পেনখরে
"ইমোম লাংলেন ইবেম্মা নপাউ তাবা মুংঙাইরে
লাংলেন পুক্লিং খোয়জংনা তারো ইপাগী য়াবাসে
"শলাই তরেৎ মমুংদা খুৎকল পাঙনবা নিংথৌ
শামা পাম্বোম পাঙলনা চীংবু তমবু লোইচনবা
মচিল মনাও খিবিকনা য়েৎথাং ওইথাং ওইরিবা

কেগে মোইরাং নিংথৌগা পাথৌ মরূপ শাননবা
লোইবী চীংগী হাওয়ান্না চহী লোইপোৎ কম্রিদা
পোইরৈ মৈতৈ মৈরিংগুদু লোইনাই থরান থাবগা
নিংথৌ মরূপ শাননবা চাংরৌ মোরৌ পান্দিননা
হুয়েন লানব তেংবাংনা য়াওরৌ শায়াম কাম্নিননা
লৈবাক মরা ভূপকনি পায়মা হুংদা খনহুনা
ইমোম নরা তাদনা লাংলেন নঙবু ইপানা
থরাই থক্তা লৈহাপ্পা লৈরোং লাইদা কৎপগুম
লৈনা কোন্দা শাংনবা নিংথৌ কোন্দা ঙাননবা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌদা ইমোম নঙবু থাজারে
ইমোম পায়মা উনগোইনুং পুরিং অনি লোইদনা
ইপাগী মায় য়েংহুনা লৈবাক য়াবা কোকহললু
'থক্তা নচে শাংতেদো' থাদা ননাও খুইদেদো
অয়ুক থোকপা কোরৌগুম ইনুং লোইদাম থাজগুম
লুনা চাননা থমজবী ইমোম লাংলেন নহাক্নি"।
পাম্বৌ য়াবা ভাবদা হুরা নীংবা কায়রবেই
খুংশি কায়না য়ৈচাক্পা থম্মোয় বায়ুনা চাক্রবোই
মুরা মিৎদু মাপোমদা পিগী ঔথক হৌরক্লে
থম্মোয় তনিক তনিক্লে বাখল লংজিন পুনথরে
মায়কৈ শনাই থঙদরে মক্ক লুকনা খাঙজরে
য়াথং কনবা মপানা লেপপা লৈতা চুকশিনবা
মুরা খাঙবা ভমদরে থম্মোয় পুবা বারক্লে

লংদা থুবা শক্তিগুন পান্থল খেৎনা লৈতরে
মায়থোং লৈদা লুক্নুনা য়াবা পাউখুম পীরকই
"পম্থৌ ইপা ইবুঙো নমোম লাইবক চাউরিবী
নীংবা কোম্পায় তুংগইনা ঙমাম পুংদ খিদন
নোংয়াই খুমন লৈবক্তী থাদা খিদক কোক্না
পাম্থৌ য়াথং ভাকপনা নামোম ঐগী ইথৌনি।"
মরা হিকনা কপথুনা ইমুং তাননা চেনশিনখি।
মমোম মত্তৌ উবদা মপু পায়মা উলগোইহুং
অরা থাম্বী মৈশাংলোং রাখল লংজিন পুনথরে
মনাই মশল কৌরগা চিকনা য়াবা পাউমেননৈ
নিংভোল মোংবা মশাইকোল খুনন কনা চঙকরোই
ইমোম লাংলেন শাকবী থরাই খোঙ্গাল লানফায়রোই
খোযনৌ মত্তা কনাগা চিকনা বারী শাকরোই
অহৌং মুংখিল থাক্তনা ইমোম মাবু ভাকশেলদু
নিংথৌ য়াথং পীরমলে মপু শঙলেন পাংখরে।
নিংথৌ য়াথং কিবনা মনাই মশল পুমনমক
ভরা চাকশিন নাইনা অহৌং মীশেল থাঙহনা
নিংভোল মোংবা মশাইকোল ভাক শেন্দুনা লৈথরে
খোয়নৌ মত্তা চাননবী খিংলে মাগা উনখা
মনাই হুবী ভাক্তগা লোয়নৈ মত্তম পুম্বদা
বারক চেৎপা মপাগী য়াথং কৌরোই ইনবদা
লাইবক চাউবী মুক্তাদো তুমথম চাকম থঙলরে।

নিঙোল পায়মা থুংঙোনবা থুংশি মাগী শকমদো
কাউগে হোৎনৈ কাউঙমদে মাংদা চপ-চপ লেপলরে
হৌথি থোদোক কয়াদো পায়মা থুংদা নীংশিংলে
চিংঙ্ লাইগী লাইমাংদো হুরাও জগোয় শাঙৈদা
থুরা পাখং মায়োক্লা থুংশি মিৎয়েং মিৎচাননা
মিৎনৈ মোমোন ঙাইনোক্লা অপাম থুংশি ফিজিননা
চিংঙ্ লংলা পাদমনা থুংশি রাশক তেমশিংনা
পাখং কোলোয় থুংশিবা লা নৈ রেম্বা অথোবা
পাম্মু মাগী বাখলদা থুংশি খাম্বী মৈবায়রে
চাবা থকপা চঙদরে তুমবা হিপপা নিংদরে।
চৈরাক কনবা নিংথৌগী লোইশঙ ঙাকপা অঙম্বা
অহীং থুংথিল খাক্তনা থুরা মাবু শেননবা
কায়না মৈশা লাংলবী লাইবক চাউবী থুজাদো
পাখং চেংলৌ উদরে থুংশি মপাউ তাদরে
কেয়না চাকপা লাইৈগী খাম্বী মেশা ফংবদা
পাঙ্গল শোনবী শজিনা চেলনা চোংনা খাঙবগুম
হিকনা কপপা নত্তনা লৈতে থুরা পোত্থাকম
পাখং লৈবা মায়কৈদা থুরা চিংনা য়েংলকলে
নিংলু নাপোম অনিদি পিনা পুমচোৎ চোৎলক্লে
থিংবা ঙমদে পিরাংদো ইনুং লাইজ লিক্লাগুম
কাক্লা থুংশিং মালংদা থুরা পাউবু চেন্নকলে
চিন—নাইদবী ইতারোই খোঙ—নাইদবী মালংবা

মৈতৈ লৈশ্না নুংকুবা

পাম্মু মশুং লাংগীনি নুংশি মহাক থকৌনি
মোমন্থু লাইবক চাউবীনা অবা নৈশা লাংলিবা
নুংশি কায়না মৈচাক্না থম্মোয় বায়না চাকলিবা
পম্বৌ য়াথং অকনবা লৈবাক য়াদি তরুমবা
নুজা পাঙ্গল শেংবীনা পুবা ভমাদ্র লুমবনা
খোয়নৌ শকপী মালংবা নুংশি পাউখোম ওইবিয়ু
থংলেন মাগী মকাদা নুজা ইপাউ তম্বিক্ক
নুংশি মৈচাক থাজবদা পম্বৌ য়াথং জাকপদা
খোইহু নুংবী মরক্তা হাবু ওইরে নিঙোলদি
লমজাউ খোলনা চাকলিবা খম্বী মৈরি অবাঙবা
লোইবী নাপোম তুমলগা খাম্বী মৈরি মনেমঠ
নোংমদোল লিক্লা তারগা খাম্বী মৈচাক মুৎলকই
অপাম নুংশি মৈচাক্কি থম্মোয় লকা ওমচাকনৈ
তাইবং ইচিক হুম্রগা হেল্লি মাগী মৈচাক্কি
লাইজ ঈরোং কংলগা মৈচাক কোকপা মঙ্গমদ
ইংনা শাবা মৈচাকস নিঙোল খাঙবা ভমদরে
মিংলু পিরাং খিরেদা নরিং অনি পোমর্গরে
থম্মোয় শোক্ল কপপ্লা ওাঙবা মথোল খোক্তরে
চাদ হিপতা খাঙবমা মশা অনিক অনিরে
মাগী হননা য়েংবদা উদে মনাই নহুনা
হায়কম তৌকম থওদবে মোমন্থু লাইবক চাউবীসো
কোয়নৌ থক্তা ওনহুনা পক্লেম মমা কৌরকলে

মমা কৌনা কপ্পদা মাংলেম নৈনা বাঙ্গিরে
পামেল উত্তুপ ভাবগুম লেঙবা খোংপা ক্লৈতরে
নুংশা থীরে লোয়নবী নোংলেন খোংগুম কপ্পরে
থীকপ মীরাউ ভাবদা লোইশঙ ভাকপা অঙম্বা
ইমুং তননা চত্তলকপা মুরা মতৌ উবদা
লাইজ খিকলেন চাইত্থনা মুরা মাবু লাকনরে
লোইশঙ, মচা অমদি মপু শজায় পাংখরে
মপু থুয়া খাত্থদা বারম খিবিক হুঙ্গংলে
মনাই' রাত্থ ভাবদা নিংথৌ কিংবা চেল্লক্রে
লাইবক চাউবী মুক্তাদা তফিং তফিং হৌদংলে
মুরা খোমলেন মঙলানচান পালেম মমা উরেমবোই
য়ামজেম মৈরা মুংগ্রবী অমং য়াইথোং ফুমগ্রবী
পালেম মমা কৌহনা মুরা হিকনা কপলক্রে
"পালেম ইমা অপোকপী লাইবক চাউবী মমোমনা
অবা থাম্বী মৈশালাং থম্মোয় ঙুংগী মৈচাকসে
কোরৌ নোংমদোল থক্তা লৈচিল পোমাই হাংহনা
পালেম নঙদি উরিবোই মমোম ঐনা থারিবা
খুংলাম তোয়না কৌরক্রে পালেম মমা অপোকপী
খোংজিন নাইত্তে মরুমদা ফুমন নিংথৌ ভাবদা
হকচাং শিননা তুম্মুংলে থম্মোয় তনিক্ক তমিক্লে
অবা আয়থোং লুককনা মমোম মাক্রা চঙলক্রে
"ইমোম লাংলেম কপকন্নু ইশা কৈকয থঙ্গোরে

নোংয়াই খুমন লৈবাকী অবা অনা ফোকনবা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌদা ইমোম নঙবু থাজবা
লৈবাক বানি থনজমা লাংলেন নীংবা তুংঙইনা
ঈপাগী মায় য়েংহনা পাম্বৌ য়াথং ভাকউনে"
থুংশি য়াবা মপাঙনা মমোম থেম্বা হৌরক্লে।
পাম্বৌ মপাউ তাবদা খুমন চঙ শাফবী
নুরা মায়থোং লুক্কনৈ য়াবা পাউখুম পীখিদে
পায়মা লিংজেন থারবী মমোম লাংলেন মফমদা
অকন আরং শিংবনা থেম্বা য়ারোই থঙলবোই
বাদি মথা তাদনা মপু শঙলেন পাংথরে।
খোয়নৌ মতা চানবী পলেম শকপী লোয়নবী
মতাময়াম মফমদা চিকনা য়াবা পাউমৈননা
মমোম পুক্লিং ক্লানবা নিংথৌ য়াথং পীরক্লে।
মপু য়াথং কংবদা বাঙাং হৈবী লোয়নবী
নুরা পুকচেল থঙলবী খোয়নৌ মতা ময়ামনা
হয়াও নুংঙাই বারীশা নুরা পুক্লিং ফারকলে
মনা থোককে মনীংতম নুপা থোককে মথাতম
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকী অথোই নুপা লৈতবা
নুংঙাই য়াইফ বারীদো নিঙোল কাবা লীরক্লে
অপাম নুংশি হাথলদি লোকচুং লাইজ ঈচেলগুম
তুথুল মাইদ চৈনথনি মতম থোঙৈ তুংইনবা
অপাম পামদ থমজনা তুংগী য়েংদ য়াবরা

অপাম হুংশি মঙশিং কংলেম তাউজিং রানবকী
হুংশি মাবু কংলগা পুক্নিং পেনকম খোকপনা
লৈবাক মনা তশনবা তাকলি শেত্রি নিংথৌমা
মমা মপা ওইবনা হোৎনৈ মচা কিমবা
মচা ওইবা ঐখোয়না তাকনৈ পঙ্গৌ মরাংবং।
পঙনা পানবা তাইবংদা পুন্সি চেংজেল লৈরিক্তে
মিংচং উরোং খিনবনা তাইবং মীশি মখোনি।
বাঙাং বাতা হৈন্নবী পালেম শকপী লোয়নবী
পুকচেল থঙবী মতানা হুন্না পুক্নিং কারক্লে
খুমন চন্নু শাকবী নিংভোল পুক্নিং ওল্লক্লে।
নোংয়াই খুমন লৈবাকী অবা অনা কোকনবা
মমোম পুক্নিং লেপলকপা মবা মপাগী তাবদা
খুমন নিংথৌ পুনশিবা হুংডাই ওমখৈ লৈথিলে
অউন পোৎয়াম থননরে বাৎপা য়াদে হায়নরে"
অরু অহেন বাৎতনা অউন পোৎয়াম লাংলক্লে।

## মরিগুবা মত্যাং
## লুহোংবা

অবা হুংঙাই থনিদে লোয়নৈ মচিন মনাওসন
কাউনৈ লৈতল্লাঙনা হুংঙাই মিকুপ লাকপা
লেপথি অবা খীকপথেন নোকই পুক্নিং পোয়দনা
বানি থঙনা হুংডাইবা নমু তাইবং পুম্নিনি

শিনি খঙনা পাল্লিবা তাইবং মীগী মপোক্কনি
পোইৰৈ মৈতৈ নিংথৌগী মমোম লাংলেন ইবেন্মা
মৈতৈ চনু শকহেনবা তমফা চৌংথে থাম্বীচু
মনাই মশঙ্গ লোয়নবা খোয়নৌ মতা চাননবা
অঙম অথৌ ময়ামগা খুনন ভাননা থিল্লক্লে
দোলাই লেংজাউ মাংদথা শগোল শামু তুংদথং
খুংলায় পায়বা লানমীনা কোয়না ভাকনা শেন্দুনা
অঙম অথৌ খিবিক্লা মনাই মশল লোয়ননা
চানা চাবা খুজিংএই অঙং অউম পোৎয়ামনি ।
মৈতৈ চৈৰ নমথাংফি লোইনী হাওগী হাওফিবু
‘ফগে ‘ফৰ’’ থাক্লনা নৰিক নকোল বাৎতনা
মনা হাঙ্গা পীৰক্লে লুপা ভাঙ্গা হাপলক্লে
পোইৰৈ মৈতৈ নিংথৌগী অউম পোৎয়াম উবদা
খুনন পুনবা ভকনৰে মীয়াম থোকনা য়েংনৰে
লৈমা চৌংথে থাম্বীবু ওক্লে হৰও তৰামনা
নোংয়াই খুমন নিংথৌদা মৈতৈ চনু য়াঙ্গোইৰে
খুমন মীয়াম হৈৰাওৰে নিংথৌ পুক্লিং খোয়দৰে।
লোশিং চাউবী ইবেন্মা মপু পাইমা পুকতিননা
নোংয়াই খুমন লৈবাক্তী লৈমা কম্বাল লাংথৰে
মৈতৈ তমফা বাঙমলোম লৈমা চৌংথে থাম্বীনি
কোৰৌ শক্লিক থবাগুৰ নিভোল মদোম তোমশাংপী
পোইৰৈ মৈতৈ লৈবাক্তা চাংথে মাগুন ভাল্লিবী
মুন্না কুচু লময়ৌবী শম্নি মৈভাল চাককুম্বী

শওং শাদা কজবী মায়থেং থাগুম লমঙানবী
তুংয়ান তাবু য়েংবদা শাদ্রেল নোংশা: শাবান্দনি
শমৈ শমকোক মান্নবী নীংথু নীংপাক য়ৌরিবী
লোইবী চীংশাং নপোমগুম চাংনা লেমনা কজবী
মেরা থাগী থাজগুম মঙাল মপুং ফারিবী
চীংলাই—বককী উথম্বাল লৈরাং মাগুম নীংথিবী
লৈরাং লৈশক বাংতবী শিঙেল লৈচু তাদবী
বাঙাং বাতা হাদবী ফাগী কাসু খমথেংবী
চাউথোক লেমথোক হৈতবী পায়মা পুকচেল তিংজবী
মনাই মশল কাদম্ব মীয়াম খোনবী সুজানি
মীগী বাবা য়েংডমদ সুংশি চাউবী মহাকনি
বাখল লৌশিং চাউরবী মীতেক মীয়ৌ খঙবীনি
লোয়নৈ অহল ওইবীসু পালেম মমা মতৌগুন
তিননৈ চহী মান্নবী খোয়নৌ মতা চাননগুম
মশক উরে বাংতবী থৌনা য়েংলে নোপতবী
থবক থৌরম হৈশিংবী হৌন লোনচং খঙহৈবী
সুরা মতৌ উবদা লমচৎ শাজং খঙবদা
খুমন মীয়াম ঙক্লরে নিংথৌ পুক্লিং শুমহৎলে
থবক শিঙ্খা খুদিংদা লৈমা মপাউ লৌনরে
শাথোং লাম্থোং অরুবা চিকনা বাবু তাননরে
লৈবাক বায়েল থৌদাদা লৈমা য়াকা য়েংনরে
অরু অহেন খিবিক্লো মাসী শরুক ওইনরে

চায়নিং ব্বাদি মনীংতম তৌনিং থবক মথাতম
নোংয়াই খুমন লৈবাক্তা ছাইনা হুমনা পাল্লে
য়েকনা শাবাউ লানবাউদা অহৌং মীশেল খাংলম্বা
চয়েল লানবাউ তাদরে য়াইরা শান্তু উাওদরে
অরা মমি শামলক্লে মুংডাই মঙাল ফাওরক্লে
চহী কুমজা খুদিংগী কুমম্ব কাংবা তোকখরে
কুমগী নোংলেম ফংখদা লৈপাক লৈহাও চেল্লে
ঊনং বামং শোংলক্লে নৌনা য়েলনিং হুরক্লে
উপাল বাপাল অয়াম্বা উনা বানা শংলক্লে
উশা লোংবী হৈপালদা তাউজিং উহৈ য়াল্লে
মউ ফবী লৈপালদু শিঙেল লৈশাং তমলক্লে
লৈহী পাম্বা খোইমুনে হৈমুল পাম্বা খোইয়ামনে
হরাও মথোই কাহুনা ওংনা ওম্না পাইরক্লে
নোইনি থালৈ লধুক্তা পাম্বী পাশোং ফারক্লে
ফৌনা নাহৌ তমহুনা চরোং চহুক শারক্লে
উরিৎ শেম্রাং চেক্লানা লধুক থুংনা চাক্তারে
পুত্রি খোংবান পুম্বম্ লাইজ ঈমায় চোল্লক্লে
লাইজ ঈয়াই ঈপাক্তা লেমলৈ ভারাম ঈরোইরে
পামেল কৈরা থকুদা উচেক থায়া য়াতারে
চীংগী খুম্ব খোংজোম্বী তমগী খুনু মৈপুংবী
চেক্লা চাদি তুনাবী চীংলুং মাক্লং নিল্লক্লে
শৈরোই হৈবী তমনামু কুংশি শৈশক তমলক্লে

নারক মোংশোং য়াত্তাবা য়ারৌ শায়াম খিবিকস্ত
মনীং তন্না পোখরে মবুক থননা চাজরে
মখোও য়াওবা মঙলংবা লিপ্রি খোংদোই হুমলক্লে
হৈনম লৈনম পুরগা মাবৈ থুনা য়েংলক্লে
তরা অনা মীকপখোল হৈরক খুদক নিনদরে
লৈত লায়র মারীমু উবা তাবা ফংদরে
হৃরাও নুংঙাই মীনোক্লা মুমখোং খুদং নিনখরে
লৈবাক মরা তপপনা খুমন চাহোং ঙাহাংলে ।
খুমন নিংথৌ পুনশিবা তালোয় মাগী নুংশিবী
ইরেবা চত্থু লাংশ্রা ওকয়াম ফাবাগী মনোম
'থক্তা য়েংকাপ লেন্দবী 'খদা মনাও ফুইদবী
লাবন চেংগুম শান্দোংগুম নিংতোল মদোম তোমশাংপী
অতাং নাউরা ওইরিবৈ তাইবং মীরোল খণ্ডিবৈ
য়ামজেম লাইবক থীবনা নোনা পলেম শেংনবী
খুমন নিংথৌ মমোমলোই মুরা কোলোয় শাফবী
মায়থোং থম্বাল লৈগুম্বী শংং শাদা লমঙানবী
লৈহাও লৈরেন কুচুদা থাউদল মানবী তপোৎপী
নীংথু নীংপাক য়ৈরিবী মুনা শাংবা শমলাংনি
লুমাং তাবা শমলাংনা অউপ লাংগী মওংনি
মুরা শাইনোল অনিনা নোইথেম চেকবী নারৈনি
থবাক ঙানফন তাবনা সনা চীংগুম ঙাল্লিবী
তাউজিং কংকোই মরুগুম য়াতোন লংনা নীংথিবী

পাংস্বাম তাবু য়েংলগা থংৌ হেরা ঙমজবী
তথর্ক শিঙ্কয়েং শক্তিপুম মুরা মিংত্তা লুংশিবী
মিংচি কারন শাংজনবী মিংচৈ মোংমাম হাইনোবপী
নাতোন তাবু য়েংলগা খোইদিং মপাল ঙমজবী
ঙাংতক তোনা চিনবাননি খোই-খোই তাবা পিগুমনি
লৈমলৈ ঙাংচন খুনিংনি শামু নাতোন খুবোমনি
মুরা লেংজুন তাবনা শরেল নোংশা শাহৌনি
তাউজিং হৈনৌ অমুনবা পুমবুম তাবা হজাইনি
মুরা খৌরি ভবনা তেনবা মচক তোংদমনি
লফু লেমব্রা মউনা মুরা কৈবাক তমজবী
মরেপ মঙান য়েংবদা আথাই অহুন নাইদবী
ঙাওখাক লাইহ বাচানা-তমনা নারৈ খোনফমনি
ইচিক হুনবী হুরঙুন ইংবী য়াবা মপাউনি
মিংফম হোংবা য়াদবী য়েংব পেনবা নাইদবী
অচল মীয়াই চনবনা মচা মমৌ ওইনিংবী
অঙাং নহা ওইবনা মচে মমা হায়ল্লিংবী
পাখং ওইবা মথেনা তালোয় শীংদা চলনিংবী
হায়বা থাব মবাংলি মুরা শকনা মহেলদি
খেংলে চারে মপকই মোকলে য়েংঙে মচুংশি
লোইবী চৌংগী চৌংলাইবক শাংপী শিঙেল উখ্বাল
মুংগাহি থকুা ওংজবী শিঙেল লাশিং চৈঙুবী
ইঙা ফুমথি কুমদমচৈল ইঙেল ফুমথ কুমথাইলৈ

ঈরোল মুংদা পোমলগা ঈপাক লাংনা শাংপলৈ
মনা চমলো লাওইবী মপাল শিংঙেল লৈওইবী
মহুয় তাউজিং হৈজানা মকি লংডুম মাংলিবী
শিংঙেল থম্মাল লৈরাংগুম ংলম চেননা ফজবী
রারক্কা শাংপী কুনদো লৈকং লৈরাং লৈপাকলৈ
নারক ওংবী কেতুকী পাংতো শাংপী থারিকথা
উকাদা শাংপী কাকলে উদা তাংবী উম্লিলৈ
মরিংগী থেম্বুং থক্কা ওংবী লৈরাং পেক্রকলৈ
নোংয়াই খুমন লৈবাক্তা তোমথিন শাংপী লৈরাংনি
খুমন চমু শকহেনবী দোলায় থক্কা তোংখংলে
নোংয়াই খুমন লৈবাক্কী অকল অথৌ কমনাইবা
লাঙোই থক্কা তোংলগা মাঙ্জিন থানা থোরক্লে
থাঙলেন খুত্তা পায়রিবা খোংমী লানমী পুম্বনা
ইচল ঙাঙুম কোয়শিননা খুমন চমু ঙাকখরে
চামা চামা খুজিংওই অঙং অউন তমলকপা
অউন পোৎয়াম লোয়ননা খোয়নৌ মতা চাম্লবী
পলেম শকপী মুজাশিং পোইরৈ তাননা থিল্লক্লে
মৈতৈ সোরোক য়াংবিথক মীনা ফিঙৌ ফৌথরে
চেংলৌ হেনবী শাফবী মুরা শকতম উবদা
মিৎকম হোংবা য়ানদে কজে শোলনৈ হরাওনৈ
সনা শঙাই য়ৌবদা কুমথৈ দোলাই থক্কী
অঙোম চমু মচেমহল লৈমা তোগাই ঙম্বীগী

লৈমা নাক্তা চঙজুনা খুম্বা খাদা থুক্কমক্তৈ
অঙোম চমু ইরেন্মা পায়মা মরৌ চাউবীনা
অশাউ মৈচাক খুংলায়ুম খুংঙাই চিনবান লংশিননা
একচে হয়াও তরামনা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা
পলেম শকনা কোনবিরে শঙ্কাই খুংদা পুশিলনে
লৈমা শঙ্গাই খুংজুদা মনাই মশল কোয়নবী
লোইশঙ ঙাকপা মনাইনা লৈমা থোগল তৌথরে।
নোংয়াই খুমন লৈবাক্তী অকঙ্গ অথৌ ফমনাইবা
একই হয়াও তরামনা নৈতৈ অকঙ্গ অথৌনা
খুপী খুপা পুমনমক মবুক পেননা পীজরে
অহীং অহু লেপ্লপা অয়ুক য়েন্দা অঙনবা
খুমন চঙ্গ শাকবী লৈমা নাক্তা চঙজুনা
থোয়নৌ মতা ময়ামদো হুয়া ছিকনা কপমিম্বা
খুংশি য়াবা পাউমেননৈ পুক্লিং য়াদি ফোংদোকনৈ
অহল ওইবী মথৈনা কপপা কম্ভে থেমজিল্লি
কপপি মচি অমদা মোকই মফম অমদা
লেপপা লৈতে মতমদি কোয়ৌ বাতোন বায়রকলে
নিংথৌ মনাই অঙম্বা অকঙ্গ অথৌ ময়ামনা
খুমন মীয়াম পুরগা হনথি নোংয়াই মলমদা
থোংকাপ কমজাউ ছনবনা নোংয়াই খুমন য়ৌথরে।
খুংঙাই য়াইক লৈকোয়বুং পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা
পলেম পঙ্খৌ কায়নবা অপাম খুংশি শেংনবা

খুমন চন্থ শাফবী লাইবক চাউবী ইবেম্মা
কাউবা য়াদে থম্মোয়দা অন্না থাম্বী ওমচাকনৈ
মিৎলু নাপোম অনিদা পিগী ঈচেল থিংগুমদে
চ'বা থকপা চঙদরে তুমবা হিপপা নিংদরে
বাংলেন মিতুপ অমত্তা হন্নাও য়াকা তমদনা
কোরৌ শিংবুম মঙানি মতম লেললে কপতুনা।
লৈমা তালোয় অরাম্বী মুরা মতৌ উবদা
পোইথৈ মৈতৈ নিংথৌরেল মপু পায়মা মুংগয়ে
মুরা নাক্তা চঙহনা য়ান্না মপাউ মেল্লকই
''খুমন চন্থ ইবেম্মা লৈমা তালোয় মুংশিবী
পালেম পম্মৌ কায়নবা নপাম লমদম থাদোকপ
খোয়নৌ নত্তা চাননবী কায়না মৈশা লাংবমা
কোরৌ শিংবুম মঙানি চাবা থকপা চঙদনা
মুরা মঙনা কপপসে তাবা য়েংবা ঙমদরে
খোয়ুম মাগী নোংদমনা নঙগী ঐগী লাইবক্তা
চিঙ্ মান্না তমদুনা লৈপুল খয়োম শেমথিবা
চহী লেংগা চাদবী ইমোম শকপী নহাকপু
লৈমা শাংদা চন্নরে লুমলেন তালোয় ওইররে
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকসে মুরা নঙগী পোকক্কম
নপাম লমনি থনত্তুনা শেৎপা চাবা ননীংতন্ন
মুংশি পায়মা পুকমিন্না হন্নাও শুংঙাই য়াকাতম
পোইরৈ সনা কইলপুং ননীং নথা তমজরো''।

নিংথৌ মপাউ ভাবদ খুমন চন্দ্র ইবেম্মা
কপপা মথৈ কপলুবা রাবা য়াবা রাকুবা
উনবী পুক্কি নৌজবী মুরা পায়না মুংওললে
মপু খুয়া খাতুদা মুরা মপাউ মেন্নকই
"শাবি খরায় ইমি'রল থংলেন নিংথৌ লোয়ুম্বা
পুকচেল থেনবী ননাওনা মুপী রাখল ওইবনা
খুয়া খাদা লংজবা অয়োন অৱান ভাকপিম্নু
লৈরাং মানা শাৎচবা খোইমু মাপী দমকান
খোইমু মানা ভংবম্ন শিন্ডেল মমুং লাংগীনি
মুপী ওইবী ঐখোয়গী লেমনকমনি মুপানা
মুপা ওইবা শিংগীম্ন লৈজেং ওইরি মুপীনা
লেমলৈ ভাগী থরায়ম্ন লাইজ মানা ওইদিরি
চেক্র মাগী পাঙ্গলম্ন মালং মানা তেংবাংলি
ননাও লাইবক চাউবীগী য়াইবী থরায় মভাসে
লৈরোং লাইদা কৎপগুম খুয়া খাদা কৎচরে"
লৈমা ভালোয় অভোম্বী খুমন চন্দ্র মহাককী
মুংশি য়াবা মপাউখোল মপু পুক্লিং পেন্নবিরে
হয়াও মায়খোং মকালাম মুংশি চিনবান য়াকাভম
লৌশিং চাউবা নিংথৌনা মুরা পুক্লিং ফারবোই
অৱা শকলোন মাঙখরে মুংভাই ঈপাক ঈরোইম্মা
লৈমা নিংথৌ অনিদো পানা খুদপ চামিমনা
হয়াও মুংভাই বায়ৌদা ইথং ফয়া লোয়্কলে।

অবা লৈচিল নোংকাইনা মুরা মায়থোং কুপকম্বা
মুংঙাই মঙাল লাকপদা খাংডু থকতা মাঙখরে
ফুগায়না শাংলী লৈরাং লৈহৌ চেনবী থম্বালগুম
মুরা মায়থোং থম্বালদো মোমোন মকা তমশক্রে
নুংশি মিংয়েং নায়েংনা পুক্কিং হুবা মীখোকনা
লৈহৌ পাম্বা খোইগুম্বা নিংথৌ পুক্কিং শুমহৎলে
মপু সনা খুদোপ্পতা মুরা খুৎতা শিবিরে
ইকায় খীবী ওইবনা ঙমদে মিংপু চাননবা
লোননা হুনা য়েংলগা ইকায় মায়থোং লুককনৈ।
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল লোইনাই থবান থাবদা
চকপ্রম চন্দ্র ইবেম্মা খুমন চন্দ্র শাকবী
লৈমা তাক্লোয় অনিবু দুমলেন খবাং লোম্বনা
পোইরৈ মৈতৈ লৈকোয়বুং ঙাক শেন্দনা লৈরকপা
থাবুম কয়া হৌথরে লাংবৈ কুমবু ওক্কলে।
চকপ্রম চন্দ্র ইবেম্মা লৈমা তোগাই ঙম্বীদি
লৈমা তাক্লোয় অতোম্বী খুমন চন্দ্র মহাক্কা
নিংথৌ পুক্কিং লিছিম্মা মুংঙাই পাঙবু তারদা
তাক্লোয় অনি তু-লোনবা দুমলেন খম্বল বাঙ্গইনা
অম্মবনা খাক্লোই চন্দ্র অশাউ মৈনা মুংদ্মচাক
কয়ক মৈশা লাংবনা তুমবা চাবা চঙদম্ম
কত্ত বাখল লমজিংওই অরেং হরা থরকলে
বাখল পোংলুম পুবনা লৈমা মগাল খোকলে।

মীশক খঙনা লোয়নবী খুমন চন্দ্র শাকাবী
য়াব্রা মপাউ কুংশিবী মীয়াম খোনবী লৈমনি
অঙম ভাখৌ কমনাইবা মনাই মশন পূম্নমক
৺ককী য়েংনা লোয়মরি খাগী য়েংনা তিননরি
অচান মীরাই নাইদনা য়েংঙি নিংথৌ য়েং অমত্তা
তিলনৈ মবুং মৌপুংগুম লোয়নৈ মপা মতোলগুম
চানবী হৈবা মহাকনি লৈত লায়র খঙবীনি
শকত্তা হেনবা নাঙ্ঙদো লমচৎ শাজৎ ফজেদো
লৈমা মাবু থাগৎনৈ পোইরৈ মৈতৈ পুংনা
রায়েল থোদা হৈবদা মন্তে মাগী মরৌশিং
শাদা লান্দা থোরবা লৈরি মাগী মথৌনা
বাইরা শাদা শাকাবী হুয়েল চান্দা লানকুবী
খাঙলেন খুন্তা পায়রগা খাঙহাই নোংখাং কুপলিবী
য়েকনা মায়োক য়াবদা পাঙ্গল খৌনা নোপতবী
মরীল ফবী শাকবী লাঙ্গোই শগোল তোংখরে
তেলদোং নমদা পোয়রগা লিরুং খুংতা পায়হুনা
মপু হৈনা ভুংইননা য়াওরে য়াওরো শাদানবা
লৈমা নিংথৌ অনিগী মওং মতৌ উবদা
শোজনৈ লৈবাক মীয়ামনা পেননৈ মতিক মথৌনা
হুয়েল লান্দা লানথোবা বাইরা শান্দা শাথোবা
পোইরৈ মৈতৈ মিংথৌরেল লোইনাই থৌদাম থাবনি
নিংথৌ থোয়াং মথৌমল লোইবী চীংশাং লোইচনবা

লানঙম ফিরান থেৎতুনা চহী লোইপোৎ কাহনবা
কেগে মোইরাং নিংথৌগা পাথৌ মরুপ শানবা
নোংয়াই খুমন নিংথৌগা চারৌ মৌরৌ পানবা
য়েকনা তিংখং লৈতনা লৈবাক মরূ তপতুনা
হাইনা হুমনা পান্নকপা অরাৎ অপা লৈতবা
পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকপু বাঙম তেংথা নরক্রে।

## মঙাশুবা মতাং
# চিংনবা

মৈতৈ নিংথৌ য়োইমরেল লোইনাই থরান থাবনা
তালোয় মাগী অতোপ্পী খুমন চহু শাকবী
লৈমা নিংথৌ অনিনা লুংশি পুক্রিং য়ুমদিননা
লৈবাক বায়েল থৌদাদা লৈমা য়াকা য়েংলক্রে
অঙম অথৌ পুন্নমক মাগী মীচং ওইরক্রে
মনাই মশল কয়াম্ত লৈমা নাক্তা পুনকলে
হায়নিং য়াবা মনীংচম ঙাঙনিং বাকম মথাঙম
হিকনা হাইনা পান্নকলে পোইরৈ সনা লৈবাক্তা।
চকপ্রম চহু ইবেম্মা লৈমা তোপ্পাই হুমন্নীদি
চাবা থকপা চঙদরে পায়মা বাখল হুংবংলে
কন্নক মৈনা হুংদাচাক অশাউ মৈশা পান্দালাং

ভালোয় অনি লোম্ববা লুমলেন থম্বল বাহৌগী
অফ' বাখল তুংওইনা ফত্ত' বাখল মাঙহৈরে
থম্মোয় হুংগুম কনখরে মুজা পুকচেল লেপখরে
মরী মত্তা ফমনাইবা হাওবম চাদি পুঙহা
কৌরে মনাই থাহুনা লৈমা শঙ্গাই লুংহুদা
ফত্ত লৌশিং চাউরবা হাওবম চাদি অঙমবা
কল্লক থম্বল চাউরবী চকপ্রম চন্থু মহাককা
থাংজি নাতৈ থিংহুনা নাপপা চিক্রা বাতাননা
খুবন চন্থু মাঙনবা তারেং তরা থননরে।
ফত্ত' খুজিল থোরাংদা নত্ত' থবক থোরমদা
অফ ফত্ত য়েংলরোই লৈমা পুকচেল লেপখরে
তারেং শেজ্জা তিংহুনা থারে মনাই আরোনবা
মপাম খুমন লৈবাক্তা নাংয়াই মপা লনদমদা
নিঙোল শীংদা চংদৈ হৌখি থোদোক কয়াগী
লোবনা পাউবু লৌরক্লে মাশোয় ভঙাম থিরক্লে
খুমন চন্থু শাকবা নিঙোল শীংদা চংদৈ
খুমন পোকপা মখুধৌ চহী কুমজা হরাওদৈ
চিংঙু লাইগী লাইমাডদা হরাও জগোয় শাডেদা
হুয়া পুক্লিং থোয়দাবা পাথং কোলোয় সুংশিবা
খুমন চাদি অথোবা নোংমাই মাংমৈরেঙগা
অপাম্ব হুংশি খিজিনা সুংশি বাশক তেমশিংমা
চিংঙু খুয়া থাহুদা তাউজিং হৈকক কাখিবা

লৈপুল থায়োম শেমনবা শিংহল লৈয়াং কংখিবা
হৌখি খোঙোক বারীদো ময়েক শেংনা তাবদা
পাউ খোমবা মনাইদো হুংহাই ওমথৈ লৈখিরে
মানা তাবা পাউদগী শরুক চাম্না হাপ্‌তুনা
অরোন পাউবু তমবদা চক্রপ্রম চন্দ্র ইবেম্মা
নীংবা পুকনিং থুংলবোই মনা চাউজা পীবিয়ে
থুমন চন্দ্র মহাকবী শেলজা পামবী মনাইদা
ওয়েৎ শেলজা পীদুনা লোননা শরৌ শিননরে
অরোন অথুপ য়েংলগা সনা খুদোপ হুনবা ।
চিংগু মানা তমখিবা খোয়ুম মাগী লোংদমখোল
ককপা ওমদে কনাম্না হোংবা য়াদে চৈরাকন্থ
নোংমা কোয়রৌ হুমিত্তা থুমন চন্দ্র ইবেম্মা
হুরা খুংতা শিরিবা মপু সনা খুদোপতা
অমোং অকায় শেংদোক্নে পায়মা হুংদা থনহন্না
মোরাং থাদা থমলগা শরাই মাঙোল খোকক্রিতে
খোংজি মাতৈ মকমদা মীয়ক নায়ক য়েংলিবী
শেলজা পামবী মনাইনা লৌয়ে সনা খুদোপস্থু
পীয়ে চক্রপ্রম চন্দ্রদা কংলে মনা চাউনহুম
হুংওাই পল্লোল লোমজয়ে লৈমা তোপাই ওন্নীয়ো।
থুমন চন্দ্র মহারাজি খুদোপ থমই কাওবরে
কোয়রৌ অহু লোমপা মথং কোয়রৌ লোংলেজা
সনা খুদোপ খিয়ক্রে মোরাং থাদা কংখ্রে

রাখল লংজিন পুনখরে খুংশা খীরে ছুরাদো
মনাই কনা তাহনদা চরে তাবু হাংদুনা
কাচিন কোয়া থাক্লনা খুদোপ মাবু থিবদ্রা
খুদোপ থিবা কংলক্তা ঝ্যবা পন্দোল লোমজক্লে
শাবি থংলেন নিংথৌনা সনা খুদোপ হংলকপা
কন্নি পাউখুম পীগনি রাখল লামবা ফুংররে
কশ্মি কমকম থস্তুররে চংলি চংকম থজ্জদ্রে
চায় হাওকম থণ্ডররে অঙৌং তুম্বা য়্যাদরে।
বাবা অমা লোইহিতৈঙ বাবা অমা খুংলরে
খুমন মপাম লমদগী মপা নিংথৌ নাবগী
পাউবু পীবা লাকপহ্‌ লৈমা নাক্তা খুংল্লরে
মপ্পা নারে তাবদা লৈবা ওমলে ইবেম্মা
মপু নাক্তা চংলগা অনা লাইওং হন্নংচৈ
নিংথৌ য়াথং কংবদ: খুমন চহু শাকবী
মনাই য়শল লোয়ননা মপাম লমদম পাংলক্লে
চৎনা জংনা লম্বীদা থরি শুরা মতোম্‌দা
মপাম খুমন লমদগী বাইরা ওননা হন্নক্তে
শাবি খুরা থাহুদা সনা খুদোপ মাওথিবা
বারম খুরা হন্নংক্লে লেপ্টৈ ছুরা পুকল্লিংলা
খুমন চহু মহাকনা মপাম লমদম পাথিল্লিটৈ
মিকুপ নাংজম য়েংলিবী মতম হাহুবা ফাইথিল্লী
কাই লৈশিং লাউরবী লৈমা লোপাইহী ওখীবা

চিকনা য়াবা রাত্তানৈ মনাই মশাল থিবিকা
লৈরাং লৈমন চন্নবা শিংগুল নাচোম আহনবা
চরৈ ফিনা ফিরয়ানশা লৈরাং নাচোম য়োনশিন্নে
খুমন মপা নিংথৌনা গুরা মাগী উন্নকপা
চরৈ তাবু গুংগ্লুদা লৈরাং নাচোম লোৎশিল্লে
পায়মা পুকচেল পিকলবী চকপ্রাম চন্দ্র ইবেম্মা
শাবি থংলেন নিংথৌগী সনা নাক্তা চঙলক্রে
মপু নাক্তা ফমলগা নাপপ চিকনা পাউদমক্তে
"পোইরৈ নিংথৌ ইনিংথৌ শাবি থংলেন কোয়ম্না
পায়মা লৌশিং থেন্নবী লাইবক চাউবী ঐঙাকনা
শাবি কাদা হুন্নংপা অয়োন অরান তাকপিয়ু
মালং মুংশিং খোঙচৎপু থিংবা ঙমদে উপাঙনা
লাইজ ঈচেল অকনবা থংপা ঙমদে কৌশিনা
কোরৌ মাগী মঙালস্তু তাকপা ঙমদে লৈচিলনা
শিংগুল লৈগী লৈনমদি য়েল্লি মালং মুংশিংনা
থঙ্গোল শউম ফংবদা লেংঙি উনা রানাম্তে
অচৌ পিশক থাবদনা অফ ফক্তা নাইদনা
তাইবং মীগী মীনমদি তাইবং চিনমা শন্দোকই
থিংবা ঙমদে কনাম্তু মেনবা ঙমদে মীচিমবু
খুঙদ তাদ লৈতরে পোইরৈ শীনবা থুংখরে"।
লৈমা মপাউ তাবদা মপু পায়মা চিংনত্তবাই
'চকপ্রম চন্দ্র ইবেম্মা লৈমা তাজোক্ত মুংশিকী

পায়মা খুংগী মাবাদো চিংনা পরৈ লৈক্তনা
নিউনা খঙ্বা অঙৌবা তনম্নু ঐগী ইকয়দা
অক কপ্পা পুম্নমক নঙগা ঐগা তানর্কসি" ।
নিংথৌ মাথং ফংকদা হায়রিং বাক্লা ফিরোমশা
ওইদ বাবা অওইশা মীনম মায়ম মপ্যাউদো
ওয়েরোন অখুপ লৈতনা মপু কাদা হুক্কংটৈ
'শাবি থংলেন ইনিংথৌ পায়না খোঙজং খোয়দানা
তিললাং মাখু খরোংনা মপু বাখল তৌবিয়ু
'থক্তা মচেম শাংতবা 'থাদা মনাও কোইদবী
লাইরোন শাংপী লৈরাংগুম খুনা চাননা থমজবী
ইমোম চীংথৈ থাম্বীগা চহী লেংগা মাখবী
খুনন চহু শারুবী লৈমা ভালোম অতোম্বী
পায়মা থৈনা ক্রংশিজে ইমোম মাগী পান্দমগুম
শেংনিংবা মন্নীং থুংনা চামিংবা মথা তমনা
নিংথৌ পুকনিং লির্তিকনা অংম অথৌ মানবা
পোক্টৈ ঙৈতে লৈবাক্তা হাইনা হুমনা পানবরিন
নোংয়াই খুমন লৈথাক্তা নিঙোল পোকপা মপানা
নিংথৌ ওইরি মক্রাগুম তৌবা ওমমি উংগগুম
মপুনা চানবী ঐনি মরুম অথৌ' খুবীরি
কুনী বাথল ওইহনা মরাং কথা কুর্মরকপা
মপাম খুমন লৈবাক্তা নিঙোল শাইজা চলদিতৈ
চিংওৎ লাইকী লাইরাকদা হুমাও অকুপার পারিম

অপাম নুংশি ফিজিননা নুংশি বাশক তেমশিনে
নোংয়াই থুমন কমনাইবা লাংমৈ-য়েন্বা খোইথগা
নুংশি বারী শামিননা শিঙেল লৈরাং চিনখিননা
ফত্তু লমচৎ শাজৎতু নুরা কাউবা ঙমদবোই
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা অঙম অথৌ পুরগা
লোইবী চাংশাং লোইচনবা হুয়েল লানথু চংখ্রিভে
নুরা মাগী চানববা নোংয়াই লাংমৈ রেম্বগা
লৈমা শঙ্গায় নুংহুদা থোংজি নাতৈ থিংদুনা
হরাও নুংঙাই য়াকাতম নুংশি বারী শাহুনা
তাউজিং হৈরাং লোনচৎনা শিঙেল লৈরাং লোনজিন্না
নুংশি খুদোল নাচোমনা চৈরে তাবু থনথরে
নুরা খুৎতা পিবিবা মপু সনা খুদোংপতো
নোংয়াই মাগী মকমদা নুংশি খুদোল তমথরে
মচেম ওইবী ঐহাকনা ফত্তে তৌদ্রু হায়জবা
ইবা ইপাউ লৌবিদে নাদা কাওবা হাপ্পিদে
লৈবাক নিংথৌ য়েংদবী অচোপ অয়েন থঙদবী
মাগী মবা মপাউদো তাবা তমবা ইকায়জে।[২২]
য়াঙাং হৈবী লৈমাগী মীনম বাবু বাচাননা
মপু পায়মা উলগোইঙুং চিংনা ঐথক লাংলক্রে
নোংমা কোয়রৌ খুমিৎতো লজলেন অোক্তাক থোংখান্দা
থুমন চহু মহাককা য়াওরৌ শাদান চৎঙৌদা
য়াওরৌ শাহুং ইমহুনা থুমন য়াংবী পাংলুবা

নোংয়াই লাংমৈ রেঙগা মাংদো লমথাং উনতৈ
লাঙ্গোই শয়াং থকুলা গুরা পাথং মায়োকনা
তুংশি মিংয়েং মিতানা মিংমৈ মোমোন ছাইনোক্ষা
র'ঙাং বাতা তাবদা নিংখৌ পুক্লিং চিংনবা
তৌখি থৌদোক কয়াতু মাতঙইননা উরকলে।
মপু খুংতা শিরম্বা তমফা খুদোপ য়াইওইরা
নোংয়াই মাগী মকমদা তুংশি খুদোল তমথয়ে
মৗনম রাজু তাবদা চিংনা মপুং ফারকলে
ফমবা ওমদে নিংখৌদো ইকায় তাংক্ত মায়ক্ষকনৈ
অশান্তি খাশী মৈচাকনা থম্মোয় বায়না চাক্লক্লে।
নোংয়াই মপাম লমদমদা পম্থৌ নাক্তা লৈরিবী
খুমন চম্প শাফবী খুদম চাংদম ফাংরকলে
মিংলি পাম্প্রোম চোংবনে মঙগী থৌদোক থনবনে
মুরা পুকনিং লাংতকনৈ লৈবা ওমদে মপামদা
ইমুং তৈনা ডানবদা পাম্থৌ য়াথং লৌরগা
অয়ুক য়েন্দা অঙনবা মনাই মশল লোয়ননা
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা রাইয়া তননা হল্লকলে।
চংনা চংনা লম্বীদা চিংঙু মারু থাগোননৈ
লেপপা লৈতে থোঙচংতু মপু শঙ্গায় য়েীরক্লে
চকপ্রম চম্প মচেমনা মপু নাক্তা কমলগা
চিকনা বারী শারম্বা মুয়া মাদি মুংঙাইজৈ
থনদে পুকচেল অমাংবা মচেম লৈমা মকমদা

য়াওরৌ শঙাই মচাদু নুরা খুংনা চিংহুনা
নিংথৌ নাক্তা চওলই খুয় থাদা কংনবা।
কোরৌ মুম্মিং খুদিংগী মুরা চেংলৌ উবদা
মুংশি মোমোন মিৎযেংনা হরাও তরাম কৌবিরা
শাবি থংলেন নিংথৌগী অশাউ শবলোম উবদা
খুমন চম্ব ইবেম্মা অকি মানা লমজিংওই
মপু সনা মাতহুদা চুমনা লেপ্পা উমজদে
পাযমা পুকচেল ফত্তবী চকপ্রম চম্ব মচেমনা
পুকলিং রাদি খুপচাননা অক' শানা হুংলকই
"ইমোম শকপী ইবেম্মা নপাম খুমন লমদকদা
পম্মৌ ইপ্পা নিংথৌগী অনা লাইকন চৎলুবা
অনা লাইথাই তাহনা পম্মৌ নাবা ফহনা
খুমন নপাম লনদগী য়াওরৌ শঙাই পুরকপা
লমলেন কৈদ' ফারকপা য়াওরৌ শঙাই মচানো
নচেম ওইবী ঐহাকন্ত য়াওরৌ মাবু খোয়দাজে।
মচেম য়ারা তাবদা পুকচেল তিংবী ইবেম্মা
অরোন অথুপ লৈতনা য়াবা পাউথুম পীরকই
"পলেম শকপী ইচেমহল পম্মৌ ইপা নিংথৌরো
অনা লাইথাই তাহৌরে তরা চক্রম ফাহৌরে
য়াওরৌ শঙাই মচাসে ঐনা ফারবা নৎচরে
খুমন চাদি অথৌবা নোংয়াই লাইমৈ রেম্বনা
লমলেন লোকাক খোংবাম্বা য়াওরৌ শাম্নান চুৎপদা

ফ'বা য়াওরৌ শন্ডাইত্নু কংলৈ ইপা নিংথৌদা
য়াওরৌ মাবু নিরগা য়'ওরৌ শন্ডাই পুরকপা
মপু কাদা কৎচগে পায়মা মুংদা নীংজৈদো”
অশাউ খাম্বী মৈচাক্লা থম্মায় বায়না চাকলিবা
চকপ্রম চমু মাণ্ডত্নদা ইকায় চাংবু তারবা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৗরেল লোইনাই থরান থাবদো
নোংয়াই লাংমৈ রেংগী কোলোয় মমিং তাবদা
মালং শাউম ফংবদা খাম্বী মৈচাক হেনবগুম
অশাউ খাম্বী মৈরাইনা মুরা মাবু চৈরকলে।
“থুমন চমু ওক্লবী মুজা লমকেৎ লমহেনবী
নপাম থুমন লমদমদা চৎপা শাগী শাজংতু
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্লা চৎপা য়ানি থনবরা
নশক অত্নু য়েংনিংদে ওক্ত' নপাউ তানিংদে
মুরা মাবু চৈবিরে মচেম লৈমা মমাণ্ডদা
মপু মীচৈ তাবদা মীপাই চাউবী ইবেম্মা
ইকায় মায়থোং লুক্কনা মশা নিকলে কিবনা
মুজা থোনা ওইবনা অশাউ বাগী বাহৌদোক
হুংবা ঙমদে ইবেম্মা শাবি নিংথৌ মকাদা
মিৎলু নাপোম থুমহুংনা চৌবা পিগী ঈচেলনা
মায়থোং থম্বাল চামলপা মালেম থক্তা তারক্লে
শজিবু মুংশিং মাণ্ডওইবী লৈথোক নোংপ্পি লৈরাংনা
মালং শউম ফংবদা হাইনা হুমনা থাংবগুম

নিংথৌ য়াথং অকনবা অশাউ থাম্বী মৈমাঙদা
মোমহ্ন লাইবক চাউবীদো করম থাঙবা ঙমগনি
মুরা হিকনা কপতুনা লৈমা শঙ্গায় পাংলকলে।
মীনা বাবা উরগা পেননৈ কল্লক চাউবনা
শাবি থংলেন নিংথৌগী অশাউ মৈচাক উবদা
কল্লক থম্বল চাউরবী চকপ্রম চম্ব মহাক্কি
খিংলৌ নীংবা থুংলবোই থম্মোয় পেননা হরাওরে
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌদি খুমন চম্ব বাথলদা
য়াদে খোমলেন য়াত্তাবা ইমুং মীশেল থাঙলক্লে।
শাবি থংলেন নিংথৌগী অশাউ লংজিন থঙনবা
হংসি কদায় হংঙমদে তুমিন লৈসি লৈঙমদে
বাথল লংজিন পুনথরে থাবা পম্মোল লোমথরে
খুমন চম্ব ইবেম্মা পায়মা থাম্বী ঙমচাক্লা
চাবা থকপা নিংদরে তুমবা হিপপা চঙদরে
মীচৈ য়াবা তমখিবা ভাবা থম্মোয় তুক্লুংবা
কাউগে হোৎনৈ কাউঙমদে মুরা হিকনা কপলক্লে
লৈমা নিংথৌ অনিগী অরা শকলোন উবদা
মনাই মশল খিবিকমু মথৌ শুকম থঙদরে।
অহীং মতম হৌথরে কোংপোক চীংথৈ কয়রক্লে
কাকী লানবাউ চেল্লক্লে পোইথৈ ইমুং শাচক্লে
কোরৌ মঙাল কাওরক্লে অমুক শিল্লা থায়নরে
হাওবম চাদি পুথম্বা নিংথৌ ওমবা অঙবা

মপু শঙ্গায় পাংখরে সনা নাক্তা লৈথরে
চকপ্রেম চনু ইবেম্মা লৈমা তোগাই ঙন্থীনু
খুমন চনু মনাক্তা লৈমা খোঙকাপ তমক্লে
মচেম লাকপা উবদা হরাও ত্তরাম কৌশিল্লি
পলেম শকপী ইচেমহল ননাও লাইবক চাউবীনা
শাবি নিংথৌ মকাদা করি হৈরাল কংজবা
খঙবা উবা লৈবগে পলেম শক্কনা তাকপিস্নু
খুমন ইপাম লমদমদা পন্থৌ ইগা নিংথৌগী
অনা লাইঙং হন্জুবা মপু সনা য়াথংনি
মপু মানা য়াদনা চংতে করি অমত্তা
শুম্না হিক্কনা কপত্তুনা পুকনিং য়াবা পাউজমজে।
খুমন চনু মহাকক্কী অম্বা মতৌ উরুগা
থম্মোয় শেননা খুংঙাইজে চকপ্রেম চনু নহাকতি
কপপা নোকপা অনিসি লোইনৈ মতম পুমবদা
অমুক বাবা খুংঙাইবা তাইবং মীশী পথাপনি
হরাও মথোই কাঞ্জগা অম্বা মৈচাক কংবনি
নোক্কনা হৌবা পুন্সিদি কপনা লোইবা মশিল্লনি
খল্লি লৈমা পুক্রিংদা নোকই থম্মোয় খুংহুদা
অম্বা মায়থোং লাংশিন্ননা চিরোন য়াবা পাউমেন্নৈ
ইমোম শকপী ইবেম্মা মুম্বা করি কপপগে
শান্নি মানা শাউন্নিবা পুক্নিং থাদি খিবিক্তা
ইচেম লোইনা খঙইদো মাককে ঙৈনাও নক্কমদা

ঙমলোই ইনাও লাকচবা ইচেম লৈরি চিংনম্ন
ইমোম চীংখৈ থাম্বীগুম মুংশি নঙবু ইচেমনা
চিনবান থোংগী য়াবাত্থ পুক্লিং বানি খনহুনা
নমোম শকপী ঐহাক্কী থম্মোয় মুংগী অবাবা
খাম্বী মৈচাক মুৎপিয়ু ইরান কোঙ্গায় ঙাকপিয়ু
চকপ্রম চম্ন মচেমগী মথোংঙ কোননা পাউঁংনজে।
মুরা বাবা উরগা থম্মোয় পেনবী লৈমদো
অশাউ মৈচাক মুংদাকুম মুংশি শকলোন উৎশিননা
নোংয়াই মপাম লমদমগী হৌখি থোদোক বারীদা
ইঙা নোংখোং অথুবা কুমশাং ঙারিন তকপগুম
পুক্লিং বাদি অরোনবা থেম থেমহুনা হুংলক্লে।
চিংঙ মানা তমখিবা খোয়ুম মাগী নোংদমবু
নমু তাইবং ঐখোয়না ককপা ঙমদে মতাগুম
পায়মা লৌশিং থেল্লবী খুমন চম্ন শাকবী
অরোন অথুপ থাক্তনা অফ কক্তা খনদনা
খুমন মপাম লৈরিবৈ নিঙোল শীংদা চল্লিবৈ
পাখং চেংলৌ মুংশিবা নোংয়াই লাংমৈ রেম্বগা
চিংঙ লাইগী লাইমাঙদা হরাও জগোয় শাইজা
অপাম মুংশি ফিজিনচল মুংশি বাশক তেমশিংবা
কায়না মৈশা লাংবদা মুরা মানা বাখিবা
হৌখি থোদোক বারীদো মথং শীংনা তমলিবৈ
মীনম চাউবী মচেমনা খুজিল খোরাং ভৌহনা

হাওবম চাদি পুখ্রা মপু থোগাল তৌরগা
মপু মনাই অমিনা লোনমা পাউবু তাবদা
পৈশইবে মৈতৈ নিংথৌদো অশাউ নৈচাক খুৎতুম্নদা
থোংকাপ কমজাও লুন্দনা শঙ্গায় গুংদা চঙ্কক্লে।
শাবি থংলেন নিংথৌগী অশাউ শক্লোন্ন উরদা
লাইবক চাউবী ইপেম্মা ইপাই কোরি কাম্লেই
মশা তনিক তুমিকলগ নিংদোল চোংলে কিন্না
মক্ন নৈদা লুক্লন পাদেল উগুম লেপ্পুখরে
শাবি থংলেন নিংথৌগী অশাও খাম্লী নৈচাক্লা
চকপ্রম চয় মচেরনা খামবী নৈমোং হাপ্পলক্লে
ইকায় ইকি খঙদবী থুমন চয় ওক্লবী
থাংলেন মতম খুদিগী মচু ওনবী লৈচিল্লগুম
তোরে খোয়বী তুরেলগুম পারেমা পুকচেল্ল খোয়রিবী
মীগী লনচৎ তুওইবী রাওয়ো শাজং মাওইবী
নওগী অয়োন শারুংতু খঙলোই উরোই থনুবম্ন
মপু সনা থুদোপতো থুদোল ওইনা পীখিবা
শিঙেল নৈরাং নৈরাইনা তাউজিং হৈরাং হৈশিনুনা
নোংমাই চাংমৈ রেম্নগী শিঙেল নৈরাং নাচোমবু
তাবু হুংদা থমুলিবা মপু মাদি খুরিদে
ওইদ মীনম যাবানা থুমনু চয় চৈরিক্লে।
মনাই নুবী কৌশিলি মপু সুবা মাঙজয়
চরে তাবু হাংহনা শিঙেল্ল নাচেত্রম শিকলি

চরৈ ফিনা ফিয়োমশা শিঙেল লৈমন চন্বা
লৈরাং নাচোম লোংখিবা নাচোম ম'বু লৌংথোক
মপু খুৎতা শিননরে লৈমন চনবা নাচোমদা
শিঙেল নাচোম উরগা নিংথৌ শাউবা হেনখরে।
পায়মা পুকচেল পিরবী চকপ্রম চমু মচেমগী
ওইদা রানা রাওইবা কত্তু' থুজিল থৌরাংদো
খঙলে খুমন চন্নদি নিংথৌ মাদি খঙদরে
অরা মৈচাক তুংওইনা অশাউ শকলোন মাংওইনা
মপু নাক্তা চঙহুনা মুরা মপাউ মেন্নকই
শাবি নিংথৌ লোয়ুম্বা ননাউ লাইবক চাউবীনা
মপু হৈনা মতুংদা মিংয়েং নম্ভ' য়েংজদে
হিদেন হোংনা তাজদে পানা লমলান চাজদে
মোল্লাং খাদা থমজবা মপু খুদোপ মাঙখিবা
মুজা ঐবু চোপনবা শিনবা থুজিল থৌরাংনি
অমম অঙান খায়রিবা চিংঙু মাদি খঙলিনি
অচুম অরান খিন্নগা মপু চৈরাক পীবিয়ু
মুরা হিকনা কপতুনা থুয়া থাদা হুন্নংপা
মুরা মপাউ তাবিদে অশাউ মৈচাক হেনবনা
খুমন চমু লমকেংপী ওক্ত' লমচং মাঙওইবী
চেংলৌ নশক য়েংনিংদে মারা নপাউ তানিংদে
অশাউ মানা মাঙওইনা অপু খোংকাপ তমথরে
হাওবম চাদি অঙম্বা লৈমা তোপাই ঙম্বীগা

চুংডাই মায়খোং মকালাম নিংথৌ চহুং ইনখরে
লাইবক চাউবা মহাক্তি কচক মীমাড চাংহোবা
ইকায় খিকক খুমহুনা হিকনা কপনা লৈহৌরে।
লৈমা মাগী খুজিলনা হাঙবম চাপী খোৈরাংবা
মরাল মপোৎ কাহল্লে ওক্তা পিংদা চনহল্লে
লম্বী হায়ী ওইনরে য়ুমথোং য়েনা ভাংবনরে
অঙম অথৌ ভানরে লৈবাক মীয়াম থংনরে
নিংথৌ কমবা উমদরে অঙম অথৌ মমাংদা
অবা খাম্বী নৈশালাং চাবা থকপা চংদরে
লৈমা ভালোয় আতাম্বী লুমলেন মাগী বাংকদা
মপু পায়মা উলগোইপুং বাখল লংজিন পুনখরে
লৈবাক য়ায়েল খোৈদাদা ইচা মীচা থায়দবা
অচুম অয়ান হেংহুনা বায়েল পরিং ভম্বনা
মপু মাগী খোৈদাংনি লৈবাক নিংথৌ বাহেলনি
খুমন চহু লমকেৎপী য়াওরৌ শাক্ষং মাঙওইবী
ওক্তা পীংদা চল্লিবী হেনা লোনচং ভুংওইবী
ঙসি ভাংলৌ অথেংবা ভাইবং কনা থঙহন্দা
নমু পুনসি লোমহনগে প্যায়মা মুংদা খনহুনা
লোইশঙ মচা থায়গা কৌরে থাঙশা হনবদো
মপু য়াথং কংবদা কদেং থাঙশা হনবদৌ
খুনা য়াংনা চেল্লক্লে মনা নাক্তা থুংলরে
ঙসি ভাংলৌ অথেংবা ভাইবং কনা থঙহন্দ

লৈমা তালোয অাত্তাপী খুমন চনু শাফবী
য়াইবী থবায় লৌনবা সন য়াখং পীরক্রে
নিংথৌ য়াথং ফংবদা মালেম লৈদা লুত্তানা
ফিগাউ শামা য়াবদা খোংকাপ ভম্থি অভন্না
সনা নাক্কা থৌগনবা নিংথৌ মনাই অচানবা
লৈমা মাগী থনন্দা থম্মোয় পুবা য়াদবোই
মুরা নাক্তা চেপকাল লোখনা পাউরু ভকলরে।
মপু য়াথং তাবদা লাইবক চাউবী ইবেম্মা
ইমাই কোরি কাবাবাই মালেম লৈদা বান্তরে
লৈমা মতৌ উন্দা ঙংশা থীবে মনাইদা
লবাই কোকলেন থক্তা লাইজ থিকলেন চাইবদা
খোমলেন নিকপ থোকপগুম বাথল লৌশিং লাকপদা
মনাই নুবী চঙসকাস অবা পোৎলুম পুন্থনা
বাকচিং থাগী থায়াইদা উালন ইনা তাবদা
শিংভল লৈনা মরক্তা লৈকা ফননা শাৎচবী
উললেন মানা রৈবদা শিংভল লৈখোক লোইদনা
লৈরাং খুকম চনবগুম পুনশি নবাক চাম্নকপা
কুমগী নোংলেন অকনবা লোংথাং ফুইনা চুবদা
নাইতোম পাইবী চেক্লানা অবা চৈনা থাংবগুম
য়াওরো লাংদা খুরবী য়াওরো শাজি অমোমনা
মাঙদা লমমৈ চাক্লকপা তুংদা তেললা ভমলকপা
পাঙল শোনবী শজিন চেনফম থঙদ লৈবগুম

থুমন চসু ইবেম্মা বাবা পন্দোল লোমলবোই
পলেম পম্বো কৌরগা মুরা হিকনা কপলকলে
"পলেন ইমা অপোকপী নমোম লাইবক চাউবীনা
অবা তুরৈ চললিবা অনং ইরৈ লাংলিবা
কোরো নোংমদোল পক্তা পলেম নঙদি উরিনি
লৈচিল পোমায় হাংত্তনা কোরো লম্বী তাকপিয়ু
হৈনা নত্তুং টনজগে পলেম নাক্তা লৈজগে
পলেম মমা কৌত্তুনা মুরা হিকনা কপলগা
মনাই মুবী কোনহুনা পায়মা য়াবা পাউমেননৈ
খোয়নৌ শকপী চান্নবী নিংথো পুকনিং তুংইননা
লাইবক চাউবী ঐহাক্তি তুরেল লাইজ ইরোলঙ্গুং
ইদোম য়াইবী থারগে পায়মা মুংদা লেপচরে
সনা ঈনা ঈহুলতম মোমন্ন ঈনা ঈপাললাং
খোইজি মিহুল লাংথিবা তাউজিং মক্ক হুনথিবা
পারি ইহুল থঙজ্রিবা ইমোম নাউয়েক পীম্রিবা
লোইদাম থাশিং শুদবা মপু সনা হৈক্রসে
মমা ঐগা লোয়ননা মরোল কংবা তারেদো
মুঙ্গা পুকনিং লোঙদবী মপু কাদা লানদবী
ঐবু য়াইবী মাঙনবা লোননা শরো শিল্লিবা
পায়মা পুকচেল কল্লবী ফত্ত' লৌশিং চাউবশিং
অমম অঙান থায়ব্রিবা চিংঙ নঙদি উরিনি
অচুম্ব অয়ান থঙম্বা খোয়ুম চৈথেং পীবিয়ু

হিকনা হিকনা কপতুনা চিংঙ্‌ মাবু খুক্লমকৈ।
মমোম য়াইবী মাঙবগী অরা প্যাউবু তাবদা
নিঙোল পোকপা পম্থৌনা মমোম কায়না মৈশালাং
কোরৌ থক্তা ওল্লগা মমোম ঐবু কৌরগা
থম্মোয় শোকনা তেংথাবা পম্থৌ মাগী থনবদা
নুরা পুকনিং নুংওললে থম্মোয় পুবা ঙমদরে
মপা মনাই অনিদো নুংশি য়াবা পাওমেননৈ
লৈমা শঙ্গায় নুংতুদা নোং খোংবগুম কপমিমৈ।
লেপপা নাইদ চৎলিবী মতম কৌবী লাইরেম্বী
খোঙচৎ কায়বা য়াদবোই ইনুং মতম ওইরকলে
মীচিক মীরাউ তামথরে মায়কৈ শীম্না মমথরে
লৈমা নিংথৌ কোন্দুম্ন মনাই মশল তাকথরে
নিংথৌ মনাই থাঙশাবা 'ঙম্বা মাগী মথুৎতা
য়াইবী থরায় থাবদো পামদে ঐগী থরায়না
নুরা হিকমা কপতুনা পায়মা য়াবা পাওমৈম্নে
অবা মৈচাক থাঙলিবী খুমন চমু মহাক্তি
তাইবং কনা থঙহন্দ খোংজি নাতৈ কাংলগা
অকি অথং লৈতনা শঙ্গায় মাঙ্গোল খোরক্লে
মমায় নোংপোক ওন্দুনা নুরা খোঙকাপ তমলক্লে
লেপপা নাইদ খোঙচৎনি তুরেল তোয়বান য়োরক্লে
চেক্লা চাদি অমনা থাকনা খোংবা তাবদা
পলেম মানা কৌবনি থলাদি নুরা পুকনিংদা

কোরৌ থক্সা ওলগা পলেম ইমা অপোকপী
কোরৌ নোংথোং হাংবিরো নমোম লাংলেন লাকচরে
পলেম মমা কৌরগা ঈপাক তমনা কুমহুনা
ঈরোল ঙুংদা লৃপথাবে ঈচেল লক্সা তিনথরে
লাইবক চাউবী ইবেম্মা য়াইবী থবায় থাজরে।
সুরা বাইবী মঙানা চেক্রা চাদি লমথুন্ন
চেংলৌ শক্তম লৌরগা শঙলেন য়াইদা তোংলরে
চেক্রা মানা য়াকায়বা ঙুংশি য়াবা মপাউদো
নিংথৌ মাপী মঙলান্দা থোমলেন মঙম্না মঙফাওরে
থুমন চন্ন শাকবী ইকায় মায়থোং লুরুকনা
মপু নাক্সা চঙলক্লে থুয়া থাদা থুরুমজৈ
"শাবি থবায় ইমিরেল থংলেন নিংথৌ লোয়ুম্না
ফরক মীছৌ কনবা ফত্ত থুজিল থৌরাংদা
মোমন্ন লাইবক চাউবীদি য়েক্সা লাংদা থুরেদো
থোয়ুম নোংদম থীবনা অপাম ঙুংশি শেৎননা
য়াইবী থবায় থারগে পায়মা ঙুংদা লেপচরে
মপোক লাংঙন অমদা মপু থৌগল ফংজগে
সনা ঈনা ঈক্সলতম মোমহু ঈনা ঈপাললাং
থোইজি মিহুল লাংথিবা তাউজিং মক হনথিবা
পাৱি ইক্সল থঙত্রিবা ইমোম নাউয়েক পীত্রিবা
তাউজিং হৈজিং ফাপ্রিবা মপু সনা হৈকসে
সম্ম থুংত্তা শিননবা য়াবা মতম থোক্সরে

নাউব্রা লাইবক চাউবাসে মমা জৈনা পুরগে
পুক্লিং অনি লোঙদনা মপু থোগল তৌজবা
অমম অঙান খাযবিবা চিংঙ্ মাগী থোঙ্গালনা
লোইদাম থংনা থাংশিরক লংইহ কুমহ কনদনা
নিংথৌ ইংথোল চাইগাইমুং শিঙেল লৈশক লৌরগা
মপু পাযমা থোয়দাবা লৈরাং ওইনা শাৎচগে
সনা নাক্কা থংগিয় মপু থোগল ফংজগে
মুরা তিক্কা কপতুনা নুংশি যাবা পাওগননা
মপু খুয়া উফলদা কোক্রেন থক্কা তাপলগা
মিংলু পিরাং ঈশৈনা শঙ্গাই মাক্কোল পাংথিবা
মায়কৈ শলাই থঙদনা মুরা মানা মাঙখিবা
থোংলেন মঙস্না মঙফাওনা মপু মীকপ থোরক্লে
মুরা মাগী রাথলদা অরা কোকথোং পুরিদৈ
মনাই থাঙশা চপ্পবা লাক্লে নিংথেম মুবীগা
খুয়া খাদা খুরুমনা তমলে হৌথি থৌদোক্লু
অহীং তাংলৌ অথেংবা তাইবং কনা থঙহন্দ
মুরা মানা মাঙখিবা লৈমা মপাউ তাবদা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল থম্মোয় পুবা ঙমদরে
ইমুং ঙানবা ঙাইঙমদা মনাই মশল থাহনা
মায়কৈ মরি চাইথোক্লা লৈমা থোঙ্গল লীবদা
তুরেল লাইজ ঈপাক্লা মুরা তাউথা উবদা
মনাই মরাম চোংথরে তোরবান থক্কা চিংথংলে

খোংহৌ থজিক থিনবনা য়াইবী থবায় থারমলে
লৈমা মতৌ উবদা নিংথৌ মনাই পুম্নমক
পাল্লি পোকপা মশেলনি নিঙোল শাংপা ঙাক্কনি
মিংলু পিরাং ঈহৌনা থম্মোয় শোক্লা তেংথানৈ
সপু নাক্লা চেল্লকলে নুরা মপাউ তমলরে।
অরা পাউহ্ তাবদা মপু পায়মা নুংঙল্লে
পাগি ঈথক হৌরক্লে মিংলু নাপোম থুমখরে
অরা মায়থোং লুকক্লা বাখল লাঙ্গোয় চনখরে
নিংথৌ মনাই অউম্বা লাঙ্গোই শগোল তোংলগা
লোয়াই থুমন লৈবাক্তা নুরা পোকপা নিংথৌদা
মমোম য়াইবী মাঙবগী পাউবু তমবা থাখরে।
লোয়াই থুমন মপুরেল অদোল নিংথৌ পুনশিবা
লৈমা তালোয় অতোম্বী চৌংথৈ থাম্বী মফমদা
খামলেন মঙগী য়াবাবু থম্মোয় শোক্লা পাউদম্মী
চরাং এগী মঙলান্দা ওন্থোক মঙবু মঙওইনৈ
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌদা য়াঙ্গোইবী ইমোম মানা
এগী নাক্লা লাক্লুনা ইমোম হিকনা কপলম্মী
পন্থৌ ইপা ইবুঙো নমোম লাইবক চাউবীদি
পোইরৈ সনা লৈময়োল নিংথৌ মাগী মকাদা
লৈবা ঙমলোই নমোমদি পুন্সি পোলোই তাম্বকাও
য়েক্লা তিংখং য়াম্বনা কল্লক মীহৌ কনবনা
রাংলেন মিকুপ অমত্তা লৈবা ঙমদে খোয়জানা

হরাও মৈকা তমজবা য়াদে মীনোক য়াইনা
কল্লক মীমাঙ চাংতাবা থোক্লে নমোম লাংলেম্দি
খুমন ইপাম ইরমদম পাম্মৌ মৈংবা ইরানয়াই
ইনিং তমনা লৈজগে ইথা তমনা পানজগে
পাম্মৌ য়াথং পীবিয়ু নমোম ঐবু চানবিয়ু
ইমোম য়াবা মপাউদো মপা ঐনা য়াথিদে
নীংবা কায়বা ইমোমদো হিকনা হিকনা কপতুনা
পাম্মৌ ইপা ইবুঙো নমোম লাইবক চাউবীদি
ইপাম খুমন লমদুংশি নোংয়াই ইপু লমদমদা
পাম্মৌ য়াথং তুংওইনা নমোম ঐদি লাক্লরোই
থংলেন নিংথৌ নাক্তস্থ নমোম লাংলেন হৈররোই
থমন্থং শবা তামপ্রবী অমল য়াইথোং কুমপ্রবী
পলেম হৈমা তুংইননা নমোম ঐদি চৎলগে
য়াবা প্লুকমেন পাওমেমনা ইমোম মানা চৎখিবা
ইমোম খামসি খামঙমদা খোমলেন মিকপ থোকখিদে
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা ইমোম লাংলেন মহাকপু
হেদো নাহে চনদুনা তৌরাং ফক্তা ওনবরা
অনা লাইওং কঙদমা ইমোম মাবু নাবরা
উনবি পুক্লিং লাংতকনা অথা পোৎলুম পুরিটৈ
পোইরৈ মৈতৈ অঙম্বা মপু নাক্তল চঙলক্লে
খুয়া থাদা খুক্লমনা মমোম য়াইবী মাঙবগী
অবা পাউবু তম্বদা খুমন নিংথৌ পুনশিবা

বাবা পন্দোল লোমলবোই পোইরৈ লমদম ওল্লগা
মমান লাংলেন কৌদুনা মখাল থোক্লা কপলক্লে।
চরৈ ফিজোল চোংলগা মাঙ্গাই শগোল তোংদুনা
মনাই মশল লোয়নন পোইরৈ লমদম পাংলক্লে
বাংলেন পুংজা থরদা চৈতে লৈবাক য়েৌরক্লে
চরৈ ফিডৌ ফৌবগুম পালোন কোয়বা মীয়ামগী
মীরক থায়না চংলক্লে মমোম নাক্লা লেপলরে
চংবী লক্ মতুপকুম মালেম থক্তা তারিবী
শমু হকচাং অমনবা মমোম শক্তম উবদা
থম্মোয় পুবা ঙমদবোই মথা মুংদা কোলগা
কোরৌ নোংনা থোংবগুম মখোল থোক্লা কপলক্লে
ঈমোম য়াইবী মঙানক মিগা থানা তক্কমক
য়াইবী নঙ হায়বোইফরোই নিরেল নঙ হায়চংফরোই
নহুল ফমদা হল্লকখো নতে ফমদা তেরখো
খুংলাম তোয়না কৌরক্লে য়াইবী থবায় মঙাদো
কপ্পা মথৈ কপলগা য়াইবী থবায় য়াওদ্রবা
শমু হকচাং পোল্লাংদো খুমন তাননা পুল্লগা
মালেম লৈরোল চন্দুনা মথৌ মঙম পাংখোকখি।
পায়মা পুকচেল কল্লবী লৈমা তোগাই ঙম্বীদো
লোইদাম থাবুম ফাদনা লাংহৈ কুমবু ঙমদনা
চিংঙ বায়েল থুংলরে অনা লাইপোক কারকলে
লৈমা হকচাং শিনথুংনা লাইথুং মপাল শাংলক্লে

লৈবাক মাইবা মাইবীনা ইরাং চবান লায়েংবা
লাইথুং কোকপা ওমদরে লৈমা নপান থোক্তরে
মনাই মশল খিবিকস্ত মনাক নকপা কিনরে
চিংঙ্ লাইমাও ফংদা খোয়ুম লাইপাউ পীরক্লে
লৈমা খুজিল থোরাংনা নুরা য়াইবী মাওখিবা
ফত্ত মাগী মরমচৎ লৈবাক শিনবা থুংখরে
কৈথেল অকা অকুমদা লম্বী ৱারী ওইনরে।

## তরুককশুবা মতাং

# লান নেকপা

থুমন নিংথৌ পুনশিবা মমোম কায়না মৈচাকনা
ভুম্বা চাবা চঙদরে ৱাখল লাঙ্গোয় চনখরে
মনুং মতম চাদনা মদোম য়াইবী মাঙবদি
ইমোম মনীং থুংদবা কল্লক মীগী থোশিল্লা
পায়মা মুংদা চিংনবা লীথুন কাংথুন খঙনবা
অরোন পাউবু লোনবা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা
মনাই পায়মা লৌশিংবা থাগে ৱাখল তোরিঙৈ
থুমন মনাই অচানবী মমোম নাক্তা লৈখিবী
লাক্লে মুরা কপতুনা থুমন নিংথৌ মনাক্তা
থুয়া খাদা তুহনা নোং খোংবঙুম কপলক্লে
মুরা, মতৌ উবদা নিংথৌ পুকনিং লাংতকনা

ইমোম মাগী অচানবী খুমন চনু ইবেম্মা
ঐগী নাক্তা লাক্লগা নুরা হিকনা কপলবা
পায়মা নুংগী য়াবাহু চিংনা পরৈ লৈতনা
তম্মু ঐগী ইকমদা য়াবা ফিগৈ শেংঙুকো
য়াম্বা মপাউ তংলক্লে পম্ভো মানা মমোমগী
মপু য়াথং ফংবদা খুমন মনাই নুবীদো
অরেন অথুপ লৈতনা মানা খঙবা অউবা
লৈমা নিংথৌ কোলতুগী চৌখিবা থোদোক বারী
তালোয় অনি লোননবা লুমলেন খম্বল বাওইবা
লৈমা তোগাই ওম্বীগী ফক্ত খুজিল থোরাংদা
ওইদ রানা অওইশা মীনম লাংবু থাক্লুনা
খুমন চনু ইবেম্মা মরাল মপোং ফাহনবা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা তালোয় বাহু বাচাননা
ওক্ত শীংদা চনহনবা লৈবাক বাথোক ওইখিবা
ইকায় নুংশি য়াননবা মদোম য়াইবী মাঙখিবী
নমোম লাইবক চাউবীনা য়াইবী থরায় থারমদাই
নুরা ঐগী ইকমদা য়াবা পুকমেন পাওমেনবা
মমোম মাগী মপাউদো চিংথ নানথা লৈতনা
ওমলে মপু মঙোম্দা নুরা হিপনা কপতুনা
খুমন মনাই নুবীগী য়াবা মপাউ তাবদা
মমোম কায়না মৈচাক্লা থম্মোয় বায়না চাকলিবা
খুমন নিংথৌ পুনশিবা খাঙবা ঙমদা কপলক্লে

পিকনা পংলেম শেৎনবী নাইংতান, শাৎপী মমোমনা
লৈবাক য়াবা তুংইননা পম্মৌ য়াথং ভাকপদা
অপাম মুংশি শেৎনবা কায়না নৈশা লাংথিব
অবা মৈচাক মুংদাকুম মুংথাই চিনবান কাংশিনা
অপাম পামদা থিদনা নিংভোল পুকনিং থুংদনা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌদা ইমোম মানা য়াঙ্গাইবা
হৌখি থৌদোক নীংশিংলু থামোয় পুবা য়াদরে
মিংলু নাপোম অনিদা পিগী ইথক ইহৌনা
কোরৌ থক্তা ওনদুনা পাংথোম বাংনা থাজৎনা
মমোম লাংলেন শাকবী খুলাম তোয়না কে ক্র
অয়ুক থোকপা শক্তিককুম ইমুং ভানবা থাবাগুম
পারি ইমোম শক্তুনা থমজবী ইমোম লাংলেন
পামব কৈগী খয়াংতা থাগী মৈগী মিঙ্গুংদা
পাঙ্গল শোনবী ইমোমবু মপা ঐনা লুনজিনবা
মমুং মতম চাদনা ইমোম য়াইবী মাঙলবোই
লাংলেন কায়না মৈশালাং নোংয়াই খুমন লৈবাক্তা
পম্মৌ নপা ঐহাক্তি করম পুনসি লেনগনি
ইমোম নওগী দমক্তা য়াইবী থবায় পাম্মুদা
মৈতৈ নিংথৌ মকমদা লমন থুমগে ইপানা
কোরৌ নোংমদোল থক্তা লৈচিল পোমায় হাংলগী
ইমোম লাংলেন ইবেম্মা নমিৎ পৈননা য়েংজোকো
কাওরেন যণনা খোংবগুম মমোম কৌনা দগক্লে ।

শাৰি খুমন নিংথোগী অৱা মৈচাক উৰদা
চাংখৈ থাগী ইবেম্মা লৈমা পুকনিং মুংগোল্লি
নিংলু পিরাং হুংহৌনা থাওই অৱা মৈচাক্তু
পালেম পাম্বৌ অনিবু থম্মোয় মুন্দা বারৌজে
পায়না লিংজেন থারবী বাথল খেনবী মুপীজা
পালেম মবা লৌহুনা চুম অরান খিদনা
নরাল মপোং ফাহনবা পাম্বৌ করি পুরচেলনো
খললি লৈমা পুকনিংদা য়াদে রাদি কাংথোকপা
খুমন নিংথৌ পুনশিবা মমোম মাগী বাথলদা
তুমবা হিপপা চঙখিদে চাবা থকপা য়াখিদে
কোরৌ শিংবুম মরিনি খুমন কংলা তোংয়াইদা
অঙম অথৌ ফন্নাইবা লৌশিং চাউবা খিবিক্কা
চিবনা রাদি তাননরে মমোম লমন শিংনবা
চৌংখৈ থাম্বী তাহনদে খুমন কনা খউহনদে
পোইরৈ মৈতৈ মৈদিংগু লোইনাই খৌরান থাবনু
অরোন হুয়েল লানফমদা য়াইবী থরায় লৌনবা
অঙম অথৌ খিবিক্কা লোননা লাম্থোং শিননরে
পায়মা লৌশিং চাউরবা নিংথৌ মনাই অচানবা
খুমন কংলা তোংয়াইদা ফমথোল চাউনা কারিবা
নোংয়াই খুনাইদা অশেবা তমব মুপা মঙানা
অর্বুক চাকউল চারিগী লাঙ্গোই শগোল তোংহুনা
পোইরৈ শনা মৈত্রাবাক মৈতৈ নিংথৌ মফমদা

লাক্লে হুয়েল লাননেকপা কংলা শামাঙ য়ৌরক্লে।
কংলা থোঙবু ঙাক্লিবা নিংথৌ মনাই অঙম্বা
মপু য়াথং লৌরগা কংলা থোঙলোন হাংদুনা
নোংয়াই খুনাইদা অশৈবা অঙম্বা মাঙ থারগা
সনা নাক্তা চঙলক্লে খুয়া থাদা খুরুম্মি
নোংয়াই মাবু উবদা পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা
হুরাও তরাম কৌশিল্লি য়াবা মপাউ হংলকই
অদোল খুমন ফম্লাইবা নোংয়াই খুনাইদা অশৈবা
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা নোংয়াই নঙনা লাকপবু
খুমন নিংথৌ মাকলৌরেন নিংথৌ মাগী মপাউদা
তমমু ঐগী ইকমদা পায়মা ফুংদা চিংনম্ন।
মপু য়াথং ফংবদা নোংয়াই খুনাইদা অশৈবা
চরৈ ঙক্তা য়েংলগা মথু লৈদা তাতনা
চরৈ ফিবুম তাবগুম খুয়া থাদা খুরুম্মি
মুকমু লৈতোন কোন্দুনা মপু কাদা হঙ্গৎলি
মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পোইরৈ ঙাকপা নিংথৌরেল
নোংয়াই খুমন লৈবাকনা য়েক্লা লমগা লমলোননা
কল্লক মীহৌ কনবনা পানবা ঙমদে লৈতনা
লমলেন লোক্তাক পাৎয়াইদা ঙাৱম তানবা য়াদরে
খুমন ইপা লমদমদা চমলৌ য়েনশাং হেকপন্নু
হৈরেম নিংথৌ ময়াথং থিংলে খুনজান মীয়ামনা
নোংয়াই খুমন ঐখোয়না পুংবু অমা থোনজবা

হৈরেম খুনজান মখোয়স্থ পুং'মা তেক্লা মগোলদি খুমননা থেনমা শেমলে খুনজানস্থ থেনমা শেম্মি শামা পাঙ্গল মান্নবা হৈরেম খুনজান লৈরাক্তা - হুয়েল লানবু লানশিংন' পানবা থাশিং য়াম্নকলে নোংয়াই খুমন লৈবাক্তি ইংনা পানবা ভমদরে পোইরৈ নিংথৌ প্যাঙ্গনবা হুয়েল লান্দা থৌবনা রাইরা ইঙ্কেং পাংবিয়ু হৈয়েম খুনজান লান্দাগে নিংথৌ মপাউ পুন্থনা লানবু নেকপা লাকপনি। নোংয়াই মপাউ তাবদা নিংথৌ পুকনিং পেনবিরে খুমন নিংথৌ মাকলৌরেম শামা মতেং পাংনবা হুয়েল লান্দা থৌরবা খোঙমী লানমী পুরগা হৈরেম লমবু লোকপিগে খুনজান নিংথৌ কাবিগে ন্নমজা লোইপোৎ কাহনগে নোংয়াই খুমন লৈবাক্তা নিংথৌ মপাউ তাবদা পেল্লে নোংয়াই অঙম্বা লাঙ্গোই শগোল তোংন্থনা খুমন কংলা পাংলক্লে। পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল লোইনাই থবান থাবনা অঙম অথৌ কম্নাইবা কুপনা বাবু তাননরে হৈরেন খুনজান লৈবাক্তা লানবু তাসি লেপরে অকন অথৌ কৌথংলে হুয়েল লাম্বোং শিল্পরে। নিংথৌ মপাউ পুরকপা খুমন চাদি অশৈবা খুমন নিংথৌ মকমদা বারম খিবিক হুক্লৎলে নোংয়াই মপাউ তাবদা নিংথৌ পুকনিং নুংঙাইরে

অংঙম অথৌ বাতার্নবা চিকনা লানচুং শিমরে
খুমন নিংথৌ পুনশিবা হৈরেম খুমজান পাংথরে
মৈতৈ নিংথৌ হাংবা চুহেং লানবু নেরুবা
লমলেন হৈরেম মলমথে খুনজান কাহৈ মপুংয়াই
খুমন নিংথৌ পুনশিবা মনাই মখল য়াওদনা
লাকই পাউবু তাবদা হৈরেম খুনজান নিংথৌনা
মতাও নিংথৌ ওকুনা মমাই কোন্দা পুশিন্ন
হরাও কুংঙাই য়াকাওম অহাও অথুম চামিননৈ
তরে লৈতা তাম্নরে অবা কুংঙাই বাম্নীনৈ
পাখৌ মরুপ কুংশিবা খুমন নিংথৌ পুনশিবা
হৈরেম খুনজান ইকএদা পাথৌ মঙনা লাকপবু
নযুম খুমন লৈবাকী অবাং অপা লৈবম্না
চিংনা পরে লৈতনা য়াবা ফিগৈ শেংখিবু
ঐনা ঙবা খৌদাদা পথৌ নতেও পাংজগে।
নোংয়াই ঐপী চাননবা পাথৌ হৈরেম কুংশিবা
পায়মা খুংগী অবাবা খম্নোয় কুংগী মৈচাকসে
পাথৌ কাদা কাংথোকে শামা ইত্তেং পাংবিয়ু
অমা মৈচাক কোকপিবা ঙমবা পাথৌ নহাকনি
পাথৌ নতেং লমমবু কাউবা মৈয়োই পুনসিদা
খুমন মপাউ তাবদা ঙকলে হৈরেম নিংথৌদো
পাথৌ নিংথৌ চাননবা চিংনা ঈথক লাংবিয়ু
এমা ঙমবা খিবিক্তা পাথৌ নতেং পাংজগে

নোংয়াই মতুঙ্গী দমক্তি য়াইবী থৈরায় পাম্বুরাই
মতাও হৈরেম নিংথৌগী মায়া মপাউ তাবদা
খুমন নিংথৌ পুনশিবা খাম্মায় পৈনদা শুংতাইরে
পোইরে মৈতৈ নিংথৌগী লোননা তাংজায় অহনবী
কদু খুন্জিল খোয়াংদা তালোয় খহল য়াওইর্দা
মমোম লাংলেম শাকবী মরাল মপোং কাহনবা
মগুং মতম চাদনা মমোম য়াইবী মাংথিবা
হৌখি খোদোক বাথোক্তো মথং শিংনা তমলক্লে
লাইবক চাউবী ইমোমগী বাইরা মংশক তাননবা
পোইরে মৈতৈ নিংথৌগা ছায়েল লানবু থেনগে
পায়মা শুংদা লেপচরে পাথৌ ইতেং পাংবিয়ু
মতাও খুমন নিংথৌগী মায়া মপাউ তাবদা
ছয়েল লানবু পাংবিগে পায়মা শুংদা লেপতুনা
হৈরেম পুনজান কম্মাইখ অকল অংথৌ কৌথংলে
ছয়েল লামওং তাননরে লানদা য়াথং পীখরে
হৈরেম পুনজান নিংথৌনা লোইবী থম্বাল হাওধুকী
মতাও হাওবা পুল্লাকপা হয়েল লানবু পাংবিরু
নিংথৌ মপাউ থাখিবা থরাদি হাওপুলি য়ৌথরে
মতাও হৈরেম নিংথৌগী ছায়েল লাম্থোং উবদা
নিংথৌ পুকনিং শুংতাইরে খুমন তাননা হলকালে
খুমন কংলা তোংয়াইদা অতম অথৌ ময়ামগা
মৈতৈ নিংথৌ হাংনবা লোননা লাম্থোং শিনবহু

তারে চীংথৈ থাম্বীগু তুমবা য়াদে ইবেম্মা
পম্থো মাগী খনবদা বাখল লংজিন পুনখরে
মংশক লানবু শীংলিবা শাবি খুমন নিংথৌনি
লান মারোক য়াগদবা মুরা পোকপা পম্থৌনি
পম্থো খবায় করগা শাবি নীংবা কারগনি
থংলেন নীংবা থুংলপা পম্থৌ য়াইবী মাঙগনি
থাংজ্ৰ থককী মথংলেন পামমু মানা হেনবরা
নিঙোল পোকপা মপাগী মুংশি মানা বাংপরা
পামমু মুংশি চাংদমনা অরুম অয়াং য়েংলরে
মুংবী মুংলেন মুংলক্কা হাবু ওইরে মুরাদি
হায়কম তৌকম খঙদরে তুমবা চাবা চঙদরে
খুমন নিংথৌ ময়াথং লোইশঙ ঙাকপা মনাইনা
অহৌং মুংথিল থাক্কনা ঙাক শেন্দুনা লৈবনা
লৈমা মপাল শোক্করে অয়োন পাউবু তাদরে
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তো মপা নিংথৌ মকমদা
লোননা পাউবু থানবা মনাই থিবা কংলক্কা
মৈতৈ চহু ইবেম্মা লৈমা চীংথৈ থাম্বীদো
বাখল লংজিন পুনখরে বাবা পন্থোল লোমখরে।

———

## তরেৎশুবা মতাং

# লান্দাবা

পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌগী সনা য়াথং ফংবদা
মৈতৈ অকন অথৌশিং খোঙমী লানমী পুম্নমক
তরা চাকঙল চারগা শাক্ক লানফি শেৎতুনা
খুংজা খুংলাই পায়হনা পৈরে কংলা শামাঙদা
মনাই তরিয়া য়েগ্নাংবা খুরাই নহা রাইরংবা
কংবী নহা লাইরেনজাম্বা অতোন নহা শঙ্গাইবা
হুয়েল লাম্থোং খঙলবা রাইরা শাথোং হৈরবা
মৈতৈ অকল অথৌনি লানঙম ফিরান থেৎপনি
খুংস্ত কোয়রেল থাঙহাইদা থাংলেন নোংথাং কুপলিবা
তিমন তোম্বল চুমবদা শঙ্গাই শেনগুম পাইরিবা
লিরি থম্মোয় তেনচিংবা লকা তেলমৈ লাকলিবা
য়েক্লা মায়েক য়াবদা থবায় থাবা কিদবা
হুয়েল কামোং ফাঙম্বা লান্দা থৌবা মৈতৈনি
হায়নৈ পোইরৈ মীয়ামনা শোরৈ অঙম অথৌনা
অরাং কৌক্র লোকমায়দা কোরৌ নোংনা ঙানবদা
ইন্নুং শোইবা চাক্কবা য়াঙ্গোই শামু য়াতোনপোক
লাইবক লৈঙাং তৈরগা নাতোন কৈনা পুহনা
শা মাননবা য়াওবরা লান মাননবা লৈবরা

য়াথিন-নসি থোরকউ পাঙ্গল তাংবু য়েংনসি
থেক্লা লাউনা থোংজিবা ঙ্গাক্লোই শামু শাংগা।
পোইরৈ মৈতৈ লানমীনি থৌনা ঙবা খোঙমীনি।
শরেল নোংশা নিংথৌগী রাইরা শাখোল তাবদা
মীপাই চাউবী শজিনা কিনা চোংনা চেনবগুম
পামেল থক্লা কায়দোংবী চেক্লা চানা খোংবগুম
চৌঙ্গং মাঙ্গং চাক্তাবা য়াওরৌ লমশা শায়ামনা
চীংদোল তম্না চেনখৎপা লোকঙ্গং তম্না চেম্বগুম
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকী হুয়েল লানবাউ তাবদা
শামা পাঙ্গল শোল্লবা মায়োক থাবা ঙমদবা
চীংদা তৌংবা খুম্নাকপা তমদা পানবা নিংথৌশিং
চীংদোল লাননা চেম্নরে চীংঙ্গং মাঙ্গং লোৎনরে।
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল লোইনাই থবান থাবনা
পাঙ্গল থৌনা সৈন্নবা মনাও পোংনাউ তাবদা
বায়েল থৌদা শিন্নরে কংলা ফম্বাল ঙাকহল্লে
নিংথৌ মঙ্গং শিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক ঙাকহৌরে।
মনাও লৈয়াং অতোনবা মেনসনা মুংয়াং চাউবগা
হুয়েল লান্দা থৌন্নবা তাইদন আমে হুন্নাগা
মৈতৈ অকল অথৌ খোঙমী লানমী পুম্নপা
মায়কৈ লাইয়াম থুক্নমা লৈচিল খোঙচৎ য়েংলগা
শোর পুংফম কায়দনা হুয়েল লানলাউ লাউহুনা
মপুগী হিয়াং হিয়েন কবুই ঙমবা তোংলগা

পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা হাওরৈ খানা পাংবলম
হৈরেম খুনজান লমদমদা হুয়েন লানবু লান্দারে
নিংথৌ মনাও অঙোম্বা মেনস্না মুংয়াং চাউবনা
তাইদন আমে হুজাগা অকল অথৌ থরগা
থরাল হাওখুল পাংথরে হুয়েল লানবু লান্দাবা
খুমন নিংথৌ পুনশিবা পায়মা মরৌ চাউবদ
হৈরেম খুনজান ভুংওইনা অবাং মায়কৈ পাংলরে
লৈখি য়াংদো লমখাংদা হুয়েল লাম্থোং শিন্দুনা
মৈতৈ নিংথৌ হাৎতুনা মমোম মংশক তাননবা।
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা মৈতৈ খোঙমী লানমীগা
হাওরৈ খানা পাংবলম হৈরেম খুনজান লান্দাবা
লানঙং খঙবা মৈতৈনি শমজি থায়না চৎখরে
পামব কৈবল লাংথকিনা ঈচল ভাগুম কোয়শিল্লে
শিংনাং তৌজা মরক্তা শামু লমশা চঙবগুম
মৈতৈ খোঙমী লানমীনা থাঙলেন নোংথাং কুপতুনা
হুয়েল লানবু লান্দাবা হৈরেম খুনজান লানমীদো
মায়োক য়াবা ঙমদরে কোয়না লাঙোয় চনশিল্লে
লাংদা থুবা শজিগুম লুদা চঙদা লিলহাগুম
হৈরেম খুনজান নিংথৌদো চেনকম চোকপ খঙদনা
কায়ে খোঙমী লানমীনা কৎলে মৈতৈ নিংথৌদা
হৈরেম নিংথৌ কাবদা খুনজান লানমী ময়ায়দো
খুৎলায় খানা চঙলরে পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌদা

হুয়েন লানবাউ তাবদা হৈরেম খুনজানে মীয়ামদো
ময়ুম নকৈ থাহুনা চেক্নৈ মায়কৈ থঙদনা
লোংখি চৌংথুং মাগুদা মৈতৈ লানমী কিহুনা
লোইনাই থবান থাবনা হৈরেম নিংথৌ পুহুনা
খুনন নিংথৌ লৈকলম হিয়াং হিরেন হোল্লক্লে
হৈরেম নিংথৌ ফাখিবা হুয়েল লানবাউ তাবদা
নুংশা থীরে পুনশিবা মৈতৈ নিংথৌ থিরক্লে
নিংথৌ অনি উনরে য়াংদৌ লমবী লমথাংদা
খুনন নিংথৌ মহাক্তি পায়না বাথল নুংবংনৈ
মঙ ও হৈরেম নিংথৌগী ইকায় মায়থোং উবদা
য়াদে বাদি কাংথেকপা মৈতৈ নিংথৌ মমাঙদা
হৈরেম খুনজান নিংথৌদো লোইপোং কানি বাশক্লে
হৈরেম নিংথৌ থাদক্লে হনখ খুনজান মলমদ.
পোইরে মৈতৈ নিংথৌরেল লোইনাই থবান থাবনা
নিংথৌ থৌয়াং মথৌমল হৈরেম খুনজান লোইচনবা
পোইরৈ চাদোন শুদোম্মা নীংশিং খুদম ওইনবা
মৈতৈ খোঙমী লানমীনা ফিগাউ থম্মঃ হেক্লকপা
তউজং হৈরাং অমুনবা মৈতৈ খুমন অনিগী
অকল অথৌ ময়ামদো তাউজিং হৈরাং য়েম্না
তাউজিং হৈরাং চাখিবা লমলেন কোলোয়ু মিংহোংনৈ
মলম লমলেন লমনুংশি হৈয়েল হায়না মিংথোক্লে
নিংথৌ অনি হরাওরে তাউজিং হৈরাং হৈতংলে।

হৈরাং চাবা লোইরগা নোংয়াই খুমন নিংথৌনা
মৈতৈ নিংথৌ য়েংহনা য়াত্র মপাউ মেক্কই
পোইরৈ নিংথৌ মাকলৌরেন হুয়েল লানবু ভগী
হরাও মুংভাই য়াকাতম মুংভাই বাদী শাখিসি
নোংয়াই মোংবা ইশাইকোল নমোম লাংলেন মন মু
অরা পোম্বা বারীশা তরা লুকেংয় চাখিসি
ননাও লৈরাং অতোনবা মেনস্না মুংয়াং চাউবনা
থরাল হাওথুল মপুংয়াই হুয়েল লানবু চংখিবা
খুমন লানমী পুহনা বাইরা মতেং পাংলুগে
ননাও মেনস্না পুরগা খোঙলৈ থুনা হল্লকাক
য়াবা পুকমেন পাওমেম্না খুমন নিংথৌ পুনশিবা
হিয়াং হিরেন তোংদুনা থরাল হওথুল পাংথাগ্ন।
হাওরৈ থানা পাংবলম লমলেন থরান মপুংয়াই
পোইরৈ নিংথৌ মনাওতোল মেনস্না মুংয়াং চাউবনা
হুয়েল লান্দা খোরবা তাইদন আমে হুক্কাগা
থরাল হাওথুল মপুংয়াই কুন্নাক পনদাই লাক্কা
শাইবু মৈতাল পাকংক্না হুয়েল পম্মেং লান্দাখি।
থাঙহাই নোংথাং কুপলিবা খৌনা কবা তাইদননি
তিমেন তাবু খৌশাবা তাহল চুমবা হুক্কানি
পাঙ্গল খৌনা বাংতবা শরেল নোংশা পান্দম্না
পোইরৈ নিংথৌ মনাওতোল মেনস্না মুংয়াং চাউবনি
লাম্বোং থঙনা খোংনবা মৈতৈ খোংথৌ লানমীনি

লোইবী থরান হুংওয়াম্নদো মায়ুক য়াবা ঙম্দনা
চেনলে শমজি খাইত্থনা হুয়েন লানগী লানফমদা
ফায়ে থরান খুনাকপা তাইদন অামে কুজানা
মখুং অনি তুংবুনবৈ কংলি নিংখৌ মনাঙদা
পুয়ে থরান খুল্লাকপা তলা পামেল উজাউদা
হাওবা মমায় ঙাঙখরে ইকায় শেঙ্গোয় শকওলে
লাকলে মতম অসিদা খুমন নিংথৌ পুনশিবা
হিয়াং হিরেন তোংহনা খোঙমী লানমী লোয়ননা
পীরে খুমন নিংথৌদা থরান হাওবা খুল্লাকপা
হাওবা পুক্লিং মুংশিনা লোইপোং কানি বাশক্লে
হাওবা বাশক তাবদা মখুং পুনবা থাদোক্লে
পায়মা খোয়রাং খোইশাউনা চংখি হাওবা লক্কা।
চংনা চংনা লম্বীদা থলি হাওবা পুকনিংদা
চহী কুমজা ওন্নকপা কারোই লোইপোং মৈতৈদা
য়েংগে মৈতৈ মখোনা লমন থুমাগ নিংথরে
মৈতৈ নিংথৌ মনাওতোন মেংস্না মুংয়াং চাউবব
তাংজ নুরেন ককুনা য়াইবী থবায় লৌরগা
থেংকে পামেল উতোন্দা কৌগে কোয়ৌ মৈশাদা
পাখং শামু হকচাংনা লোইবী নুথা থানগে
ওমদ মতাং খোক্লপা হাওবা য়াইবী থাদোককে
থাঙলেন ময়া চিকুনা শরি পন্দোল লোমথরে।
খুমন নিংথৌ পুনশিবা পায়মা মৌ চাউবনা:

মৈতৈ নিংথৌ হাংনবা লোনন' শিনবা লানওংদা
নিংথৌ মনাও য়াওরগা হাংপা ভমলোই খনহুনা
মেনস্ম চিংন য়েংলগা য়াবা মপাউ মেল্লকই
পোহরৈ নিংথৌ মন'ও:ভাল মেনস্মা হমুং চ উবঙ
হৈরেম খুনজান মায়াথরে মৈতৈ নিংথৌ মখুংঙা
চহী কুনজ। খুদংগী .লাইপোং ক নি বাশকলে
পোহরৈ নিংথৌ মাকলৌরেম খোঙমী লানমী পুরগা।
বাইরা তননা হনখরে পে হরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা
লোইবী থরাল হাওয়ামগ হুয়েল লানবু থেংনবা
অবা হুহজোং লাংখবা নোংয়াই খুনন লৈবাক্তা।
নমোম লাংলেন মনাক্তা অবা পোখা বারীশা
তরা চানিন থক'মননা ভাস অহীং লেক্লগা
হয়েং ইমুং ভানবদা হনখো মৈতৈ লৈবাক্তা।
পুকনিং বাদি খুপচাননা হুংশি মতৌ উংশিনন
খুনন নিংথৌ মপ উদে। খভবা ভনদে মেনস্মাদি
বাইরা তননা হনানিলে .পাইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা
খুনন নিংথৌ য়েংহুনা য়াবা মপাউ মেল্লকই
হুয়েল লানগী লানকমদা অশোক অনা নংলবা
মৈতৈ খোঙমী লানমীসে মোংবা ময়ুম য়োনিংলে
মতম চাবা য়েংলগা লাক্লকে খুমন লৈবাক্তা
লৈগে ইমোম মকাদা নিংথৌ পুকনিং বারৌগু
চিঙ্গোয় য়াবা পাউমেননা পাঙোম তিংনা লেঙ্গোম্না

"পোইরৈ নিংথৌ মৈদিংঙু পম্মৌ ইপা ইবুঙো
হৈরেম খুনজান লৈবাক্তা হুংকল লানবু লান্দাবা
য়েক্তা মায়োক য়াবদা অবা চুইজোং লাংথবা
নোংয়াই মোংবা ইশাইকোল লাবথো পাম্মৌ পোশপ্পা
নাক্কল মোংশোং অশোঙবা য়াওরৌ শায়াম লোংকায়
য়াংদৌ লমদাং য়েংলগা পম্মৌ খোঙকাপ ওইথবু
তুরেল লাইজ ঈচেলসু অরু অথেন নাইবনি
হিলম য়েংনা হোনবিয়ু হিদেল খঙনা থাবিয়ু"
মুরা মখুৎ খৎতোক্তা থুলাম তোয়না কৌরক্তে।
মনোম মীকৌ ভাবনে শামু খুৎখৎ উবনে
বাখল লৌশিং চউরবা মিংলৈ নাইরৈ খঙলবা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌদো পায়মা হুংদা চিংনরে
মপু খোঙনেং হিরেলদো হিমায় লৈরো থৌদারে
নিংথৌ য়াথং কংবদা হিরেল হিমায় ওন্দুনা
তুরেল তুথুল তুংইমা পোইরৈ পাংনা হোল্লক্তে
খুমন মায়কৈ পাংলম্বা মৈতৈ হিয়াং হিরেলনা
তননা হিমায় ওনহনা হিরেন হোনবা উবুদা
মৈতৈ নিংথৌ ক্লাংনবা কোনক্তা থুপনা ক্লোংলিবা
নোংয়াই খুনক অথৌবা কাকপা লিতোল পাক্লদো
নাকল থাঙল্লেন শৎতুনা খুমন লানুমী অঙামগা
হিয়াং হিরেন তোংহনা মৈতৈ লিক্লা-ওয়াক্লক্লে
হি হোন্নবদা খুৎলোইবা খুমন লানমী অহাংদো

মৈতৈ ফিকম থংতুনা হুয়েল লানবু লান্দারে
তুমবা লৈগে মৈতৈগী ঈশিংগী লান থেংনরে
থাংচেন পুংজা অমরোম খুমন মৈতৈ লানমীদো
শাংমা মায়োক যংতুনা য়াইবী থবায় থানরে
কাংবপা লিতোল পাংনা ফিয়াং কবুই ওমবগী
ফিনাউ পাখনা য়ানবতু মৈতৈ লানমী লুচিংবা
তাখিরা য়েকলাংবনা থংতো পায়রবা নৌরেমা
হিয়াং ফিগী হিবানতু পাংতল শদল কইয়ুগা
কাকপা লিতোল পাখংগী তাংজ লুরেন ককথংলে
কাকপা য়াইবী মংভবদা খংমন লানমী ময়ামদো
শমাজ থাইনা চেনথরে খংমন লান্দা মায়থিরে।
নিংথৌ য়াখং ফুংইননা মৈতৈ অকল অথৌনা
হিয়াং হিরেন হিনাউদা কাকপা লিতোল পাখংগী
তাংজ লুরেন হাপচিল্লে শমলাং ফিশি থাদোক্লে
চোইনা তাবা শল্লাংদা চিংলে লাইজ ঈপাক্তা
হুয়েল লানলাউ লাউদুনা লানবু ওমলে উৎতুনা
তুরেল তুখুল তুংইন্না মৈতৈ হিয়াং হোল্লক্লে।
হুয়েল লানলাউ তাবদা খুমন মীয়াম থোরক্লে
কাকপা লিতোল পাখংগী তাংজ লুরেন উবদা
তুরেল কাওপ লেপলিবা খুমন মীয়াম কপনরে
কংকপা মাবু থাগৎনৈ শোননৈ মতিক মথৌনা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা নোংয়াইখং খংমন নিংথৌবু

লান্দা 'শুরস্মি থগুলআ কাউজ টংলাং থিরনবা'
নৈচৈং লিথোন চেংবা জানবা হিযাং হিনাউদা
কাকপা লিক্তোন পান্থী ল্যাবন শাবা চাপখিবা
পোইগৈ চাদোন শুদো'মা ঙসি কাওবা থগুনরি
নৈচৈ চপ ইকেন্মা নৈন চংখৈ থামবীন'
মপা নৈচৈ নিংথৌবু মাইবী শরুয় কনমবা
চিননা লাকউ কৌমগা গুবা শুংপু থংতোকপা
চিনগা থুংকা ইডনকা চংখৈ থাংগী মীকৌম
হায়রৈ মীপুম থুদিন' থগৈন হৌজিক কাওশু।
হিয়াং হিগী হিনউদা ককপা মকোক হাকপুম
জামনা হিয়াং হিকুদা শগাই মকোক হাঙগী
নৈরি থৌদোক থাবীস্তু মতুক শইনা পামনৈ
লুবাং গুপ্পী পুনশিবা লুবা' মিংথৌ ওইতৌদা।
নিংথৌ থাগী মথাম্বা কুলাং শিবা পুজাংশোই
অহল মমম ওইশিনক মংনং য়েকই উরকা
মনা য়েকই তাখিরক লোপাও গুবা কোয়ুমি
নোংমা কোয়ৌ কুশিংতা থংহু শংঙাই পায়রবা
পৈয় শিরি গুজাংশোই রেমপাক শাগে ননুবা
শংঙাই কুনম য়োদবা উজং পৈয়া শিরক
শংঙাই থৌদে চৈবিরে তালোয় লাইরৌ যেকৈবা
শংঙাই মরা থৌবনি থুমুক্ত মোমহু তালোয়বা
য়োই থৌদে শুনরে কুরে পয়া পঙলবা

হৈত্রে মনাও খংনবা তারে লুবাং পাখংশিং
শংভাই মনম থোদনা করম পৈয় শিবনা
নয়। পালশি কাওবগা নোকনৈ করেম কথাইনা
লৈকায় মীনোক তবদা ইকায় শেঙ্গাই শকওংদ
শাউরে লুবাং পুতংশাই চংথি ময়ুম থাদুনা
লৈথি নাক মাংশোংদা চিংগু লাইবু মীংদুনা।
পাংর শেংবা মীভাং লাকলে পালেম মমাগা
ময়ুম চংস হায়বরে য়াদে ইকায চংলাবাই
চিঙু লাইবু নীংজনা পুনসি লোমনি হায়রক্রে
করা চাদ থক্কুন হঞ্জং মীশেল থাঙজুনা
লাইনা পরে চেংশনা লোইদাম থানা শিংপ্রউ
নমু মীশক থাজুনা য়াওরৌ শঙাই ওনথারে
য়াওরৌ শঙাই উবদা কপলে মন মচানে
তমলে লুবাং ভুক্কদা লাকলে ময়াম্বা নাক্তা
মাখাড় কোননা কপতুনা চংসি চায়ক্তে য়াদারে
লৈথি য়াওরৌ শঙাইত্তু উমং বামং কেংহুনা।
ইডা কুমবু তুমরমলে ইভেল কুমবু তুমথায়রে
ঈপাল থাবু লাক্কুনা লুবাংলি তুরেল ঈংহৌরে
তোরবান পানা চেনুজুনা খুমলে য়ুমক্লক লুবাংশী
অশি অনা থোক্কুনা লুবাং মীয়াম বানরে
লুবাং নিংথৌ পুনশিবা ঈপাক য়েংবা থোরক্রে
লাইজ ঈরেল ঈপাক্তা ভৌবা উচি লাবনা

উচি অমোম লোয়ননা শিংনাং তাংদা কোল্লগা
মখোঙ খোংনা ঈরানবা উরে লুবাং গুরুনা
ঙৌবা উচি কৌশিল্লে হুংলে হি-নি পাউখুমলে
লৌশিং চাউবা নিংথৌদা হির শাগে খল্লক্র
লুবাং মীয়াম কৌরগা উনিংথৌ য়াল্ল খৌদরে
নোংলাং খোঙ্গী মপারি খোউরেন নহা শাকবা
পাথং মরুপ মপাংনা পন্থৌ কোলোয় হুংবদা
পান্থৌ কোলোয় খঙদবা প'উখুম পীবা ঙমদরে
ইকায় শেঙ্গোয় শকওল্লা হুংজে পলেম মমাদা
তাক্কু পলেম ওইবীনা পান্থৌ কোলোয় অশেঙবা
পায়মা খোয়রাং খোইশাউরে খোইরেন নহা শাকবা
অহীং তাংলৌ অথেঙবা পলেম মমা খঙহন্দা
ইঙেল চীংদা কাহুনা তলা পামেল উখোংদা
পামেল উজাউ ওননবা চিংঙ্গ লাইবু নীংখরে।
পলেম মমা অপোকপী লাকই মচাপী নাক্তা
ময়ুম চংসি থেমববু য়াদে খোইরেন শাকবা
লাইবক চাউবী পলেমদো কপ্পা কপ্পা হনখরে
লোইদাম থাবুম চুপনা চিংঙ্গ লাইনীং চেৎপনা
ইঙেল চীংগী চীংমায়দা তলা পামৈল নাচুম্বা
ওয়ে পামেল উনিংথৌ খোইরেন নহা শাকবা
পলেম মমা লাক্কনা পামেল কোম্না কপচখি।
লুবাং গুরু ময়াথং লুবাং অকল অথৌনা

ইভেল চীংদা কারগা ভলা পাংমেল উনিংথো
মরু য়াওনা ফুরুগা লেংদা থোংনা পুরকলে
নুংবান বাংমিথু খুংহৈবা লৈবাং রাংনমস্থ শিঙহৈবা
খুংতা খুৎলায় পায়রগা উজাও মনুং হুংলাক্লে
থাকয়ৈ হিবু শারগা কৎলে লৈবাং গুরুদা
থাদৈ লাইজ ঈপাকুা তাউরে শিংবাং খিক্লোইগুম
নিংথো পুকনিং হরাওরে মনাই মশল কৌথোকলে
লৈবাং পিবা অহননা হাননা হিবু তোংহনগে
পায়মা নুংদা থনহুনা লৈবাং পিবা শভাইগী
যাওরো শভাই মকোক্লু হিগী হিরুদা হাপলগা
লৈবাং মীয়াম তোংহুনা ঈপাক খঙ্গা হিংহাল্লে
কোয়ো সুমিৎ হুদগী নিংথৌনা তোংবা হিদা
শভাই মকোক হাপহুনা নীংশিং খুদম থম্মখি।

## নিপালগুবা মতাং
## কায়নবা

পায়মা লৌশিং চাউরবী মৈতৈ চন্দ্র ইবেম্মা
লৈমা চীংখৈ থাম্বীমা মপা নিংথৌ কনখিবা
নোংয়াই খুমন অথোবা ককপা লিতোল পাম্বব
য়াইবী থবায় লৌরগা তাংজ লৈয়েল পুখিবা।

হুয়েল লানওং তাবদা খুমন নিংথৌ পুনশিবা
অপাও খাম্বী ওমচাকনৈ ইকায মায়থোং লুক্কনৈ
মৈতৈ নিংথৌ হাংনবা মমোম লনন খুমনবা
শিনবা খুজিস থৌরাংদি ওইরে খুমন মাংডনবা
তাংলায বাবক ডমদবা থেংকলে লৈবাক মীমাঙদা
ফম্বা ডমদে কংলাদা অডম অংথৌ মমাঙদা
তাংলায কাদা থোকপরে মমোম মাপী খমবান
নিংথৌ লৈফম খংদাব চাবা থকপা চঙদব
মৈতৈ চম্ব মপাউদা লৈবাক বারী ওইনরে ।
অডম অংথৌ মইশেনা লেননা থুপনা ডাংডনবা
মমোম মানা লাবববা তাংলম্ব মানা দুবরা
মনীং মখা তমমল্লি ছাইনা ছুমমা পামমল্লি
তাংলোয় বায়ক ওমদব খুমন নিংথৌ মরালনি
অনি তিরে ভাঙনরে অহুম শুরে শোননরে
সিংবা ডমদে মীচিন্দো মপু নাকোং য়োথরে
মপাল থোকপা ডমদরে খুমন নিংথৌ পুনশিবা
ইকায় তাংজ মায়রক্লা বাঁথল পোংলুন পুরক্লে
তরেং তরা খংক্লে লংলা লংজিন ফংদরে ।
শাবি খংলেম" নিংথৌনা অখা মায়থোং লুক্কা
তুমবা চাখা চঙদবা উরে চৌংখৈ খাম্বীনা
নিংদৌল চোংলে কিবনা মক্কা খলোয়। অনিক্লে
মপু খুয়া খাহুদা লায়বক শিরিফং হলৎকে

পায়না সুংদা থন্দনা মকোক নোননা চঙলকই।
মুরা চেংলৌ উমদা খুনন নিংথৌ পুনশিবা
অশাউ থাম্বী লৈশালাং মুরা মাবু চৈরক্রে
পাময়ম উদা কায়দোংবা শুম্না উরাং চাংহৎপা
থুম্মায় ঙৌনী থুনজানা থুময়েন মরা মাঙহনবা
মরোই ভাউর মহুইনা মপু থঙনা চিকপগুম
নউগী খুজিল থোরাংনা খুনন লান্দা মায়থিরে
অমম অমৌ পুনমক অশাউ থাম্বী মৈরায়রে
লানচৎ শাজং চুমদবী উনবী পুকনিং লমফাংবী
লৈলৈ চন্থ লমকেৎপী চংগ্রো লৈলৈ লৈবাক্তা
নপাম যুমদা কুমজুনা ননী অমনা লৈক্লরো
নশক অতু য়েংনিংদে য়াবা নপাউ তানিংদে
থংলেন নিংথৌ মহাক্কী অশাউ য়াবা তাবদা
মামম লাইবক চাউরবী চংথৈ থাম্বী হৈরেম্মা
নায়থোং লৈদা লুক্কনা পাময়ম উগুম লেপথরে
অরা থাম্বী মৈশালাং কায়না মেনা ওমচাক্লা
থম্মোয় ভনিক ভনিক্রে চুমনা লেপপা উমদরে
মুরা মিৎলু নাপোমদা পিগী দৈথক হৌরক্রে
চরৈ নমথং ফিজিনা ময়থোং পিরাং তৈথোক্লা
মুরা হিকনা কপতুনা সুংশি য়াম্না পাউমেনজে
শাবি থংলেন ইনিংথৌ মীচা পোক্তি লোয়ুম্বা
ননাও লাইবক চাউনীগী অশোয় কোক্সায় ভাকপিয়ু

লোইদাম থাশিং য়ামদ্রিবা নাউরবা শীংদা চিংবা
খোমলাং মায়োক-নরিবা পারি লৈংফাল ঙন্দগা
মুংশি কায়না শেৎনবা ঙমলোই মমা ঙইবীনা
পারি চেংলৌ উদনা করম লৈবা ঙমগনি
মপু য়াথং কোক্তাথোং প্যারি নমদা পোরগা
পোইরৈ ইপাম লমদমদা মুরা খোংকাপ তমজগে
শাবি মখোঙ কোন্দুনা মোমমু হিকনা কপচখি।
মুরা মপাউ তাবদা খুমন নিংথৌ পুনশিবা
অশাউ থাম্বী মৈহেয়ে মখোঙ কোনবা কাওথোক্কে
মৈতৈ চমু লমহেনবী পায়মা পুকচেল ফৎবী
পোইরৈ নপাম খোংদরো নত্থ য়ুমদা মুমজরো
মপু য়াথং কংবদা লাইবক চাউবী ইবেম্মা
ইকায় মুংশি য়াননা পামেল উগুম লেপখরে।
লোয়শঙ মচা থাজুনা কৌরে খুমন কম্লাইবা
খুমন লৈমা লমকেৎপী তমফা চৌংথৈ থাম্বীবু
পোইরৈ নিংথৌ মগাইনা মুজা মাবু থিল্লচো
সনা য়াথং পীরগা লাঙ্গোই শগোল ভোংজুনা
মনাই মশল লোয়ননা চেৎথি য়াওরৌ শাদনবা।
শাবি মপাউ তাবদা লাইবক চাউবী মুজাদো
কায়না মৈশা লাংবনা থম্মোয় রায়না চাক্লক্লে
কবো চাংশোই ঈরাওথোল থিঙ্গেল লাইজ ঈনমথায়
নোংথোং ফুইবা নোংগুমা খিংবা ঙসদে পিয়াংদো

পারি নাউবা মুংশিবা কৈকোল ঙম্বা চিংনায়ং
খজাই লেংঙন চুপত্নুনা থাদা চেংনা কোল্লগা
নোং খোংবগুম কপলক্লে পলেম লাইবক চাউবীদো।
কপনা লেপনা লৈতরে মচা কোনবা থাদরে
থাংলেন মঙম থায়রক্লে কোয়ৌ কোকতোন কোমলক্লে
নিংথৌ মনাই অঙম্বা লৈমা নাক্লা চঙলকলে
পোইরে লমদম তাম্বনি মঙম ওইরে হঙ্গৎচৈ
লাইবক চাউবী ইবেম্মা থম্মোয় মৈচাক থাঙমদ
পারি মায়থোং চিংনায়ং য়াবা মপাউ মেল্লকই
পারি নাউবা চাউদ্রিবা তাইবং মীরোল শুদ্রিবা
ইমা পুকমেন পাওমেনগে তারো পায়মা থোয়জংনা
চিংঙ্ নোংদম থীবনা পাঙ্গল শরেপ ফাদ্রিউ
পলেম ননা কান্নবা অন্না মৈচাক ফংলনি
পারি নউবা মুংশিবা পলেম কৈরা তাজিনথক
ভরা থোল্লাং ইনাগকো নবুক থম্না থকাহৌরা
উনবি চফম ওইরগা পারি পাঙ্গল হাপকনি
শামা পাজল চাউরগা পাথং শরেপ ফারগা
হৈনা ইতুং ইল্লককে পায়মা মুংদা থনগনু
পম্থৌ মরুম থুপ্পনা পারি ইবুঙো লৈয়কো
মুংশি য়াম্বা পাওমেন্না পারি কোম্না কপলক্লে।
মনাই মুবী লোয়নবী মুরা চিংনা য়েংলগা
থোয়নৌ কৌগে ঙসিদি থোয়নৌ ইতা চান্নবী

ইতা নঙগী নফমদা পারি নাউবা শিন্নগে
অঙাং নাউবা ওইরিবা খোইঙাক্তা থাগী নচাগুম
পারি লুনা ভৌবিয়ু পালেম শক্কা কোনবায়ু
সনা হৈরু ওইরবা লাইবক থিবা ইচান
পারি হননা য়েংবদা লৈতে মচিল মনাওস্থু
হিক্না হিকনা কপ্পুনা য়াবা পুকমেন পাঙমেনবনৈ।
লৈনা মপাউ ভাবদা মনাই নুবী লোয়নবী
থম্মোয় পুবা ভনদাবোই নুরা হৈরু কপ্তুনা
ঐবু লোইবী চাননবী থুমন লৈমা ইবেম্মা
পোইরৈ নপাম লমদমদা লৈমা নঙনা চংব্রগা
পারি নাউবা চাউদ্রিবা নুংশি লৈকোল ঙশ্বাস
ইবুক থোক্কী পারিগুম লুনা চাননা য়োকচগে
পারি নত্তে মীরাইবা পুকানং রাথল লোংলকপা
লৈমা হাংপা শকচগে খোয়ুম চৈথং ফংজগে
লৈমা মখোঙ কোন্দুনা নোং খোংবগুম কপলকলে।
ননাই মতৌ উবদা অরা মৈচাক শুংদাকুম
লৌশিং চাউবী লৈমনা মমাই তেংনা কোল্লগা
খোয়নৌ ইতা চাননবী নঙগী বাবা উরগা
ঐনা কল্লম চংকনি পোইরৈ ইপাম লমদমদা
নোক্ক নোক্কা পাঙমেন্না হরাও নুংঙাই কান্ননসি
নুংশি য়াবা পাঙমেন্না পারি লৈকোল ঙশ্বু
মনাই হুবী মফমদা হুরা থুংনা শিন্নরে।

অভাং নাউরা ওইবনা পলেম কায়না খঙদবোই
মমা চিনা য়েংহুনা নাউর মেমেন নোকচবা
পারি মতৌ উবদা ল ইবক চাউবী ইবেম্মা
কপসি কদায় কপঙমদা নোকসি কদায় নোকঙমদা
অমা নৈচাক সুংদাংসুম হুবাও মায়থোং উৎতুনা
মিংলু নাপেম থুমলকপা পিগী ঈচেল থিঙমদা
পারি চেংনৌ সুংশিবা হুম্ম হুম্মা চুপতুনা
খোয়নৌ ইশা ইবেম্মা পারি মবুক চাউবনি
ওরা চবুক লামহুনা নাউরা চফম তিংলকপা
পযমা খোমমি কংহুনা লইজ ঈথৌ লাংলকপা
অরান খৌরাং কোক্লবা তরা খোম্লাং ইনবিয়ু
চবী লানা লাথুপশা তরা খোম্লাং শুমলমগ
য়াবা পুকমন পওমেম্মা তরা খোমলাং লৌরগা
মনাই কুবী মকমদা তরা খোম্লাং শিননরে।
পারি চেংলৌ সুংশিবা মিংফম ক্ষোংদ য়েংলগা
অঙম্বা মাঙ থাহুনা নৈমা খোঙকাপ তমলকলে
খোঙথাং খুরৌ চেনবনা খোঙবু থাংবা য়াদরে।
নৈমা মতুং ইল্লিবা নিংথৌ মনাই অঙম্বা
খুমন চাদি কম্মাইবা খলদি বাথল লুক্কা
নোংয়াই খুমন নিংথৌদা নিঙোল মাবু থাজবৈ
শগোল শামু মাঙদাথা দোলাই লেংজাউ তোংহুনা
কাওরেল মগফং হোইহুনা অউন পোৎয়াম লোয়ননা

হৱাও মোমোন য়াকাইম খুমন তাম্না থিল্লকই
ডাসি কোৱৌ নুমিৎতি পাৱি কাংনা মৈশালাং
অপাম নুংশি শেংনবা কপান কপনা হন্নবোই
পোইরৈ নপাম লমদংদ নংলন পন্থৌ মনাক
অসি ওইরে ভাইবপান খোয়ুম মাগী নোংদমখোল
ৱানি খংনা পানবনি শনি খউনা পোকপান
অমুক ৱাবা নুংঙাইবা নমু থাইনং খোংচংনা
থমনা থককী লাইজনা ঈপাক থক্তা হিনবগুম
ঈপাক থককী কোংগালগুম নমু তাইবং পুনসিনি
ডাস শিনি পাউচেন্দ হয়েং শিনি পাউতাক্তে
পোকপা শিব তাইবংন চংন চংনা খল্লে।
খুমন য়াংদো লমজাউদ। ষণবী ষণাউ কয়ানা
নম কাযনা ষণাউনা হমমা কৌনা চেল্লিবা
চা টদ ষণবীনা হমব কৌনা তেংথাবা
ষণবী ষণাউ কয়াগী অৱ মতৌ উবদা
পাৱি কায়না মৈচাক্ক থম্মোয় ৱায়না চাকতিবী
ভারে লৈমা নাকোংদা পাৱি নাউৱা কমগুম
থাওবা উমদে ইবেম্মা মচা কৌনা চেল্লকলে
লৈমা মতৌ উবদা নিংথৌ মনাই ভংম্বা
ভুব চুংডি কম্নাইবা মিৎলু পিৱাং ঈহৌনৈ
পাৱি পোকপা মপানি নুংশি মৈচক খঙহনি
থামগে খনদে লৈমদো তাইথো হায়ব ভুমদৱে

লাকলে মতুং ইনদুনা খোঙকপ লাউনা, খাঙলগা
লৈশা শঙ্গায় খুংছদা খোমলেন তুমখুল অনৌবা,
নাউরা লৈফোল ওন্বদা পাহমা খোমথি কংছনা
লাইজ ঠাখৌ লাংলাবাই থিরপ থোক্না কপলক্লে
খুমন মনাই গুবীনা ভরা, থামলাং ইনবম
খোমলাং থকউ য়াদরে নাউরা কপপা লেপতরে
শম্মু ননদা পোয়গা নাউরা কপপা থেমহিদৈ
চীংথে থাম্বী ইবেম্মা থোমম্ম লাইবক চাউবীদো
কপনা কপনা চেনকপা শঙ্গায় শুমাং য়ৌরক্লে
লৈশা শঙ্গায় খুংকুমা পারি নাউবা কম্মছু
ওয়ারে পলেম ওইবীদো থম্মোয় পুবা য়াদরে
মাঙ্গোল ভাম্বা কাথংলে মনাই গুবী কৌরক্লে
খোয়নৌ শকপী চাম্ববী শঙ্গায় মাঙ্গোল খোরকউ
পারি নাউবা ইচানা ওরা মবুক লামছুনা
ইমা কৌনা কপপদে থাবা থাঙবা ওমদরে
পারি মবুক অনবা লাইজ খোমাং ইন্নগে
লৈশা নপাম ভাবদা খুমন মনাই গুবীনা
চৈরে লম্লাং থাছনা পারি নাউবা শিররে
লৈশা চৌথুথ থাম্বীনা পারি থাদো কোকপা
শঙ্গায় খুংকা চংথরে ওমলক থক্তা পমজগা
ভুরা খোমলাং ইনবম নাউবা কপলা তোকথরে
পলেম কৈরা থক্কুনা খোমলেন তুমখুন তানথরে।

তেন্না মোমপাক পাবনথক পান্নি মান্নি মাবু শুমলগা
লাইবক চাউবী ইবেম্মা মিৎলু পিরাং ঈয়োইনা
অঙম্বা মাঙ থাহুনা মপাম লমদম পাংথরে।

## মাপলশুবা মতাং
# লমন থুম্বা

পোইরৈ মৈতৈ নিংথোরেল লোইনাই থবান থাবগী
মমোম লাংলেন ইবেম্মা লৈমা চীংথৈ থাম্বীনা
থুমন নিংথৌ কায়নবা মপাম য়ুমদা খোঙদবা
ন্নুরা মাগী মপাউদো লৈবাক শীনবা থুংথরে
কৈথেল অকা অকুমদা লম্বী বান্নী ওইনরে
মমোম মাগী বাথলদা মৈতৈ নিংথৌ বাথরে
থুমন নিংথৌ মফমদা মমোম মংশক তান্নবা
অঙম অথৌ মবাদো নিংথৌ মানা য়াদরে
ঙসি হয়েং হৌথরে লোইদাম থাবুম ফারক্লে
লাংহৈ কুমবু ওল্লক্লে চহী কুমজা ওইন্নক্লে
হৌখি থৌদোক কাওনরে বান্নী শাবা তোক্লরে
লোইবী থন্নান হাওথুলগী থন্নান হাওবা থুন্নাকপা
চয়েল লানমী লানফমদা ইকায় মায়থী ফংখিবা
থাঙলেন ময়া চিকহুনা লোইপোং কায়োই বাশকপা

কুমজা লোইপোৎ কাদরে পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা
শাউরে মৈতৈ নিংথৌদো চহী কুমজা ওনবদা
অডম অথৌ তাননরে লোইপোৎ খোর্মাস হায়নরে
মনাও লৈরাং অতোপ্পা মেনস্না মুংয়াং চাউবনে
তাইদন আমে সুক্তাগা মৈতৈ লানমী ময়ামগা
থারে থরান হাওখুন্দা চহী লোইপোৎ থোনদা
মৈতৈ নিংথৌ মনাওক্তোন মেনসনা মুংয়াং চাউবনা
অদুক য়েন্দা অডনবা শাফি লানফি শেৎলগা
চিয়াং হিরেন তোংহনা থরান হাওখুন পাংলকপা
মৈতৈ লৈবাক তুংওইনৈ হৈরেন খুনজান মাডওইনৈ
লেপ্পা লৈতা লাকপনা হৈরেন খুলজিন য়োরক্লে।
চিংডু লাইগী নোংদমখোল খোয়ুম মাগী থৌশিনব
খডবা ডমদে তাইবংনা ককপা ডমদে কনাস্নু
মেনসনা মুংয়াং চাউবনা মৈতৈ লানমী পুরগা
চিয়াং হিরেল তোংহনা লাকপা মায়কৈ অদোমদা
হৈরেন খুনজান নিংথৌগী মমোম্ন লাংলেন ইবেম্মা
চেংলৌ শকস্নু শকহেনবী লৌমুরোম্ন লাকহী মোম্বী
খোয়নৌ মতা চাননবী হৈরেম চমু ময়ামগা
হুক্লেম পোৱা মাওবাপ্পা লেমলৈ ডাচোপ থেজহনা
লাইজ ঈরেল ঈপাক্তা লেমলৈ ডায়াম কারপ্পী।
লাইবক ক্লবী মতাশিং তুক্তোন থানবা ডাক্তারে
হৈরেম নিংথৌ মমোমলোই লাকহী মোম্বী মক্লাক্তি

হুঙ্গেন য়াইদা তেক্লনা ইন্বু চিংবা য়াদরে
থরায় বারে মুরাদো হুঙ্গেন করম শমগনি
রাখল জৌশিং থোক্লনা কোয়না লৈনা য়েংলকপা
মৈতৈ লানমী লাকপত্থু ট্টারে ইহৈরেম চন্দ্রনা
খললি করম হায়সিগে ইকায় খীবী ওইবনা
পনবা লৈতে হিরেলত্থু মুরা মনাক য়ৌরকলে
তায়বা ওমদে রাফমদো লৈরে ইকায় মায়ককনা
মুরা মতৌ উবদা খোয়নৌ মতা ময়ামদো
নোকসি কদায় নোকওমদ লৈরে মচিল খুমত্থনা
পোইরৈ নিংথৌ মনাওতোন মেনসনা মুংয়াং চাউবনা
রাকয়ৈ হিবু হোনজিল্লি মুরা লৈবা লমদমদা
মুরা মিত্তা মুংশিবী পাখং পুকনিং শুমহৎপী
পাংয়াই কাদা শাৎচবী লময়াই কাদা ভানজবী
শিডেল লৈরাং খম্বালগুম তোরবান থক্তা ফমলিবী
হৈরেম চন্দ্র মহাক্কী মুংশি শক্তম উবদা
পাখং খোইমু লৈপাম্বা লৈহী কাদা মীহোবা
মেনসনা মুংয়াং চাউবদো মিৎকম হোংবা ওমদরে
লুদা চণবা লিনহানা মক্তিক ময়াই চম্বগুম
লান্দা থোবা মেনসনাদো মুংশি লাংদা থুরবোই
পাঙ্গল থোনা মাওখরে রাখল লৌশিং থোক্লরে
মায়থোং লৈদা লুকলিবী ইকায় খীবী মহাকস্তু
ওথক শক্তি মিৎয়েংগুম য়েংজৈ পাখং মত্তোন্দা

মিংচি অনি লিরৌরৈন পায়মা ভুজুং পরৈরৈন
নুংশি মিংয়েং হাইরোকনৈ অপাম পাম্মায় নুংঙোবৈ
য়েংব' পেনবা নাইনাদে নুরা পাখং ভনিদো
পুকনিং বাদি অবোনবা হায়গে খল্লি হুম্নদে
নুরা পাখং অনিনী নুংশি মতৌ উবদা
খোয়নৌ মত্তা অমত্তা নুরা নাক্তা লাক্তারে
লাপনা কুমমৈ য়েংতুনা লৈরে হৈরেম নিঙোলশিং
মেরপনা মুংয়াং চাউবদো লৈরায় তন্না কাখৎলে
নুরা লৈবা লমদমদা পাখং খোংকাপ তমলকলে
হৈরেম চনু য়েংলগা পাখং মপাউ মেল্লকই
"শানৌ ভায়না কৌগেকো নুরা পুকনিং চিংনমু
কোলোয় মিংলেন খংজদে লমদম তামনা লৈবনা
ঙসি কোরৌ নুমিৎতা নিঙোল ওইবী নহাক্না
মায়খোং লৈদা লুক্কুনা রাখল পোৎলুম পুববু
য়ারা নপাউ শেংদিয়ু নুরা নতেং পাংজগে"
ইকায় ইকি তুংওইনা নুরা মপাউ হংলকলে।
পাখং মপাউ তাবদা ইকায় খীবী নিঙোলদো
ঙমদে তুমিন লৈখোকপা থুমগে থরে পুকনিংদা
পাখং চেংলৌ য়েংঙমদা নুরা মায়খোং লুক্কা
"ঙসি কোরৌ নুমিৎতা খোয়নৌ ইতা ময়ামগা
তন্না চাকচা হৈজাননা লেমলৈ ঙায়াম ফাবদি
খোয়ুম নোংদম থীবনা লাইবক চাউবী ঐহাকী

তেকলে হুঙ্গেল খাংতপ্পা ঈলবু চিংবা য়াম্বরে
ন্নিঙোল লৌশিং থেননীনা মুঙ্গা প্যাঙ্গল ওইবীনা
হুঙ্গেল পুন্নফম খঙদরে তেকপা শমবা ঙমদ্রে
তমব ওইবা নখোয়দি পায়ধা লৌশিং চাউবনি
মুরা ইতেং পাংবিয়ু হুঙ্গেল তেকপা শমবিয়ু”
নিঙোল পাউখুম পীরক্লে হকায় ইকি বাংমাল্লানা
শ্যান্নৌ মপাউ তাবদা মেনস্না মুংয়াং চাউবনা
ঈরোল মুংদা কুমথরে হুঙ্গেন পুন্নে পোফমদা
ইলবু থোংজি পানশিল্লে ঈয়াই তমনা থাদরে
পৌরা শৌনা ইলশোল্লে লেমনৈ ঙায়াম লক্লক্লে
লেম্নৈ ঙায়াম উবদা মুরা পুকনিং হুরাওরে
তামনা ন্নায়ে খোনফন্না য়ান্না মপাউ মেল্লকই
মৈতৈ পাখং শকহেনবা পুকচেল চাউবা ইবুঙো
পাখং নঙগী শমনবু লাইবক চাউবী মুঙ্গানা
করম শিংবা ঙমগনি পাখং পুকনিং পেননবা
তাউজিং হৈরুাং নীংথিনা শিড়ল লৈরাং অহেনবা
লৈতে ঙসি পীনিংঙাই পাখং নঙগী নফমদা
হায়ৈজে মুরা ওইবীনা মুংশি মোমোন মীনোক্লা।
মুরা পাখং অনিদো থম্মোয় পেন্নন্না মুংঙাইনৈ
কোলোয় মিংল্লেন তাক্লরে পাচা শল্লাই খঙল্লরে
মৈতৈ নিংথৌ মন্নাওনি হৈরেম্ন ন্নিংথৌ ম্নমোমন্নি
খঙল্লা উবা মান্নৈদো হৈবা শিংবা হেন্ননদে

হংবা মথৈ ভাকনরে হায়নিং বাবু হায়নরে
পায়না মুংগী বাখলদি খংনৈ মায়থোং উরগা
মুংশি পুকনিং লিংঙিস্না লোংগে লৈংগে লেপনরে
শয়েং ইমুং ঙাংনবদা লোইংপোৎ খোবা হন্দকপা
হৈরেন নিংথৌ উনগে মুরা নাক্তা চওলাক্কে
অপাম মুংশি থুংনবা রাশক পান্দাল লোম্নসি
পাখং য়াবা পাওনননৈ হৈরেন চন্দ্র মকমদা।
শাইনোল খদা 'চপবী মুবা লৈংজং ওইরিবী
শিংঙল লৈরাং নাচে মদো নিরে নিংঙোল কাদগী
মুংশি খুদোল পুবনা চংথি মুংয়াং চাউবদো
থরাল হাওখুল পাংখরে হিয়াং হিরেন তোংতনা
মুংশি মৈশা লাংলবী হৈরেম নিংথৌ মমোমদো
পাখং চংথি মায়কৈদা য়েংক্ক মনিং কুপ্তনা
মুরা খম্মায় ইপ্পরেন্ত লেমলৈ কাবা খোয়জদে
'নংগোল মতৌ উবদ' ফাগী হৈবী মতানা
ডাভবা বাঙাং তাবদা নোকই নিংঙোল' ময়ামদো
মুবা ওইবী মহাক্তি ইকায় মায়থোং লুক্কনৈ
কোরৌ শিংখোং বায়রকপা হনথি মযুম 'ময়ুমদা
মেনম্না মুংয়াং চাউবদা' মৈতৈ লাংনমী' পুহনা
লোইংপোৎ খোবা লাকপহু পাউবু তারে খুগ্নকপা
হরাও পুংজাউ থিন্দুনা কৌরে 'মরোই হাওয়ামবু
চিকনা বাদি তাননয়ে' মৈতৈ লম্মন খুমনবা

মৈতৈ নিংথৌ মনাওতোন মেন্দম্মা ম্যুংয়াং চাউবগী
তাংজ লুরেল করুগা তলা পামেল উতোন্দা
থেংকে শরি রাশকপা থাগুলেন ময়া চিকখিব
হৈরেম খুনজান লানকমদো কাওবা য়াদে খুদাকপা
অরোন চুয়েন লানওংদা য়াইবী থরায় লৌনবা
হাওয়াম পুকনিং মায়রে লমন খুংসি লেপনাব
শামা মায়োক য়ানসি থাংপাক চিক্সা রাশাক্র
থরাল চাওবা খুদাকপা লকাল থরান পন্থাদা
অথেন পোংয়াম লোয়নবা নিংথৌ মনাও ওকুবা
চিয়াং হিরেন থাংলপা তোরবান তম্মা কাখংল
মৈতৈ লানমী পুম্বহু থরান পম্বোং পাংলকলে
লোইবী থরান পম্বোংদা মৈতৈ লানমী থুংলরে
থরান হাওবা খুম্নাকপা শয়েং পাকবু তিংতুনা
মেনসনা মাগা লোংগোননৈ মরুপ চাগী পাম্দমগুন
হরাও মোমোন য়াকাতম মুংশি মতৌ উংলরে
থওদে মৈতৈ লানমীদি মরৌ চাওবা লোইবীনি
পুকচেল চাওবা মৈতৈনি উনবী পুক্কং তিংথোক্লে
মৈতৈ লানমী পুমনমক হাওবা য়ুমদা থুংখরে।
শুমাং মতা ফবদা ফকয়াম কোয়না থাহুনা
কমলে মৈতৈ ময়ামদো হকচিক লাংনা পোখারে
তাউজিং হৈরাং অমুনবা থুম্মোম থম্না পুংথোক্লে
হৈরাং পাম্বা মৈতৈনি চারে তাউজিং অহাওবা

ম'না মানা চানিংবা মবুক পেনন' চানরে
ৈহরাং চাবা লোইশিনবগী লাংলে রা'লৈ অথুপা
হৈরা'রইভ য়ুরাংব' মৈতৈ পাউ'রী চুনরে
চাবা থকপা লোইরগা থরান ছাওবা খুলাকপা
মেনসনা চি'না যেতুন' হাওবা মপাউ মেক্লকই
মৈতৈ নিংথৌ মনাওতোন মেংসন' মুংয়াং চাউবাও
খোঙমী লানমী পুক্না থরান খুন্দা লাকপবু
রাইরা শাংখোং করম্না তুয়েন লাংল্লাং লৈবগে?
ছাওবা রাংং ত'বদা মেনসনা মোমে'ন নোক্রুনা
পাঙ্লো মনশা খুল্লাকপা লোইবী থরান ভাকলিবা
লৈতে শাখোং অক্লবা নাত্তে তুয়েন লাংম্বাংসু
মৈতৈ নিংথৌ মফমদা লোইপোৎ কানি বাশকপা
চহী কুমজা ওল্লকলে লোইপোৎ কাবা লাক্তরে
নিংথৌ য়াথং পুক্না লোইপোৎ থোবা লাকপনি।
মেনসনা মপাউ ভাবদা নোকই হ ওবা পুকনিংদা
পায়মা মুংগী অরোনবা থমনি রাফম থুপ্পনা
চিনবান থোংগী বাহৈনা হরাও তরাম খুমলকই।
চহী কুমজা ওরকপা লোইপোৎ মতম ওইরকপা
খললি হাওবা পুকনিংদা লোইপোৎ কাগে মৈতৈদা
হায়েং কাগে থৌরাংই লাকই য়ৈথাই থিনগাইবা
মশেম কাগে মখললি হকচাং ওমদা মতোকই
ভসি হায়েং হৌখিবা লোইদাম থাবুম ফারকই

কুমজা হরাও তয়াম্বা বাংলেন মতম ওইবনা
লোইবী পাখং লৈশাবী পুননা জগোয় শ তুনা
ঙসি অহৌং লোইরনি লোইবী থরান হরাওবা
হয়েং ইমুং ঙানবদা লোইবী হাওয়াম পুরগা
মৈতৈ নিংথৌ খুরুমগে লোইপোৎ কাগে থম্মুনা
লোইপোৎ পোৎয়াম খোমুবা হাওয়াম পাউৰ্ চেনখরে।
বাঙাং হৈবা হওবগী মরৌ চাউবা মপাউদু
থাজে মৈতৈ পুম্নমক হাওগী তাৎনি খড়ংমদে
মুংঙাই বারী শারিবৈ কোরৌ শিংথোং বায়খরে
অঙান শকলেন মাঙখরে ইমুং লৈমা খোরকলে
পামেল শিংজাউ থাদুনা খাম্বী মৈজাও হোৗগৎলে
ঙাললে হাওবা মশুমাঙ থাবল কবা অহৌংগুম
ফিজেৎ লৈতেং শেৎ তুনা পাখং লৈশা' থুংলরে
হরাও পুংজাউ য়ৈদুনা হাওয়ান জগোয় শারক্লে।
থরান হাওবা খুমাকপা মেনস্না মুংয়াং চাউবগা
মৈতৈ লাননী ময়ানগা য়েংঙ হাওগী কুম্মেদো
লোইবা লৈতে হরাওবা ইমুং মমৈ বায়রক্লে
লোইবী পাখং থরদি লোননা চৎখি নারোম্দা
মৈতৈ কনা খঙহন্দা হিয়াং হিরেন থুগায়রে
হিমুং ঈশিং চঙদুনা লুপথি পাইজ ঈরোম্দা
থরান পাখং লৈশাবী ঙাওরে মুগী ময়ায়না
অবা পোথা লৈতনা জগোয় শারি লেপ্পুনা

হাওগী জগোয় য়েংবদা মৈতৈ লানমী পুন্নক
য়েংনা য়েংনা উইনরে ফজনা ফমনা তুন্নরে
মৈতৈ লানমী ময়াম্না তুমথুল তানবা টবদা
হাওয়াম মমিং থংনরে চিংনা থাবু তানলরে
চিংথৌ মনাও হাংনবা লানবা শরৌ শিনলরে
খাম্বী নৈজাও থাব্রিবা লোনবা মৈবু মুংথরে
থাবল ফজুম ডালব্বা মবাল শুক্কা শুবজুম
জগোয় শাবা লেপলরে হাওবং থিনবা চোক্তরে
ভোই লাউবা হেনগংলে হাওয়াম লাংবা হৌরক্লে
মৈতৈ লানমী ময়ামদো মীশক মীমায় উরক্তা
খাথল লৌশিং মাওলক্লে মমিং কৌনা থুম্নরে
মেনসনা ফমবা উনদরে চংফম লম্বী থরক্লে
লোইবী থরান হাওয়াম্না মেনসন মাবু কোয়শিল্লে
ময়া কিবুল নমত্তুনা মথুং জর্ন পুন্দনা
মৈতৈ কনা থাহনদা পুখ লোনবা হাওয়ামনা
অহীং তাংলৌ আথেংবা মেঙ্গা মুয়াং চাউববু
তাংজ লুরেন কক্কনা য়াইবী থরায় লৌরগা
হৈরেম পুংগী পুংমথক খুজ্জান থেনমা থক্কনা
তলা বাংথোই লাচুমনা পামেল উগী উতোন্দা
পাখং তাংজ লুরেনতোন কৈরা থক্কা থেংচিল্লে
শমু হকচাং পোল্লাংনা মালেম লৈরোল চনশিল্লে
থরান শাহোং লানহোংনা লানফা তুইম্ম লোইরগা

থরান হাওবা খুল্লাকপা শরি বাশক থুংহনা
হল্লাও মুংভাই য়াকাতম হাওবা ময়ম পাংথরে।
মেনসনা মুংয়াং চাউবগী য়াইবী থল্লায় ংহনা
চৌংগী খুম্ন খোংজোম্নী ভগী খুম্ন থারিকপী
চৌংম্ন লৈমা তানৌবী লমগী খুম্ন মায়ঙৌবী
পোম্বী চাদি তুনানবী ওয়ে চেকলা লমখুম্ন
শাগল তুফাং য়ৈহনা হৈরেম খুনজান পাংথরে
হৈরেম নিংথৌ মমোমলোই লীনম্নরোল লংকহী মোম্বী
মুরা মাগী কাদোমপোক শনদং থাদা ভোংলগা
চেকলা মিংলু অনিদা তরং লাইজ ঈহৌনা
খোঙ্গেল বাংনা খোংলক্লে চেকলা চাদি মরোম্বা
মুরা ইনেম মচাও খোমলেন মিকপ থোকলোনে
পাথং লাইবক থীবদি য়াইবী থল্লায় মাঙলোদা
মপোক লাংঙন অমদা অপাম ম্নংশি বায়থুংনা
ভাম্ন থঙ্গোং ওইরগা ঈপাক থক্তা শাননসি
লেমলৈ ভাবু ওইরগা ভোরৈ হিদেন হিননসি
চেকলা মানা খোংহনা ম্নংশি য়ারা পাওমেনবা
খোমলেন তুমখুন তানবনা মুরা কৌবা তাদরে
মুরা খোমলেন মঙলাম্বা মেনসনা থল্লায় মঙানা
পাথং শক্তম লৌহনা মুরা নাক্তা লাকলগা
ম্নংশি চেংলৌ চিংনম্নেং য়ারা মপাউ মেলক্লে
"শানৌ থদাল মানবী পাথং মিরেল ওইরিবী

চিংঙু নোংদম থীবনা তাইবং চেংজেন লোইদুনা
অপাম নুংশি রায়খুদা পাখং য়াইনা মাঙলেনে
তৈরেম পুংগী পু ম'থক খুনজান থেনমা থক্লদা
ভলা রাংথোই নাচুনা পামেল উগী উভোন্দা
পাখং তাংজ লুরেনতোন ফৈরা থক্লা য়ানিবা
শানী নঙদি তারিরোই নুংশি নঙদি খঙলিরোই
তাইবং মালং পানসিদা অপাম নুংশি রায়থুংগে
পায়মা নুংদা খললুবা ওইরে শিঙেল অরেম্বা
চায়েং মুক্কী মপোঙ্গা অপাম নুংশি রায়থুংনা
লৈপুল খয়াম শেমনবা চিংঙু লাইবু নীংনসি
লাইনীং পরৈ চেংলগা থোয়ুন নোংদম নোংখাইনি।
কোরৌ লাইজ ঊরিক্লা কোকলেন থক্লা থিক্লকপা
লাইজ থিকনেন কংবদা পাখং তাংজ লুরেনসে
মরা খোংসি লোনদুনা উমু ময়োল চোংলগা
শিঙেল লৈরাং লৈওংতম পামেল থক্লা শাংলকে
কোরৌ মৈশা লাংদুনা মুরা নঙবু ডাইরমগে
নিঙোল ওইবী নহাক্লা লৈরাং মাবু হেক্লগা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌদা শিঙেল লৈশক তাকউকো
মুরা খোমসেন মঙলানচান মুংশি য়াবা পাওমেনবা
খোমলেন মঙলান মঙফাওনা মুরা মিকপ থোরক্লে।
থোংজি নাতৈ কাংদুনা মুথা মপাল থোরক্লে
নুংশি কাংনা মৈতাকনা থামোয় রায়না চাক্লাবাই

মিংলু নাপোম অনিদা পিগী ঈথক হৌরক্লে
হৈরেম পুংদা ওনতুনা মরা হিকনা কপক্লে।
ইনুং লৈমা চঙথরে নোংপোক চীংখৈ লুলক্লে
মৈতৈ লানমী ময়ামদা খোমজেন মিকপ থোক্লরে
নিংথৌ মনাও উনবা লাক্লে ওংবা ময়ুমদা
মেনসনা লাক্লে চায়রক্লে লৌনম চাউরবা খুনকপা
থবায় রারে লানমীশিং মেনসনা থিনা ফংদরে
হিংদন তাননা লাকপদা হিয়াং হিরেন লৈরমদা
হৈরেম নিংথৌ মমোমলোই নুরা মাগী মনাক্তা
হিয়াং হিরেন তোংতুনা মপু মাদি চংখ্রবোই
রাখল মানা লমজিংওই চেলনা চেলনা লাকপনা
মৈতৈ লানমী ময়ামদো হৈরেম খুনজান য়োরক্লে
তাইদন আমে মুজানা হৈরেম নিংথৌ মফমদা
পোইরৈ নিংথৌ মনাওতান মেনসনা মুংয়াং চাউনগী
য়ারা মপাউ হংবদা থওদ লাক্লে খুনলক্লে
ওরাং অহীং অথেংবা থরান ওরাও নুংৈমদা
মাঙফন চাদা মাঙখিরা থোদোক রারী লীবদা
ওকলে হৈরেম নিংথৌদা চিংনৈ উনবী পুক্লিংদা
মংশক তানবা ওইরিনি খল্লি পায়মা গুংহুদা
মেনসনা থিবা ফংলক্তা তাইদন মুজা অথৌবা
হায়ফম তৌফম থওদনা মৈতৈ লানমী পুরগা
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা রায়রা তননা হললক্লে।

## তরাশুবা মতাং
# খোঙ্গুল লিবা

লোইবী থরান হাওখুন্দা লোইপোং থৌবা চংলুবা
ত'ইদন আমে কুজাদা অগা পোংলুম কোকথোনা
মায়থোং লৈদা লুকুনা সনা নাক্তা চঙলকলে
চরৈ ফিবুম ত'নগুন খুয়া থাদা খুক্কমক্কে
হাওবা মাগী মবানয়াই অচৌং তাংলো আথেউবা
মেনসনা মুয়াং চাউরনা মফম থগদ নাওখিবা
হৌখি থোদোক বরাদা মরিক চুম্না চক্সংলে।
মনাও লৈরাং অতাপ্পা মেনসনা মুংয়াং চাউরনা
হায়ফম খিফন থগদবা মাঙখ পাউবু তাবদা
পোইরৈ নিংথৌ মৈদিংঙু লোইনাই থরান থাবদো
অবা থাম্বী মৈচাকনা থাম্মোয় রাইনা চাকলবোই
মিংলু পিরাং শিন্থনা হিকনা হিকনা কপলকলে।
অঙম অথৌ ফমনাইবা চুকমায় তাংবন লোইহাক্তা
অকল অথৌ ময়ামদো অপাও থাম্বী মৈহোৌরে
শয়েং পালবু তিংথুনা লেনন থুমসি হায়নরে
মীয়াম মাকা তুংইন্না অঙম অথৌ থননরে
নিংখৌ কাদা চক্সংলে রাইমা মংশক তানদবা
মনাও খোঙ্গুলে লীনকা নিংখৌ মাথং লীরকলে।

মপু য়াথং ফংবদা খোঙমী লানমী পুম্নমক
মরান য়াইদা হনখরে শাবোং লানবোং শেমখরে
ইন্নুং অত্থু লেল্লগা কোরৌ নোংনা ভানবদা
মৈতৈ খোঙমী লানমীশিং কংলা শামড় পৈররে
অয়ুক য়েনদা অঙনবা লৈচিল খোঙচং য়েংলগা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেন লোইনাই থরান থাবনা
অঙম অথৌ ফমনাইবা খোঙমী লানমী পুরগা
হাওরৈ থানা পাংবলম লোইবী থরান হাওখুন্দা
মনাও খোঙ্গুল লিনবা হুয়েন লানবু লাকপত্থু
নীনী চনবা মুমিৎতা হৈরেম খুনজান য়ৌরক্লে।
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌপী হুয়েল লানবাউ ভাবদা
হৈরেন খুনজান নিংথৌবা মনাই মশল লোয়নবা
হৈরেম খুলগী খুমজিন্দা মৈতৈ নিংথৌ ওকচরে
মৈতৈ নিংথৌ পুশিল্লে অঙম অথৌ ময়ামগা
তাউজিং হৈরাং অমুনবা হৈখল শুনা পুথোক্লে
কৎলে মৈতৈ নিংথৌদা অথেন পোৎয়াম লোয়নবা
মনাও কায়না মৈচাকনা অৱা মৈশা লাংলিবা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল মপু থম্মোয় শোকলবোই
তাওজিং হৈরাং অমত্তা য়াত্তোন তংগে খনদরে
অঙম অথৌ ময়ামদি হৈরাং চানা পেথারে।
থম্মোয় শোকনা বাব্রিবা মপু মায়থোং উবদা
হৈরেম খুনজান নিংথৌবা পুকনিং বাদি অরোনবা

পায়মা মুংদা চিংনবা হৌখি থোক্নোক বারীদো
অরোন অথুপ লৈতনা খুয়া খাদা হঙ্গংলে
থরান হাওবা খুল্লাকপা পায়মা মরৌ চাউবনি
হাওবা মাবু কৌরগা য়াম্বা মপাও হংবিয়ু
বারম খিবিক হঙ্গংনা মপু য়াথং লৌরগা
নিংথৌ মনাই কন্নাইবা হৈরেম খুনজান অথৌবা
থাখি থরান হাওখুনদা খুল্লাকপা মাবু কৌনবা ।
নিংথৌ য়াথং পুত্থনা চংখি হৈরেম কম্নাইবা
থরান হাওখুল য়ৌখরে হাওবা মাবু পুরগা
খুনা য়াওনা হল্লক্লে হৈরেম খুনজান লৈবাক্তা
মৈতৈ নিংথৌ উবদা থরান হাওবা খুল্লাকপা
অকি শকলোন মাঙওইনা লৈখি মায়থোং লুরুক্তা ।
হাওবা মতৌ উবদা লৌশিং চাউবা নিংথৌরেল
লোইনাই থরান থাবনা হাওবা মপাউ হংলকই
থরান হাওবা খুল্লাকপা পুকনিং বাদি থুপুকমু
নওনা খওবা অউবা তমমু ঐগী ইকমদা
হাওবা নরোল চুমলবদি য়াইবী থবায় কনবিগে
লৈতোল অনি লোওলবা তান্‌বা হুইগং থাংহুনা
মুংগাই চেগাই মথক্তা উপনা তারে উপনচি
লোংনা তারে লোংনচিং য়াইবী থবায় লৌগনি ।
থরান হাওবা নখুলদা ইনাও লৈরাং অত্তোমবা
মেনসনা মুংবাং চাউববু লোইপোং থোক থাখিবা

মৈতৈ লানমী হৌবকলে মেনসনা মাদি য়াওরক্কে
থরান হাওবা নয়ুমদা ইনাও মাবু থম্বা
পিরো ঐগী ইথুংতা তারেং মমল হল্লগে
নিংথৌ ঐগী ঈরেমথাক পারি শকপা ইনাওনি।
মপু য়াথং তাবদা থরান হাওবা খুল্লাকপা
তুবু চুংলে কিবনা মপা তনিক তানিকলে
পুকনিং মাদি অারানবা লেননা খুপনা থমখিবা
মেনসনা মুংয়াং চাউবন্থ য়াইবী থবায় লোরগা
প্যামেল ঐগী উতোন্দা তাংজ কুরেন থেংখিবা
হৌথি থোদোম খিবিক্লো মথং শিংনা তমলকলে।
"পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেন খুয়া থাদা হুজংকে
লোক্কিরী থরান ঐখোয়গী ইপা ইপু অপোকপা
হুয়েন লান্দা থোরবা কাওরো শায়াম কাবাশং
য়েকনা মায়োক য়াহনা লানবু তমগে মাশকনৈ
মায়োক য়াবা ভমদ্রনা য়াইবী থবাক্ষ খানাথ
লানবু তমবা থোকসগা য়েকনা মকোক কক্লনা
থেংনৈ প্যামেন উতোন্দা লানবু তমই উংমাথ
পায়োল পুরোল হাক্তকী চংনা থোরম তাকপন্থ
থরান হাওবা ঐহাকন্থ থলনি ইথৌ প্যাংথোকে
হৌমি চহী সুমজাদা হৈরেন থুনজান লানকমদা
নিংথৌ মনাও ইবুঙো মেনসনা মুংয়াং চাওরনা
হুয়েন লাম্বা মায়খিবা হাওবা ঐবু কারগা

কাওরেন মণগী পান্দমগুম পুনখি তলা পান্দা
লোইবী হাওয়াম মনাঙদা ইকায় শেংগায় শকওনবা
হাওবা থম্মায় শেংকখিবা কাউবা ভমদে থোদেংক্রো
চহী তুমজা ওনবা লোইপোং কারোই লেপখিবা
মেনসনা মংযাং চাউবনা লোইপোং থোবা লাকপথোক
তাংজা লুরেন কক্সনা য়াইবী থবায় লৌরগা
কলা পামেল উচান্দা লুরেন থেংকে রাশকখি
শরি বাশক ডাকনদা থাডলেন ময়া চিকচখি।
চহী তুমজা ওনবদা নিংথৌ য়াথং পুহনা
মেনসনা মুংয়াং চাওবনা লোইপোং থোবা লাকপদা
শামং মায়োক য়াহনা লাম্বা পাবা ভমজদে
অরেন হুয়েন লানগুদা মরোই লোইবী হাওয়াম্মা
অগা তংগী অথেংবা মৈতৈ কনা খডহনদ
হচল ভাঙুম লাক্লেয়চল মেনসনা মাবু কারগা
ময়া কিবুল ননহনা পম্বোং লাম্মা পুরগা
তাংজ লুরেন কক্সনা য়াইবী থরায় লৌরগা
তেরেম পুগী পুংমথক খুনজান থেনমা থক্সদা
তৌবা তলা নাচুম্বা পামেল উগী উতোন্দা
তাংজ লুরেন কক্সনা হুয়েন মংশক তাথরে
শমু হকচাং পোলাংনা মালেম লৈরোল চনহনা
থরান শাহোং লনহোংনা লানকা কুম্মে তৌহনা
শরি বাশক ভাকখিবা ইরাল লৈবা হাওবনি
ঐগী য়াইবী লৌরগা ননাও মংশক তানবিয়ু

ইতিক লৈতে ঐহাক্কী মৈতৈ মায়োক য়াজবা
য়াইবী লৌগে ননীংনি য়াইবী কনরে নথানি
নতিক নথৌনা লৈবা পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনি"
নাকল থাডলেন শংতুনা খুয়া খাদা কংলগা
মপু সনা মাঙতুনা যণবু শানা কুনথরে।
হাওবা মপাও ভাবদা পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল
মনাও কায়না মৈচাক্লা থম্মোয় খোলনা চাক্রবোই
মিংলু নাপোম অনিদা পিরাং ঈথক ঈহৌনা
শানৌ লৈরাং অতোম্বা মেনসনা মুংয়াং চাউবাও
চিংড় নোংদম কনবনা লাইবক চাউবা নহাক্তি
থরান হাওয়াম মখুৎতা শানৌ য়াইবী মাঙলবোই
নোংখোং ফুইনা চুরিবা ইঙা ইঙেল নোংলেনগুম
পিগী ঈচেল থিংঙমদা মখোল খোক কপলক্লে।
পারি মমোম পোকলিবা লুংশি মৈচাক খঙলিবা
মৈতৈ লানমী ময়ামন্থু হিকনা তিকনা কপলক্লে
অশাও থাম্বী মৈশাঙ্লাং মিংলু পিরাং কংভুমদ
মৈতৈ অকল অথৌনা শয়েং পালব তিংতুনা
থরান হাওবা খুল্লাকপা য়াইচী থরায় লৌতুনা
মেনস্লা মুংয়াং চাউবগী রাইশ্না অংশক ভাল্লগে
মপু য়াথং পীবিরো খুয়া খাদা হঙংচৈ।
মৈতৈ অকল অথৌগী লমজাউ খোনবা কৈমগুম
অশাউ মৈচাক উবদা মপু রাথল তৌরকলে

মথা পোনবা খুন্নাকপা লোইবু চনবা হাওখুলনি
হাৎকে তুপকে মনীংনি লমন খুমগে মথানি
পুকচেল শেংবা হাওবগী য়াৱা মপাউ তাবদা
পুকচেল চাউবা নিংথৌরেল মংশক তানগে খনদরে
চিংঙ্ নোংদম থীবনা তাইবং চেংজেন লোইহনা
নমু পুনসি থাংঙ্থক মেনসনা য়াইবী মাঙবনি
পায়মা মুংদা খনহনা অশাউ মৈচাক ফারগা
অকল অথৌ ফমনাইবা মৈতৈ লানমী থামহনা
খরাল হাওগা খুন্নাকপা য়াইবী খরায় কনবিথি।
মৈতৈ অকল আথৌবা হৈরেম খুনজান ফমনাইবা
খোঙমী লানমী ময়ামনা নিংথৌ থৌগল তৌরগা
মেনসনা সুংয়াং চাউবগী শমু হকচাং থুপথিবা
হৈরেম পুংগী মায়কৈদা খুনজান থেনমা লমদমদা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল মপু খোঙকাপ তমলক্লে।
ঙসি ঙসি হায়রম্বা হয়েং কোলোয় মিংহোংই
ঙসি হয়েং মহৌথি হংচিৎ মশেল মরাকই
লেপপা লৈতে মতমদি তুরেল লাইজ ঈচেলগুম
উনা উনা মচৎখি থঙনা থঙনা ময়ৌথি
থমবা ঙমদে কনাস্ত মতম মাবু কাহনা
লমতা থাবু শিরগা শজিবু থাবু পাল্লকপা
কুমগী নোংলিক ফংবদা অরি অনৌ শিননবা
উপাল য়াপাল পুম্নক নৌনা য়েল্লিং হল্লকপা

চিংঙ্গু মানা তমখিবা লাক্লে খোয়ুম নোংদমখোল
অতং অথম লৈতবা নোংময়োল লাইক্ল ঈরিক্লা
পাখং তাংজ সুরেনতান কোকপেন থক্লা তাবদা
মালং শউম কংবদা চোইনা তাবা শমলাংচু
পামেল উরাং য়েংচুনা শিঙেল মরা ওইরগা
লৈপাল ওইনা হৌরক্লে পামেল কৈরা থক্লুদা
উমু ময়োল চোংচুনা লৈরাং লৈনা পাক্লে
নাকোং থোংজাও-রেলনা শিঙেল লৈয়োন ওইরগা
ৎিংক্লেং সনা থম্বালনা লৈগী লৈশক লৌচুনা
পামেল কৈরা থক্লুদা শিঙেল লৈশাং তমলাক্লে।
মালং সুংশিং অকনবা খঙোন শউম কংবদা
লৈরাং চরোং চুম্বনা লৈখোক কেননি কিবনা
হাইনা হুমনা খাঙজরি শিঙেল লৈনা মরক্তা
পামেল উগী উতোন্দা কোরৌ মৈশা লাংচুনা
সুংশি রাশক তুইননা সুরা লাকপা ভাইখরে।
হৈরেম চমু ইবেম্মা লীনম্ব্রোল লাকহী মোম্বীগী
সুরা খোমলেন মঙলানচান সুংশি য়াবা পাউমেনবা
কাওবা য়াদে রাকমদো সুরা মাগী থম্মোয়দা
পাখং মাগী মঙংলাং কায়না মৈশা লাংলিবী
মোমঙ লাইবক চাউবীদো নিঙোল মোংবা মরানয়াই
চাবা থকথা চঙদনা রানা মতম লেরকলে।
রকচিং উলেন য়ৈবদা উনা রানা কংলুবা

ফাইরেন থাবু লাকপদা কোরৌ নোংলিক ফংবদা
অরি অনৌ শিন্নবা উপাল বাপাল শংলকপা
লমতা থাবু শিরগা শজিবু থাগী থাজিন
হমনি শুবা থাবানগী অয়ুক য়েন্দা অঙনবা
মরা চেলনা লাকপনা হৈরেম পুংবু য়ৌরক্লে
তলা বাংথোই নাচুম্বা উতোন থক্তা য়েংজবা
শিঙেল লৈরাং চরেংশা পামেল থক্তা শাৎলিবা
লৈরাং লৈশক উবদা মরা ভুবু চুংখরে।
শিঙেল বাংনা শাৎপনে মক্তা পাজল ওইবনে
লৈরাং হেকপা ওমদরে মোমম্ন পুকনিং খোয়রাংলে
মহু খোমবা নহাবু লৈরাং হেকপা নেকচরে
হৈরেম খোমবা নহানা পামেল উজাউ কোন্দুনা
উতোন লোমগে হোৎনবা কাবা ওমদ' কুমলক্লে
লৈরাং করম হেকসিগে মুর বাথল তৌরগা
মহু নিংথৌ চৌংঙাচা খুৎচুম বাঙোন তেলহৈবা
কৌরে মৌপ্না থাহনা নেকলে লৈরাং হেকনবা
মহু নিংথৌ তেলহৈবা লিরুং খুৎতা পাম্বহনা
লিরি থম্মোয় তিংলগা লাকা তেলমৈ লাক্লুনা
লৈরাং তমনা তেজাথোং বাইরা তেলধু তেন্দম্বা
তেলজিন মাপা চুমলবোই শিঙেল চরোং কক্লুনা
পামেল উতোন থক্কগী লৈরাং লয়না তারকপা
থৌহু মুংদা তারগা লৈরাং মবাক চামগনি

শিঙেল লৈরিক শামতুনা লৈকা থেকনি মতাঙুম
চরৈ ঙবোং তিংখোক্লা লালো কিজিন পায়তুনা
মালেম থক্তা তাহনদা খাংঙ্গ থলো লৈওকলে।
পাখং তাংজ লুরেননা ওনবা শিঙেল লৈরাংহু
মরা খুৎনা পায়তুনা শিঙেল চিংনা য়েংলগা
থাদা চেৎনা কোনশিন্নে খোইজি খাগী পারিঙুম
মরা হিকনা কপলক্লে কোরৌ নোংনা খোংবঙুম
খিংবা ঙমদে পিরাংদো চীংনুং লাইজ ঈফুংকুম
ইকায় ইকি তুংওইনা মরা মানা কপচিনৈ
পোইরৈ নিংথৌ থুংলারে হৈরেম খুনজান নিংথৌগা
মৈতৈ খোঙমী লানমীনে হৈরেম খুনজান মীয়ামনে
চোননা তিন্নে মকমদো মীনা কিঙৌ কোথন্নে
হৈরেম পুংগী পুংমথক খুনজান খেনমা থক্তুনা
মোমনু মুজা ওইবীনা শিঙেল লৈরাং কোন্দুনা
লময়াই কাইগী লোয়ুম্বা থংলেন কায়না মৈচাক্লা
চীংনুং লাইজ ঈফুংথোক খিজেল লাইজ ঈনমথাই
মরা কপ্পা উরগা নিংথৌ অনি ঙকথন্নে
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল লোইনাই থবান থাবনা
মরা মাবু চিন্নোয়েং য়াবা মপাঙ্গ হংলকই
মরা চেংলৌ শকহেনবী মোমনু মুজা ওইরিবী
পালেম কায়না মৈচাক্লা পঙ্গৌ শেংনা কপপরা
শাবি থংলেন লোয়ুম্বা অপাম কুশি চৈনাক্লা ;

পাম্বি নাউরা মুংশিবা কায়না মৈশা লাংথরা
চিংনা পয়ে লৈতনা পায়মা য়াবা শেংদোকউ
খুংলাম তোয়না চংলকপা পাউথুম পীদে হুরনা।
হৈরেন খুনজান নিংথৌনা মমোম চেংলৌ চিংনয়েং
ইমোম লাংকেন ইবেম্মা য়াম্বা নপাউ শেংঙুবে
কাংলেন মাতৌ উবদা ইপা ভকপা থেংথরে
পোইরে মৈতৈ নিংথৌরেল লোইনাই থবাম থাবনা
মনাও লৈরাং আংগোম্বা মেনসনা মুংয়াং চাউবব
লোইবী থরান হাওখুন্দা কোইপোং থৌবা থাখিবা
থরান হাওয়াম মখুংতা পাথং য়াইবী মাঙখিবা
পাথং থোঙুল লিরকপা মনাও লৈফম থিরকপা
ইমোম নওনা থঙজবা করি য়াবা লৈবগে
চিংনা পরে লৈতনা মপু কাদা পাওদমজো।
পম্বৌ ম্লাথং কংবদা হৈরেম চন্দ্র ইবেম্মা
মুরা চরে নমথাংনা কোকলেন থক্তা ফুপলগা
মপু খুয়া থাহুদা হিকনা হিকনা কপতুনা
মুরা থোমলেন মঙলানচান পাথং মামা পাওমেনবা
পাথং তাংজ লুরেনা উতোন থক্তা থেংতুনা
চিংঙু থোরুম নোংদমনা শিঙেল লৈরাং ওনখিবা
হৌখি থৌদোক বারীহু মথং শিংবা লিহুনা
মৈতৈ নিংথৌ মকমদা শিঙেল লৈরাং কংচরে।
মুরা মপাউ তাবমে লৈরাং লৈশক উবনে

নিংথৌ পাঞমা মুংঙল্লে মপু পুকনিং খোয়রাংলে
লৈরাং মাবু পায়রগা শিঙেল লৈশক চিংনয়েং
মিৎলু নাপোম অনিদা পিশী ঈথক হৌরকলে।
লৈরাং লৈখোক য়েংবদা খুবোম তোংশা মানবলৈ
শিঙেল লৈনা তাবনা তাঙবা হুইনৈ মানবলৈ
লৈরাং লৈচু উরগা সনা অহিংবা মানবলৈ
শিঙেল লৈওল মুংহুনা নাকোং থোঙজাউ মানবলৈ
লৈরাং লৈশক হেনবনা উনবি পুকনিং ওনবলৈ
শিঙেল লৈরাং মিংলেনবু কোলোয় করি কৌবগে
লৈরাং কোলোয় হংবদা খুমবা ঙমদে কনাসু
মায়খোং লৈদা লুক্করে অঙম অথৌ পুন্নমক
হৈরেম খুনজান নিংথৌসু লৈরাং কোলোয় খঙদরে
হৈরেম পুংদা হৌরিবা তলা পামেল বাংথোইবা
পামেল মানা হৌরকপা বাল্লৌ লৌখুন অথুপগা
কুমজা কয়া মমাঙদা থোকখি থৌদোক বাল্লৌদো
মৈতৈ নিংথৌ মকমদা মথং শাৎনা লৌরক্লে।
হৈরেম খুনজান লৈবাক্তা অকল অথৌ পোক্লখি
হুয়েল লান্দা থৌরবা হৈরেম মুংজুম্বা অথৌবঃ
পাঙ্গল থৌনা বাংতবা খুনজান কদাম্বা পাঙনবা
তমব মতুপ হাংদবা কাওরেল মাপা তাম্নবা
লোকমুং লোকমায় চাক্তাবা শল্লগ্রে পুবা শামুঙম
য়াওন্নৌ শায়াম শাফাবা লান্দা থৌবা অনিনা

হৈরেম লমবু মুননরে খুনজান লমথৈ য়েৎনরে
নোংমা কোয়রৌ গুম্বিংকৌ অমুক মেন্দা অংনবা
তম্না চাকঙল চাংগা শাকি লানফি শেৎতুনা
খুংসু তাবু য়েৎনপায় মরোং চুংবু ওক্তহুক
চিংঙ্গু ইপা ইপুরেল লমগা লাইনা খঙসহু
য়াম্রেজন লাচবক য়েংনসি অচুপ অরান খঙনসি
ইলম লমবু সোকনসি য়াইবৌ খরায় থানসি
চিংঙ্গু লাইবু পলেপনা তাক্তিন চিকনা রাশকনৈ।
হৈরেম খুনজান মপুংয়াই লমলেন চুংঙ্গু লৈমনাই
হৈরেন খুনজান পাঙনবা খোনা কবা অনিদো
চাইনা পুংবু খোননদা তিমেন তাবু চায়নরে।
হৈরেম মুংজুবা 'খোবনা খুনজান কদাম্বা য়েংনা
পাখো খুনজান কদাম্বা নঙদা হাননা তাহুন্দু
য়াবা নপাউ মেনজবা য়াদে খুনজান কদাম্বা
হৈরেম নুজাম্বা মায় তাবু হাননা কুনখিদে
হৈরেম খুনজান অথোবা খোনা কবা অনিদো
খুযাক তিয়াই মেননরে তিমেন খংতপ লাক্লরে
চুবু শানা লেপনরে তিমেন তাবু হুননবা
শমু খোঙফম লেঙনদা খবাক লোংনা য়ানরে
হুয়েল লানলাউ লাইরগা খোঙফম মৈদা থিন্দুনা
তিমেন তাবু লংনরে রাংলেন খেনকম অমদা
খবাক মতা ফবদা তানা পানবা ক্লমনদে

খোয়মা লাংদোন শমজুনা শোক্টরেল ফুম্বী তুরগা
মালেম লৈকং থক্লুদা ত্রিমেন তাদি য়ুংখারে
থুংস্থু ত্তিমেন চায়নবা তানা পানবা শুমনদা
হনবা লৈতে অনিদো অশাউ মৈচাক মৈহেননৈ
শয়েং পাম্বোম মুকনরে থবাক লেংঙম ঙানরে
হাও মুকনাদি লেংফাইচল মোংবা তাজিন থুরেচল
পাঙ্গল চাংবু য়েংনরে মুকনা থাবা ঙমনদে
থুংনা ফংনা ফুনরে খোঙনা ফংনা কাওনরে
মশা চোংলে হুমাংনা ঈনা তুংখাং থুমনরে
নিংশা ফুইনা হোম্নরে হনবা লৈতে কুনবা
কোরৌ শিখোং বায়রকলে অবা পোথা লৈতরে।
তরা চাকস্থু চানদা লাইজ ঈশিং থকনদা
ময়ুম ময়ুম হুনবদা অহীং গুংথিল নাইদনা
মালেম লৈকল থক্লুদা চেপনা তারে চেপনানম
লোংনা তারে লোংনানম থরো কাংক্রম ওননরে
হনবা লৈতে অনিদো বাবা পন্দোল লোমনরে
মথুং অনি লেংগোননৈ হকচাং অনি ঙাথনৈ
মালেম লৈদা ফমনরে নিংশা চনিং তানদে
মমিৎ অনি লুকথনৈ হনগে থনদে মবুক্তা
অহীং মমৈ ওইরকপা থঙ্গোল হকচিক লাংলকপা
মমিৎ মমিৎ উইথনৈ মথুং মথুং লেকথনৈ
মশা কোনবা থাদোকনৈ মালেম লৈদা কন্দথনৈ

কোয়ৌ চুপনা লানথেংনা পাঙ্গল ময়েং তারবা
হৈরেম খুনজান অথোবা তমব নুপা। অনিদো
রাখল লৌশিং মাঙলবোই লোংনা ভারে বান্থনা
ঙাংলেন পুংজা খরদং খোমলেন তুমখুল তান্নগুম।
মালেম থক্তা ভাক্কবা হৈরেম খুনজান অথোবা
থোনা ফবা অনিদো কোয়ৌ নোংনা ভানবগা
হুয়েন লানবু থেংনরে চাগে থক থননদে
হনবা লৈতে অনিদো ইমুং মনৈ রায়খরে
নিনি চনবা নুমিংকী অয়ুক য়েন্দা অঙনবা
য়াইবী থরায় থানরে হুয়েন লানগী লানকমদা
থোনা ফবা অনিগী শামু হকচাং পোয়াংহু
হৈরেম খুনজান মীয়ামনা মালেম লৈরোন চনহুনা
হৈরেম পুংদি থোনখরে খুনজান থেনমা থেৎখয়ে
হৈরেম খুনজান শাংহাংলে লানহোং কুমৈ ভৌখরে
হৈরেম পুংগী পুংমথক খুনজান থেনমা থক্তুদা
তলা বাংথোই নাচুম্বা থারে পামেল উনিংথৌ
হৈরেম নুংজুম্বা মিংথোল্লে খুনজান কদাম্বা মিংকৌরে।
হৈরেম খুনজান নিংথোনা লীবা বারী ভাবদা
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল উনবি পুকনিং নুংঙোল্লে
মনাও চেংলৌ শকমানবা শিঙেল লৈরাং চিংনয়েং
নিংথৌ ঐগী ইরেমথাক শানৌ লৈরাং অভোমবা
মেনসনা মুংয়াং চাউবনা কংলা ফম্বাল লাংবগুম

তন্না পামেল উ:ভাম্বা কোম্নৌ নেনৈ লাংজিবা
শিঙেল কোলোয় মিংলেনস্ত মেনৈ হায়না থোংসি
মেনসনা মমিং লৌথুনা লৈসনা হায়না কৌরসি।
হৈরেম 'থৌবা মুংজুম্বা খুনজান কদাম্বা 'নিনা
মলম লমথৈ লমমুনচৈ তিমেন তাবু চায়ননা
য়াইবী খবায় থাখিবা হৈরেম পুংবু থোনখিবা
হৈরেম খুনজান পুংথক্তা হোবা পামেল উনিংথৌ
পামেল উগী উতোম্দা লৈরাং লৈশাং তমখিবা
মুংজুম্বা কদাম্বা 'নিগী কোলোয় মিংলেন লৌথুনা
মুংজুম্বা কদাম্বা লৈ শিঙেল কোলোয় থোংসি
অপাম মুংশি মস্থংলাং মুংশি রাশক তেমশিংনা
মুরা মাগী মকমদা শিঙেল লৈশক তাক্রম্বা
মুংশি মানা লমজিংওই লৈরাং থোঙ্গল লিরকপা
লৈনম পুক্লিং মুংঙোনবা শিঙেল সৈম্মুংশি কৌরসি
মেনৈ লৈসম্রা মুংজুম্বা কদাম্বা লৈ লৈময়ুংশি
শিঙেল লৈগী লৈশকা লৈরাং মিংলেন চুনরে।
পাখং ওইবনা পুরগা য়াংলৌ লমজাউ ঙাম্নলৈ
নিঙোল ওইবী' থেংলগা শাইনোল মতেং পাংনলৈ
মৌয়াং খাংনা চিল্লগা শনজি পকনা হেনবলৈ
লৈরাং লৈশক উবনে শিঙেল কোলোয় তাবনে
লৈবাক মীয়াম হরাওরে উনবি পুকনিং পেম্নরে।
হৈরেম পুংগী পুংথক্তা মালেম লৈরোন চনম্রবা

মেনম্বা মুংয়াং চাউবগী শমু হুকচাং ফুকতোক্লে
দোলাই থক্তা হাপকৎলে চয়ে কিঙৌ কুপশিল্লে।
হৈরেম খুনজাম নিংথৌবা অগুম অথৌ পুম্নমক
পামেল উপী পান্দমগুম চপ লেপতুনা লৈখরে
হৈরেম চপু ইবেম্মা মোমসু লাইবক চাউবীদো
খম্নম্বয় মুংগী মৈচাক্তি মুরা থাঙবা গুমলক্না
পিগী ঈরা তৌরক্লে মিৎলু নাপোম থুমখরে
পাখং লৈবা মায়কৈদা য়েংজে নমিৎ কুপতনা
মিংকী পিনা খিংখরে য়েংনা য়েংনা উদরে
মুরা হিকনা কপলকলে কোয়ৌ নোংনা থোংবগুম
মমোম মতৌ উবদা হৈরেম খুনজান নিংথৌদো
হায়কম তৌকম খঙদনা মমোম থাদা কোল্লগা
অবা মায়থোং লুক্কনা হৈরেম খুনজাম পাংলক্লে
পামেল থক্তা কায়দোংবা পোম্বী চেক্লা খিবিক্লা
কৈরা থক্তা তোংতুনা মুংশি শৈশক তমলক্লে
শেলোই চীংমায় নিল্লিবী শৈরোই হৈবী তম্নাসু
তাম্না তাম্না খোংতুনা তেংথা ঈশৈ শকলক্লে
উপাল বাপাল পুম্নসু মরাই লুকনা লৈখরে
লিরি হুম্বা মালংবা খজোল খোগল তৌরকলে
শগোল শামু মাঙদাথা থোঙমী লানমী তুংদাখং
লৈগী দোলাই য়াইদাচল মীয়াম খোগল তৌরক্লে
লমজেল য়াংবা শগোলসু মরায় লুক্লা চৎলক্লে

য়াঙ্গোই শামু হুরকউবা থোংখাং মপ্পিং থিবগে
খোঙ্গমী লানবী পুথক শৌরা থেংবদুম কোকথোং
মাহোম নৈবা লুকুনা তুমিন তুমিন চংলক্লে ,
পোইবিরে নৈতে লিংথৈরেন লোইনাই শরান থাবদো
য়াঙ্গোই শামু খোঙনেংশা শায়াং থক্কা তোংলগা
কায়না নৈচাক শুংবা ফুম অরা মায়থোং লুকরা
মিংলু নাংপাম অনিদা পিগী ঈথক হৌদুনা
অরা কোকথোং পুরগা মায়থোং নৈদা লুকুনা
শিতেল নৈরাং চরোংহু শমু খুংনা পায়হুনা
নৈশক হেনবা নৈরাংদো মনাও শকনা পুরগা
পোইবিরে নৈতে লিংথৌরেল শাইবা তননা হাপকলে।




লোইরবা

